# হাওবা কোণু

ইরবা

শ্রীহৈস্নাম ম'ঙোলজাও সিংহ

পেগা লম্বেল, খাইরাকপম লৈকাই

ইম্ফাল।



মমল রুপা— ১২'০০

# ৱাহৈ থরম্বং

মোইরাং কংলৈরোম শৈশক ১২ অসি লাইগী মিংথৌ ৭ অসিগী অরোইবদি সুমুজানি। সুমুজাসা মী মিংঙোমগা পাগ্নে, মমিংদি মোংবালোন মৈরা পোমজেম্বী কৌই। মহাক্না কাংফাং কৌবা মচানিপা অমা পোকই। করি মরমদগী কাংফাং কৌবমো হায়রবদি, মীমা মমা, লাইনা মপানি হায়বদগী কাংফাং কৌবনি। কাংফাংনা মীগী নিংথৌ অহানবনি। মাগী হাক্তকতা লাইনিং লাইশোন, মাফিপ-চাকচা, ফৌগৈ-চেঙ্গৈ, কৈথেল ৯, লৈকাই ৮ মচিংবা মীওইবগী শেমদোকপা য়াবমথৈ শেমখি। মতম অহুদা শোক তারিক লৈতে, থাবান্দা নুমিং খুংথেকতা চংনৈ। অহুবু হৌজিক লাইরিক ফোঙবিরিবাশিংনা শোক হাপ্পীরি। তারিকতগা হাপ্পীরবদি নুংঙাইজগনি। শোকতি হাপ্লগা তারিখ হাপ্পীদ্রিবা অসিগী অর্থদি, মমাঙথক্তা শোক লৈরমদে হায়বদা থোইমা কাইরোই হায়মা মিংৈজে। অহুবু শেমজিনবা ওইরবস্থু শাজিনবা ওইরবস্থু লাইরিক ইবিরিবমা তারিখতগা হাপ্পীবসি পামজৈ। ঐমা ইজরিবা লাইরিক মচা অসিদি থংজনহুমা শোক তারিখতি হাপচন্ত্রে।

মীগী মিংথৌ লাইগী মমৈ ওইবা ফাংফাং নিংথৌগী হাকতক্তা ফোওইবী অকোংজাম্বা অনিগী শৈশক অসি থজিক্তং ওইনা থোকখি হায়। মসিমক থোক্তে হ'য়বদি য়াদ্রবা খুদম থক্না লৈরি। মোইরাংদা লাইরেম্মামা ফী ফোফম, হাওগ্রাম পাং হায়থনচিংবা মরম কয়া খুদম ওইনা লৈ র।

হাওবা কোন্নু হায়বা লাইরিক অসি ঐগী ইপুকথোক্কা পংইতা ইশিন্নজবা নংচদে। ওঝা অহুমগী মোং লৌজহুন্না ইজবনি। হিয়াংথাংদা লৈবা ওঝা শ্রীযুক্ত নোংথোনবম চাউবা সিং, থেংজাওদা লৈবা শ্রীযুক্ত খয়াইবম দেব সিংহ অমসুং মোইরাংদা লৈবা শ্রীযুক্ত ময়াইত্রম চাউবা সিংহনি। লাইরিক অসিগী মরমদা ঐনা চিংনজবা মরম খরা লৈজবদা ওঝা অহুম্না চুমথোকপীরম্মী। মরমদি—কোন্নুবু মপা হুইনিংসুম্বনা থাজবগী মতাং অমা, অমনা খুমন কাওবগী লমচং অমা, অমনা অঙাংবু য়াম্না থিন্না লাক্লে হায়বা মতাং পুম্নমক অসি শ্রীযুক্ত ওঝা অহুম্না চুমথোকপীরম্মী।

ঐনা ইঙ্গরিবা অসিবু পাঠকশিংনা পাবিবা মতমদা অংশোইবা অরানবা চিনবিবা য়াওরবসু মসি হৈজদবনা তৌরিমাল্লে থনবিহুন্না পাবিগনি অমসুং লৌবিগনি মিংজৈ। অমনা খুয়োম শাগৈ অসিনা হেরকপা পারি পুরি খরসু ইজরি মসিগী মতাংদা খুয়োন শাগৈগী অহানবদি খুয়োম থাংগক্লংবনা মোরীলেম্বু পোকই। মোরীলেম্বনা খুয়োন হনুবা পোকই। খুয়োম হনুবনা খুয়োম ঙৌবা পোকই। খুয়োন ঙৌবনা খুনথোরেম্বা পোকই। খুনথোরেম্বনা হওবা পোকই। হাওবনা হাওদিগোল লোথিবা পোকই। কোন্নু পোকপা পন্থোগা নমিংনা নোংবান য়ুম্লাক হুইনিংসুম্বনি। হাওবগী পন্থোগা কোন্নুগী পন্থোগা মরুপনি। পোকপদি হাওবনা হান্না পোকই, কোন্নুনা খরা কোন্না পোকই। অঙম্বা মতাং অনি অসি রাশকনৈ, ঐনা নুপী পোক্লবসু ইত্তাওনা মিপা পোক্লবসু লৈপুন ওইহনসি হায়না রাশক্লথিবনি। কোন্নুনা

পোকপা •মিৎভা খুন্থোরেম্বনা হংবা লাকপদা ছইনিংঙ্মুম্বনা মতাওবু য়েংহনা, ঐগী ইমোম অসি মরূপ নংগী পারি অহুদা থাজরবনি। মতম অহুদা কোন্নু পোকপী মমানা বাঙোন চংহ্নুনা লৈরিবৈদা মমাদদি তাহৌই অতৈ কনা অমতা তাখিদে।

লাইরিক অসিগী নম্বা মতমদা মতেং পাংবিখিবা অরিবম ব্রজমনি শর্মানা চাউরবা থৌদাং অমবু মতেং পাংবিখি। পাংবিবা মতাংদি শ্রুপ লৌবিবগী মতেং পাংবখি। মসিগীদমক ব্রাহ্মণ অজ্ঞা অসিগী চানবিহৈবা লমন্দি তোল্লবনা শিংজবা লোইররোই। অজ্ঞাগী লমন তোল্লবনি, ঐনা ইজবতনি, মতেং পাংবিবশিংগী লমম তোল্লবনি হায়রহ্নুনা মতম পুম্নমক্তা করম্বা মতমদা শিংজবা ঙমগদগে হায়রহ্নুনা থমজহ্নুনা লৈজরি।

শ্রীমাঙোলজাও সিংহ
শেগা লম্বেল, খাইরাকপম লৈকাই।
তাং ১৩ | ৩ | ৮৬ ইং

মোইরাং কংলৈ ঈশৈ

# হাওবা কোনু

ওঁ

হয় হয়াহে কে খোইয়ুম লাইনিংথৌ মোইরাং কাসারেম্
নামুংবা, চিঙ্ নখোংথাব্ থুরুমজচুনা ইজরকে।

চিঙ্ নতিক অরুবব্ তাইবংবাক্তা তেংথাবা ওমলোইরে,
নদাইরেম নবা ওইবা ঐনা করম্না ওমগদবনো।
চিঙ্ নখৌজান খোইয়ুম নরলকুনা,
নাদাইরেম তোরবব্ কুথীয়ু হায়না থৌনিজরিবে॥

মরম লমলেন মদাইমা,
হায়মরিবা লমদমনি, শোমরিবা মাইকৈনি,
ইরুংলোক্তা বাংকুরেন,
কোরেক ভরেং ইমৌকলম,
মান্দ মাপম ইভারম,
থম্বথোং লৈতংথোং ওথালৈমা কুমদমলোই,
মারেং পুহা নিংথৌনা মমনা চংলে থমমপাং,
খোঙমা কারে থমমথোং
গিরি গিরা অনিমা ভারমদদি ভচাপুং
বাংপোকপি ফুরেন্দা উথবালদা নমতানা মুংনাংমদবা

খোওমেৎনা মুংবী সিদবা
বোওমানা কাংগ অকাওপোকপীদা
থাংবৈ মাপল থামবা লাই
পাংপাং লৈমরোল থেংপা লাই
থাংজিং কোইরেন মিংথোবা
কোইরেন লৈমা য়াইফাবী
খোয়ুম মথোয় অনিমা
মোকরাং লমদময়ু পেমপা
কেগে কুমৈ য়েংবিখি।

মোইরাংদা মিংথোঁ স্নালখ। কৌবনা পানবা মুত্তমা রীপী মিংথৌ মচাওবদা মিংথৌ ওইয়ে। মিংথৌ অসিদি স্নাহাকত্তা মোইরাং খুম্নোম হাওবগা, য়াইথিং কেম্বগা অনিদি শ্লেশকরেহে। হাওববু পোকপা পাক্ষোদি মাপংবা খুমথৌরেম্বা কৌই, মমামা লিকলাইহু কৌই। কোম্বু পোকপা পক্ষোদি মনিংদি হুইনিংঙবা কৌই মোংবামচু কেই মমামা বাথেমচুবী কৌই। হাওবা পোকপা খুমথৌরেম্বগা, কোম্বু পোকপা মোংবাম হুইনিংঙম্বগা অনিসি য়াম্না চাম্বা মরুপনি। মথোয় অনিসি বাশক্লে বাবুমদি :-- পাখো মংবা হুপী পোকপা ঐন। মিপা পোক্লবদু শিঙেন লৈপুন ওইমনি, ঐথোয় অনি ভাই ওইমসি হায়বা বাশক্লে অমম্বুং অনিসি মিংথোম্বু থমমিরে। মিংথোবা খুইদগী চামরা মমাইদি খুমথৌরেম্ববু অচাম্বা মমাই ওহ। খুমথৌরেম্বদি মমোম অমা পোকই, মমোমহ বাংম্বু চহ কৌই। বাংম্বু অনিম চাওবা

লেপকাদ্রি ফাওবদা পাদ্রি মহোম মখা অনতম্ তাদে। বাংম্ চম্না চাওবা লেপকাদ্রে শংবম্ ওবদম্রবদা ডাংখা লৌবাইদ্রা নৈবা মৌরেন কমবা কৌবা নিপা অসিদা ল্লুহাংই। মসিগী মচুংদা খুমখৌরেবশ্‌স লোম্ভুম মথৌচাদ্রগী মপাদ্রি অমম্ পোক্লে। মচানিপা অসিগী মমিংনা হাওবা হায়না কৌই। মচানিপা অসিনা পোকপা লোইমাম থাবুম অছম ওরকপা মতাংদা থাংজিংগী মোংদম অওকপনি, খুয়োমগী "শাগৈ পুম্নমক ল্লালখ্রু। মিংথৌবা খুয়োম 'শাগৈ অসিমু চুমা হাংখি। মরমদি মিংপৌবা হায়বা বাবু শাগৈ অসিবা ইমর্বিদে হায়বগীদমক্তা মিংশৌবা শাউহনা হাংপনি হায়দা।

# খুয়োন শাগৈ তুমখিবগী মতাং

অচৈঙ মোইরাংদা লাইগী মিংথৌ তরেৎমা পাল্লমদগী মীগী মিংথৌবা শিল্লবা মতাং কনিদা থাংমলোই লাই তরেৎমা মীগীদমকপু কনবা তৌবিনি হায়গীবু চিক্লা মা জানবা লৌংক্লে। মচু মীশিংনা উরবমা মিংথৌবা হংগৎলি। নিংথৌ অতুগী মমিংদ কাং কাং পোংলেম হনবা হায়না কৌই। মমাইশিংনা হংগৎপা বাবু তাবদা মিংশৌবা শাওহনা লাই তাম্বা খুরো হায়না মাথং পীরমা মী পুম্নমক হৌহনা লাই তরেৎ অসিবু হাংকনি হায়হনা তাররে। মহুদা লাই তরেৎমা শাউহনা কংলাগী

লৈখোংবু অহিংদা থুগাইরমলে। মতুংদা মোইরাংসি 'নবারোম-দগী ঈশিং কাউরকতুনা মোইরাং লৈবা যাম্রমনা লোইবা চাংদা চেরে। লৈপাক পুম্নমক মীকপ মীয়াও চরে।

মতাং অহুদা নিংথৌনা হায়, মসিবু কনানা লৈখোং তাই-সিনবা ওমগদগে হংলক্রবদা. মীয়াম্না হংগৎলি। ইনিংথৌ মনাই খুয়োম মুরিলেম্বদি কাইরিবা লৈখোংসি য়াথংলোইনা থুগাইবান। য়াথমলোইগা মোবিলেম্বগা য়াম্না চামে মোরিলেম্বনা তাইরবদি ওমগনি। বা অসি তারবদা নিংথৌনা মোরিবু কৌহনা হায়, হে মোরিলেম্বা! নংনা কাইরিবা লৈখোংসি তাইবু হায়রবু। মোরিনা খুমখে, ইনিংথৌ। লাইনা থুগাইবা লৈখোংবু মীনা তাইবদি ওমলোইদ্রা ইনিংথৌ। নিংথৌনা অমুক তাকপি, নংনা মসিবু তাইরবদি নশা অতাং ওনবা তাই কায়রবদা, মোরিনা লাই তরেংপু থিরক্লে। মখোয় লাই তরেং অহুদি তাকমুদা লৈরমই, মখোয়গী মশাদি অমত্তা ওইশিল্লমে, মকোকতি তরেং ওরমই। মোরিনা হায়খে— শুক তরেংমক মখোয়না কংলা লৈখোঙ থুগাইরমমনা ঐবু তাইবু হায়রে. ঐদি তাইবা ঙম্লোই, তাইরবদি ঐবু নিংথৌনা হাংকনি কায়রে। শুক তরেংনা লৈখোঙ তাইবগী মরম তাকপিয়ু, ঐবুদি কনবিয়ু হায়জরবদা লাই তরেংনা চানবিহনা তাইনবা মরম পুম্নমক তাকপিথরে।

চংলো মোরি, নংনা নযুম হেক য়োবগা ঐখোয়গীদমক অঙৌবা মরম তরেংনা ইরাংলু। মতুংদা লোইহনখৈন কৌবা উ অহুগী লৈয়ৈ অমবু শারগা ঐখোয়না তাক্রিবা নিংথৈ অসি

শোন্দুনা কুজিন্ন, মতোমদ তাইপিনবিগনি হায়না তাকপিরম্নপা মাই তরেং অহ্ংবি লাবু গুইনা তাংশিন্দুনা থুপঞ্জে হায়ংগীবু লমলেম অসিবু তাসিকোম হায়না শেংখিয়ে।

অসোমদা যোবিল্লু মমুম যৌওপা অতোবা মরম তয়েংনা লাইবু ঈরাংগে মতুংদা যোরিবা লোইমুমলেগী লৈরে। অমা শাহনা লাইনা তাকপিরকপা নিংথৈবু শোরগা লৈখোং কুজিল্লুনা তাইপিনবন্দ্রে মোইরাংগী মী পুন্নমক অমুক হন্না হুংগাইনা পাম্নবদা, নিংথেংনা যোরিবু চানবিহনা মনা মখিল কিরোই গুনা পুন্নমকপু পীখিয়ে। অহ্নপাম্নু মথক্তা থাংগ চৌংলক অচৌবগী শোয়কম অসিম্ন যোরি মংগী মচা-মম্ন পুমনমক্তা লৈরিবমথৈদি চাজবো কায়হনা পীখিনিখিবনি। অহবু স্ন লংখানা পামবা মতম অসিদা নখোয়না শোয়ফম অসি চারকপা নিংথৌরোল মঙা গুরে. নখোয় চারপদু নিংথৌ ঐনা চাওপনি হায়রে। মহাদা খুয়োম শাগৈনা য়াখিদে হায়বগীদমক্তা নিংথৌনা শাওহুনা খুয়োম শাগৈ অনি তুমনা হাংপনি হায়দা॥

## থুয়োন হাওববু মচেমদা শিন্নবা মতাঙ

নোংমগী মুমিত্তা নিংথৌ স্নালখাবা মনাই থুহ্নৌরেম্বদা ভাকপিখি। "ভাব্রিবন্না অচানবা! নিংথৌ ঐনা মংগী শ'টৈন ডুমনা হাংলেদো হৌজিক্কি মংদা মঙাইরেদো, হয়েংগী মুমিত্তা মংগী য়াইবী মাঙবা তারে" অদি হায়খিরে। থুহ্নৌরেম্বন্না শিন্নদি খঙলহুনা যোংবা মমুমদা কুমখি। পায়না পিপুকপুংলন্থ খজি, ঐদি শিন্নগনি, পান্নি হাঙবা কোবা অঙাং পম্মদাদ কনগে খন্নুনা অহিং ভাংলৌ অথেবদা মপাম্নী হাঙবু শমু মমদা পোচুনা ভাংখা লৌথাই পাংলকলে। আহং অসিদা মচানুপীবু হৌদোকচুনা হাওববু শিন্নৈ। "ইমোম ইবেম্মা! ভাম্নোদো, ইপাদি হয়েংগী মুমিত্তা নিংথৌগী স্নাখুত্তা য়াইবী মাঙবা তারেদা; ইপানা য়াইবী মাঙথুবাদ থুয়োম শাগৈদি মুংলেদে, মচানিংথৌ অসিদদি ইমোম মংনা য়োকহৌরো কেগে মোইরাং অসিদা অঙাং অসিবু থুয়োম শাপৈ মচানি হায়বসি খংকমগন্থু, মহাকমক্তী পান্নি শাহুনা ইচানি হায়না য়োকউকো" মসি হায়হুনা মচেমদা শিন্নরমলগা থুহ্নৌরেম্বদি যোংবা মমুমদা চন্নকলে।

মসিগী ইঙংভানবদা থুহ্নৌরেম্বদি নিংথৌগী স্না খুত্তা লোজা-খরে হাওবগী মমা লিকলাইন্থ কৌবিন্থ মবুংভোগী মচুং ইনথ গে খমখি। মরমদি ইছাবী থংলেন মহাক্না লোজাঞবন্থ পান্নী ইবুঙো হাওববু য়োকচুনা পুজি লেমগদৌবন্থ নিংথৌনা হাৎপখি-পনি হায়বগী মরম্না ইচা নিঙোলদা থৈহুনা খমখে। ঐনা হিংবগী কাননাকন্থ লৈজ্রেদা, ইথংলেনগী মচুং ইনকথ গে হায়হুনা মত্তোমত্তা

চাহৈদবা চারপা. য়াইবী থওাই থাবি হাওদা   অসোয়দা যোইরাং নিংথোম্ খুমোরেম্না মোজাপ্‌বদা য়েকবা লৈত্রে ঐমা মিংবু খুদে। থাঙ চিংলকী শোইবু নিংথোগী ওইনা মুক্ষুমা চাথে্‌।

মশিমম্ খমজখিগে। ভাংথা পৌবাইদা য়ৌখিব হাওবম্ :মাংম মোংমগী চাউরকপনা মপুং ফাবমক ওইরবম্ অচাংমি হৃণাংগম মপচাক ভমলকলে মতাং অাসদা ৮াওবগী চেংলো শকতম্ভু উবশিংনা হাওবদু থাগৎনবি মাস ী অতাং অসিম নিংশীঙ্কেণা ফজৈদা কনাগী মচানো ভাংনরকই। কনাগুম্ব- শিংনা হায়বৈ মোরেম হনবগী মচানি হায়. কনাগুম্বনা বায় নত্তে নত্তে নোরেম হনবগী মচাদি নত্তে। মাসামি নিংথৌগী মচাহুম ওইরমগনি। মসিনা চাউরক্লবদি শোইদনা যোইরাংগী মিংথৌতম ওইরগনি হায়না ভাংনখি। মীয়াম্না ভাংনরিবা বা অসিবু নিংথৌগী মাকোংদা ভাথে্‌। নিংথৌনা মপুক্লিং চিংনহুনা অভাং অসিবু হাংলগে হায়না থনমি।

মোংমগী খুমিত্তা নিংথৌনা মীয়াম্বু কোম্বংদা কৌখংহুনা বা তাম্নখি হায়দা। তাম্নিবরা তয়ুম অথৌমিজাহেনরা, থরাং কোম্দ ই পোনবথোই তারেদো। নমলেম ভাংথা কৌবাইরা অভাং অমগী মতিক ময়াইবু নিংথৌ ঐনা তাম্নি। মানা হয়েং চাউ- রক্লগা নিংথৌ ঐগী কম্বালবু শিল্লগনি হায়না ভাংম রয়ে ; মসিদু নিংথৌ ঐগী পুক্লিংদা চিংনরে অভাং অহু পিক্লিচৈদা হাংথৌসি"। নথোয় তম্বা নিপা তরা চৎনু, মাবু হাংলবদি নথোয়না পাম্বা মমাবু নিংথৌ ঐনা পীগনি হায়রবদা, নিংথৌগী মনাই ময়াব

মরুতগী তমবা নিপা তরাথক চোংশোরকতুনা চংখে। চংখিরবা নিপা তরাসিগী মমিংদি:— ১ কোবা, ২। থাংজা, ৩। থুম্বা, ৪। পাম্রিংবা, ৫। মাংরোং চাউবা ৬। অমুকাবা, ৭। মাচাউস্থ, ৮। মম্রিংঙম্বা. ৯। লৌইরাম্বা অমম্বং ১০। লাইজংনজবমি। মখোয় তরা অসিনা মপুংতা থুংলাই পাইদুনা ভাংখা লৌমাই-রোমদা পাংলকখি।

অসোম ভাংখা লৌরোইরোমদদি করমদৌরি. অদুগা: খুরোম হাওবদি মমামবাশিংগা পাম্রদুনা লৈরম্মী। ফৈদা খুরোম হাওবা কোবা অভাংদো, খাইগা সুওয়াম মাম্রদে, মশকস্থ ইংেলাপ তেংনী কুচুদস্থ, রাঙাংদস্থ, লমচংতস্থ মীগা মাগা ২ক মাম্রদে। অদু লৈবমা মাবু হেক ঙবদা নিংথৌগী মনাইশিংনা মশিংব হায়বশি লাইমা থঙবা ঙমখি। নিংথৌ মনাইশিংনা হাওববু থুদক্কা হেক উবগা কাংখে। মতম অদুদা হাওবগা শাম্রমিম্ররিবা অঙাংশিংস্থ লোইনা কাইদুনা চেনখ্রে। মখোয় মম্রাম্রা চেনখিদুনা হাওবগী মচেম বাংস্থ চম্নুদা তমলুরে। ইমা তাও। ইতাওদ কদাইদগীনো মকম ইথং থংহৌদনা নুপা তরাথক্কা ফাদুনা পুত্রে হায়না তমলুরে !

বা অদু হেক তাবমক্কদা মচেমস্থ চেমথোকলকই। হাওবদি মতম অদুদা নুপা তরা অদুনা অঙাংগী মথোং মথুং তুংবুমলদুনা মমমগম্মা পোথংলি। হাওবনা অমুক মালেমদা চোংথৈ। মখোয় মম্রাম্রা অমুকস্থ কাদুনা পুগদৌবগী তোংনম্রি। মতম অদুদা বাংস্থ চম্নুনা হায়রেমে "করিগীনো ইবুংখোয় ! অঙাং নগা তইরিবা

অসিনা ইবুংথোয়গী নকমদা করি লংজবা লৈহনা অঙাংবু ফারিবনো, থ'দোকপীয়ু।" অঙাংবু, হায়হনা চেনশিল্লকলে। মহুদা নিংথৌগী মনাইশিংনা চৈরকই—"হায় নুপী অঙাওবী নংগী নতিক লৈত্রা, চংথোকখ্রো, নিংথৌগী য়াথংবু কিদবরা। মপুংগী য়েক্লবা অঙাংনি, য়ুইবী মথন্নায় লৌগনি ন না থিংবা নতিক নত্তে, হায়হনা মশম পায়হনা মালেমলৈদা চিংথরগা থরে। কাংক্রম ওননা মালেমদা কাউথোকতুনা থনম্মি। ঋাংস্থ চম্মুনা মী কনা লৈবনো য়েংখিবদা নিংথৌবু কিবনা মী অমত্তা উখিদ্রে। মতৌ অস্থুম তৌদ্রনস্থ লাওরকই। হাং মেংইরাং লৈকাইগী ইপা, ইপন, ইবুংশিং কনা কনা লৈবগে, মরাল লৈতবা অঙাংবু ফাহনা, পুন্দুনা পুবিথরে মথন্নাইদদি কননবিয়ু হায়না লাওরকই। কনা অমত্তা থোকলক্তে। মতাং অসিদা হাওবগী মচেমনা শাখরবা কম্বীথক্তা লেমাল চংনা হাপ্পদা মৈশা খাংঙমদবা লেমলৈনা কম্বীনুদা চোংবগুল্লা ওল্লা-থোইনা কপ্পুনা লৈহৌই হায়দা।

## হাওববু লোইবীথক্তা পশিবা মতাং

অসিগী মতুংদা খুয়োংা কপ্পুনা হায়জে—
পম্বো ইবুংঙো অঙম্বা এবু থরাই কনবিয়ু,
এবু থাদোকপীরম্মু অস্থুম হায়না কপচখি।
তমখিরবা অঙম্বা থোংইনবু তাখিদে।
হাওবা কৌবা অঙাংনা মমাবু কৌহনা কপ্পকই,

হাঃ পলেম ইবেম্মা! নচানা ইমাবু কৌজরি;
খুম্বীরকউ ইমাও, নচাগী য়াইবী থৌরাইবু থাবা
তারে ইমা!

পম্বৌ ইবুংঙো অপোকপা কোরৌ নোংদগী য়েংলকউ
নপারী লাইবকথিবদি ঙসি কোরৌ নোংজাদা
ইরাল লৈতবা অঙাংবু য়াইবী থরাম্ন লৌগদৌরে।
পম্বৌনা কনবিয়ু, নোংদোন থক্তগী কুমলকউ,
হাঙবা কৌবা অঙাংনা মাইকৈখুদিং য়েংহনা নোংলেন
খোংগুম কপচরি।

পোম্বীচেক্লা অপিখক শংগুদগী নাইতোম তা
মপাং য়াউদ্রবা চেক্লানা অরাবব ওইহনা মতোমতা
ঙাওহনা পায়বগুম লোইবী চীংদোন য়োথরে।
ংম্বা নিপা তরানা পারি অঙাং কপকনু,
নংনা কপ্পুনা কান্নরোই য়াইবী নথরাই হিংলরোই।
বাহৈ অহবু তারগা হাওবমা কপ্পা কপ্পা হঙ্গচে -
হাঃ পম্বৌ মানবও! মোংবা নরাং য়াইহন্দা পারি-
নমোম শাংতবরা পারি শাংপা মশেন্নি, নমোম পোম্বা
ঙাক্তনি,

অপোকপা নপারিগুম থন্দুনা, অঙাংগী য়াইবী কনবিয়ু।
অম্মম হায়বগা লোইননা খুদাং পিরেন তৈহনা,
অঙাংনা কপ্পা উবদা নিংথৌ মনাই পুম্ননক
পায়মা পিপুক নুংহন্দা নুংশিদবা ঙমলক্তে;

মমিত্তগী মপীনা মালেমলেদা তাহুনা হিক্লা হিক্লা
কপ্পা হৌরক্লে।

মখোয়না কপ্লিঙৈ মিকুপ অহুগী মতমদা,
হাওবনা কোয়ৌবোংবু য়েংহুনা নুংশিরবা রাঙাংনা;
পলেম পস্থৌ অনিবু কৌরহুনা কপলকই।
"হাঃ ইমা অপোকপি, পস্থৌ ইবুংঙো নুংশিবা!
নচাগী য়াইবী থবায়গা হৎচাংগা খাইনরবদা অঙাং-
নরা নচাদি,
পলেম-পস্থৌ অনিগী লৈফম লমদন খংজদে,
মাইরপাক্কী লমবেন্দা পলেম পস্থৌ অনিনা
নচাবু য়াংলৌ লমখাংদা ঙাইবিরম্মু, ইমাও।"
অসি হায়হুনা মীৎপ্পবু তাহুনা নিংথৌগী মনাইনা
অঙাং নুংশি রাঙাংগা লোইনবা য়াহনা হংলি—
কে অঙাং শকহেনবা! পারি মংবু কপলগনু রা হংগে
পশেংবা নপাওবু পুক্কি শেংনা থুম্মুদা
মংবু পোকপা পস্থৌগী কোলোই মিংলেম তাকউদা
পলেম নমাগী মিংলেম্না করি কৌবনো হাইযুদা;
নপুকশেংনা পাউ তাক্লবদি য়াইবী নথবাই কনগনি।

মতাং অহুদা হাওবনা হিক্লা হিক্লা কপ্পগা লোইননা পাউ-দমদৈ:—নিংথৌগী মনাই ইপনখোয়! তোল্লবা অঙাং ঐদি পলেম পস্থৌ অনিগী চেংলোশকপু খংজহৌদে। ঐনা পোকপা থাবুম অহুম গুরকপদা পস্থৌদি মোংগাখি হায়না ইচেমনা

তাকপি। ইমা ইবেম্মাস্তু পল্সোগী হৈনা মতুং ইন্দুনা নোং..খি হায়, ঐবুনা পোকমিন্নবী ইচেম অহন্দা শিন্নরম্মী হায়। অহুদগী ইচেমনা য়োকপিহুনা ফিংলকপনি, মরম অহুদগী ঐনা ইচিন-ইরোন থোক্লকপদদি য়োকপীরকপি ইচেনদা ইমানি খন্দুনা ইমা-ইমা কৌহুনা ঙসি ফাওবদা ইমা কৌজরি। ইচেমনা ঐবু তাকপি. ইচেমগী ইবুঙো মুংশিবা! ইমা নত্তে, ইমা হায়না কৌগনু, ইচেম হায়না কৌগদবনি হায়না তাকপিরবদা, ইমাদি কন'মো হংজবদা—"ইহুনিংথৌ ইবুংঙো, ঐখোয়বু পোকপী-পোকপা পলেম. শক্তিক মতুং ইনখরে, থাবাগী মমৈ রাইনা নোংগাখরে। পল্সোগী মিংলেন্দি খুনথোরেম্না পলেন ইমানা অহোংবী চন্নু কৌই হায়মা ইচেমনা তাকপী"। ইচেমগী মিংলেন্দি রা.স্নু চন্নু. তোল্লবা নচা ঐ.ী মিংদি হাওবা লমজা কৌজরে। অস্নুম হায়না পাউমেননলকলে।

হাওবগী মপাউবু তাবদা নিংথৌগী মনাইশিং অহুদি কোরৌ নোংখোংবগুম্না কপলকলে, অহুগা অস্নুম্নস্নু হায়রকই—হাঃ মোইরাং লালোই অঙম্বা! কোরৌ নোংদগী য়েংলকউ কপারি নবা অঙাংবু ঐখোয়না খংহৌদবনা নিংথৌগী য়াথংবু, ইন্দুনা য়াইবী লোগে তৌরুবা, ঐখোয়না লানবা পুম্নমক নংনা শাওহুনা মুঙোম রারৌগনুকো; অস্নুম হায়বগা লোইননা তেংথাহুনা মীকপখিয়ে। অসিগী মতুংদা লৈমাইথক্তা লৈরিবা হাওবা কৌবা অঙাংবু কৈরাথক্তা পম্নগা থজাই লেংঙোম চুপ্তুনা জুংশিরবা রাঙাংনা হাওববু পাওমেননখি। "পারি খুয়োম হাওবও!

মংবু থংদবনা য়াইবী নথরায় লেরগনি ঙৌরুব, অমসুং পীপুক মনুংদা পুংভাইতবা থনগনু, ভুজিক্তি নদি মোইরাংদা লৈরগনু ইবুংঙো। কেগেদা লমজা পাল হদে, মোইরাংদা শারা লৈহৈহে লৈহদে লমদম অসিদা লৈরনু নথরায় পুক্তনা চেনখরো, ঐখোয়না নংবু থাদোক্লগে, পরি নচুংশিন্দুনা তাউবা ভুইবু হাংলগা অমসুং ননি হায়তুনা নিংথৌগী মপোং থাতুদা ওইদববু অংইশা, ঐখোয়না পাউদমলুরগে, নংদি য়াইবী পুক্তুনা লমদন তায়া চেনখরো" অস্থম হায়না তকপীরে।

য়া অসিবু তারগা হাওবনা পাউমেমজরকই, পম্মৌ ইবুংঙো তরামক নচাগী থরায়বু কনবিবা, করিনা লমন শিংগনি য়াইবী থরায় হায়বসিদি লৈগে ফংদে, য়োনবা লৈতে, মমন অস্থক্লা থরায় মমন ওইগনি হায়বা লৈত্রববু নচাগী য়াইবীবু কনবিরে, কনবিবগী মমন্দি অমসুং নরা ওইবনা শিংজবদি ডমদরে, মিংকী পিরাং তারিবা অসিনা মমন ওইবিয়ু, বাহৈ অসিবু হায়তুনা হাওবনা তেংথাজরকই। তম্বা নিপা তরানম্থ পারি নংগী থরায় কনবগী মমল হায়বদি ইপাখোয়দা পনগনু চেক্লা ওইনা পাইখরো; কাইদোংক্ষম কোইনা থিরুরো। চেক্লা য়াইবী হিংনবা লমদমবু তাক্কে, য়েংউদা —মমাই নোংপোক ওন্দুনা লমদম্বু তম্মা য়েংউদা লাইজনা তরং হৌরিবা পোম্বীনা শায়াম তারিবা লমদমসি-মিংয়েং সাঙ্গেয়ু - কেগে মোইরাং লোক্তাকনি, লোকতাক লাঙ্গজা ইয়াইদা চেক্লা মংবু থাদোক্কে : পোম্বীলক্তা ত'হুনা নংগী শাগন চাওনবা কোইনা পাইববু তমলুখো। চেক্লা নংনা শাগন ভুকাং

কন্দুনা কোইনা পাইববু ঙম্লগা নমুম মোইরাংদা হাকউ, হয়েং নংনা হল্লক্লগা পোশী নংবু কল্লকপা কনানো হায়বহৃদি কাউগনু. নংনা হল্লকত্রি ফাউবদি ঐখোয়না পাক্সি নংবু ঙাইরমগে, ঐখোয়গা মগা ঙম্নসিকো ইবুংঙো। য়াহৈ অসি হায়রগা তম্বা মখোয় তরানা নোংলেন খোংবগুম কপ্পুনা চিমগোই পাউমেনবিরক্লে। হাওবনস্থ হায়জৈদা-টপা ইবুংঙো অপোকপা ঙসিদগী হৌহনা পান্থৌ নখোয়গী নচানি হায়না থনবিয়ু. খুম্ভোরেম্বগী মপাক্সি হাওবগী মপোক অহৃদি ঙসি পুন্সি লোইরেদো; ঙসিদগী হৌহনা পন্থৌশিংগী নপাক্সিবু ওইজরে। ঐনা লমলেন লোক-তাকতা য়াইবী থবায় মাংখ্রবদি থংদরেকো, থবায় মাংদবা থোকতুনা মোইরাং ইরৈপাক অসিদা হল্লকপা মতাং অতদা নপাক্সিনা সেবাবু তৌজরগে অপোকপা। মসি হায়বগা লোইননা খোংশাল্লগে তৌরকলে। নিংথৌগী মনাইশিংহনা অমুক হন্নবু থাম্বিখি. পাক্সি খুমোম হাওবও, ঙহাক পুঙ্গোই তপথখো, কোরৌ মুংথিল পোবোপ্তা নংনা লোকতাক খোংশাল্লবদি য়ারোইকো, করিগুম্বা মোইরাংনা উবাথোক্লবদি নংবুস্থ কাহ্ননা হাংকনি, ঐখোয়স্থ থবায়বু হিংলরোই। হোরেন মোংয়াই-চবুক থাইরক্লবা মতমদা পাক্সি নংনা লোকতাক পাংহনা কনাবুস্থ থংহন্দা নমু-পোংস্থ উহন্দনা চংশ্লুকো, ইপাখোয়না তাওবা হুইসি হাংতুনা কেগে মোইরাং পাংলগে হায়রম্লগা তমবা তরাহৃস্থ কেগে মোইরাংদা চংখে।

হাওবদি অহিংগী মতম ঙাইত্তনা লৈহৌরে। মতম কৌবী ইমাংদি লেপ্পা য়াদে হায়বগুম থজিক-থজিক মতম হৌখি। তম্বা

তরাম্স হৌং অহু য়াইবী মথায় মাংলে অস্থুম হায়না পাউদমলে। নিংথৌনস্থ হয়াইহুনা মথোয়দা মতিকচাবা মানা পিবিখে। অসিমা অমুক থমজখরগে—অহিংগী মতম ওইরকতুনা হাওবদি লোইবী চৌংদগী কুমথরক্তুনা নোইরাং খুনয়াই শম্না কেগে ময়াইবু খায়না চেল্লকপদা য়াখল অমা নিংশিংলকই, নিংশিংলিবা য়াখল্দি মমাশক্না মাওয়োকপী মচেমবু নিংশিংলুবনি। খল্লুবদা কপলকই, ঐদি লোকতাক য়োৎথগনি, ইমাশকপী মহাকতি ঐবু নুংসি য়াখলবু খনবদা মতম শাংনা য়াখুনি অসিবু হায়না খল্লগা মথোং থাংববু খোক্তরে। অহুনদি চংখ্রগে হায়ববু চংখিরোই, ইচেমদা তাকলুববু তারে, অসি হায়নবু খল্লহুনা নোংয়াই চবুক খাইরবা মতমদা হাওবনা ঙাংখা লৌবাই তম্না চেল্লকতুনা মচেম য়াংস্থ চনুবু অহিংদা হোৌদোকলকই। য়াহৈদি অস্থুমস্থ কৌরকই —হাঃ পলেম ইমাশকপী ! হৌগংলু, নহুনিংথৌ হল্লক্লে, ঐগীদমক য়াবিবা য়াইবী থৱায়বু হিংজরে শাম পাঙ্গল চাউদ্রি ফাওবা লমদম তাম্না চংতুনা লোংলুখিগে। ঐহাক্তি ণৈনা লোকতাক কুমলমদাই অসিদা ঐগীদমক য়ারবী ইমাবু পাউমেনজগে লাকচরি। অহিংগী তাংলৌ থেংখরে নোংয়াই ইচিকস্থ তানখরে, থেংলবা মতম অসিদা নহুনিংথৌ ঐহ কপু তরালুকলেম-খাকপু ইলরবদি ঐগী খো সামলমদায় অসিদা খয়দদি চাজখিগে, ইনা খোমলেন মিকপথোকপিরো চংলমদ, ইগী মতমদা ইমানা থে জানবু পীনবিযু নিজরি।

অস্থুম হায়না কে জরুববু মচেমনস্থ খুমলক্লে, মখাইমস্থ খুমখিদে খুলকরবা অহুদা হাওবদি নোংনম খোৎখম

কপলক্লে. হাঃ ইমা শক্লবী নহুনিংথোন্দ্র নপারী নঙে হায়হুনা সুংশিববু য়াংপর নিংথৌ দণ্ডিবু কিহুনা লোংডুনবু লৈবয়া. নহুনিংথৌ এন কৌডববু ইমাশকপীনা খুমদববদি ঙসিগী নোংজা খুম্বীদনা লৈবিহৌরো. এদি লোকতাকতা কুমজখুগে; মতম-থরদি ইচেমগী চেংলোম্থ উররোই এবু য়োকপিরকপগী লমন্দি নহুনিংথৌনা অঙাং নরা ওইবনা শিঙমস্ত্রেকো ইমা; এনা লোকতাকতা লোংলুরগা য়াইবী থবায় হিংবাথোক্লবদি হাওবা এনা হল্লকলবা মতমদা ইনাগী লমনবু শিংজগেকো হাক্লা। ঙসিদি খুমদহুনা লোংহৌরো, নোংমগী নোংলেন অংপা নুংশি পুক্লিং চংলক্লবদি হাওববু লমদম অমদা থিক্লগম্ন কেগে লোক-তাক ময়াইদা খুয়োন ইমিংবু পন্দুনা কৌবিয়ুকো ইমানা। মতম অহুদা নহুনিংথোগা উন্নসিকো ইমা, অসি হায়না কপ্পুনা লম-লেন লোকতাক পাংথরে।

—: * : —

## হাওবনা লোকতাকতা কুম্বগী মতাং

হাওবনা লোকতাক খোংবান্দা নোংয়াই চদুক থায়বদা বাকয়ে হিবু তোংহুনা তোংজেং পালোইলাক্লা নৌরেন খুত্তা-স্থনা মমাই নোংপোক পাংহুনা নৌরে খোংকাপ তৌইনা হোলক্লে। লোকতাক ময়াই থাইহুনা চরাং পোমাই শংহুনা হৈকক শৌজিন-লকতবু হি 'হোল্লি। থাব উল্লেন তারকপা লৈচিন্না নোংদোন

কুপলকপা, নোংমদে নগী লিক্লামা তারকপনা মনম নমথাং চৈরঙ্গি য়াওদেদো. থাব উলসাংনা মাগী চৈরে-নমথাং কীবু ওইখরে। কোকৃতা লিক্লা তাবগী চেন্থরকপা মচুনা হকচাং পুমচোং-চে ংখরে। ইংলবা নামিবা নুংশিংনা লিরি খোংদোই হুল্লকপদা হকচাং পুবা ঙমদরে, য়াদা খোনকম খোকখিদরে। অসিগুম্বা ঃতমদা হাওবনা ইমা কৌতুনা মাইকৈ ঃরি য়েংলগা মীকপখিয়ে। নমু কমানদি তাখিদে. চেক্লা পোত্নীমখৈনা মুন্না মুন্না য়েংনখি। অস্থুম তৌনা হাওবনা লাকপসিনা মরম লমলেন থাংগ, কারাং চীখোং য়োৗরক্লে। লোইবা অহুগী চীংখোংদা লায়ফুম কৌবা ফুম্বী য়েনগাও অমা লৈ।

ফুম অসিগী ঃথক্তা তৌডা, পুন্নে, কমবোং পাংখোক হৌরি। মহুগী মথক্তা হাওবনা কাথংতুনা ফুমশং থাংপোক অনবু শাহুনা নোংলেন ঙাদবা ফাওবদদি থংনবা শাঙগে থন্দুনা তৌজান্না মখোং ওইহুনা য়ুংলগা কমবোং মনানা কুপ্পুনা শাজরে। মন্নুংদা হাওবনা চংহুনা থাব উন্নেম থাংখিয়ে, অস্থুম্না থংলবন্থু ইংবদি কোকপা ঙমখিদে। মরমদি মথক্তা তাখিবা উনগী অয়িংবর্মা হেনজিন্নকলি, করি তৌসিগে। চৈর নমথাং অমডংবু লৈরবদি ঐগী থরায় অসি হিংবা য়া দোৗবনি, অহুস্থু লৈত্রবনিনা করিবু তৌসিবা থন্দুনা য়ুংলকই। থাবনগী মঙাল থরদি ঙাল্লি, হাওবনা য়েংখোকখিবদা লোইবি চীখোংদা নহাম লাইজু ঈশিংনা চাওরিঙদা লাইজথক্তা তাংবা ফুম, ঈশিংনা কংথুব্বা মত্তমদদি অকংবা লৈমায়দা তাহুনা লৈববু, কোন্নৌ

মুংশানম্ম্ মৈয়্রম্না পু-কং কংলবা কুম্বী থরবু হাংবনা উরম্না, কুম্বী অকংবা অহবু মচেৎ মচেৎ ছম্না খাংপোক মনুংদা পুশিল্লগা, মচেৎ অমনা খাংপোক মনুংদা থাম্না মাইথবু ওইরে, কুম্বী মচেৎ অমনা কোমশিন্দুনা মোলাং ওইরে, কুম্বী মচেৎ অমনা হাংবা থক্তা চরৈ কৈজুপ ওইম্না ইমুংঙানবা ফাউবা লেনখি হায়্রদা।

—:*:—

## হাওবনা নোংঙাম্লক্লবদা থমকপা মতাং

নোংপোকথংবা মাইকৈদা চিংথৈ কৌবী লাইরেম্বানা অঙাংবা চরৈনা নমখাং ওই, অঙৌবা চরৈনা কোকথোল ওই, অমুবা চরৈনা খাংচেৎ ওই, চরৈ ফীজোল মচু অহুম্না মাগী নৈলচেং ওইম্না নোংপোক মাইকৈ ঙাম্লক্লে। কবোগী মিংথি তোর্বান্দা হুইথৌ লাবা চিকেংলে, লাইরেন লাবনা য়াওল্লে অঙাংবা য়েনবা, পুক্লময়েম অমুবা য়েনবা, লোইমোম ফোকে য়েম, অঙৌবা য়েনবা কশায়েম, মপন শংয়াংথক্তা তো হুনা চেক্লাগী শাগন তুকাং যৈয়্রনা কেকুক্রে হায়্রবা খোঙ্গাংনা ইমুং তাইবং য়াকাইরে। লোইবী-হেনবী অমুবি তলাথক্তা কায়দোংবী উফথক্তা য়াইরেকপী কাক্লা লমপাউ চেল্লক্লে। চরোইনা তেতু খোংলক্লে, য়োইময়াই মালেম অঙানবা অঙাংবনা খিং খিং কারক্লে। কোয়্রৌ মৈশা ফংবদা হাংবগী অইংবগী অরাবহ্ থরা থরা কোক্তুনা খাংপোকচুংদগী

থোকতুনা মাইকৈথুদিং য়েংলকই। অইংববু কোক্লনস্থ অরাম্বগী মৈচাক্তি হেন্না থোইমা চাকলকই; করিবু চারগা হিংগবা, চাদবনা শিবা তায়। অসি হায়না খন্দুনা হেন্না য়াবা ওইখরে পিপুকন্নু দা খঙ্কই। খোয়া চিন্দায় মেনগে, ঙমুগী চোপ্তা খেনহুনা লেমলৈ ঙাবু ফাহুনা থরাই অসিবু হিনবা।

অসি হায়না খন্দুনা মনাদা য়ানবা কৌয়ান নামা লোথোক্লে। মহুনা খোই শাহুনা মঙকস্তা শিবা লিক্লাংগী লংগুং অহুবু লৌহুনা খোইরি ওইনা শেমলে। লোইবী চীংখোংদগী মালেম লৈমাই খোস্তুনা তিনবী তিমগোং ফাহুনা, মহুনা খোইচাক ওইহুনা লাবন খেইবু চোপতুনা লেমলৈ ঙামি খেমলক্লে। অনিফাই অনি চাই, অহুম ফাই অহুম চাহুনা হাওবগী থরায় হিংলিয়ে। লোইবী চীংদা কাহুনা য়াইরিবু খাংলগা য়াকংদা মৈবা চিংহুনা খাম্বী মৈ লৌহুনা ঙা অহুবু লৌহুনা চারিদা, মহুনা থরায়বু হিংলীবা অমম্বুং লোকতাকতা হৈকক পাল্লি হায়রি, হাওবহু হৈকক চাহুনা লেমখদি য়াদবয়া হায়বদা; মতম অহুদদি য়াকচিং থা ওইবনা হৈকক পান্দে মতুংদা হৈকক পাম্লকপা মতমদা হৈকক চারগা লেলল্লাখিগনি। অম্বুম তোনা লেন্দুনা, হাওবনা লেমখিবসি চহি তরুক লেমখিয়ে। চাদবনা য়াংদপক, শিদনবা লেমবনি অহুবু শিদবমিনা পাথং য়াই—য়াইবু ফারবলে। হাওবনা লোকতাকতা কুমখিবা চহি মাপনগী শুরকপা মতাংনি। লোকতাকতা মামা লোংপা চহি তরুক শুরকপদা পাথং অমগী মতৌ ওইরক্লে, চাইকুংদি ময়েং তাই, ময়াংদি কংই, অম্বুম্না

রাসা হাওবনা লেনবসিবু থাংজিং কৌবা লাইনা উবিহনা মনাইবু থৌজানবিগে থন্নকলে।

মোংমগী মুমিত্তা থাংজিংনা পস্থোইবীদা তাকপিরক্লে— তারিবরা পান্থোইবী! ইনাই খুয়োন হাওবনা লোকতাকতা লেংপসি চহি তরুক শুরকলে, রাবনা নথরায় মাংখিবা তারবদি মোইরাং থাংজিং ঐগী খুংশেমদি মাংবা তারে। মরম অসিনা নংনা খুয়োন হাওববু মোইরাংদা পুখংতুনা য়োকত্রবদি থাংজিং ঐনা শেমখিবা খুংশেমদি মাংবা তারে। নংন চংতুনা হাওববু মোইরাংদা পুখংনবা লাক্লরো, নংগী থৌরাং নত্তনদি ঙমলরোই হায়রবদা পান্থোইবীনা হঙ্গংচৈ। "হে ইবুংঙো লাইনিংথৌ! নসাই ঐবু ঙকলেদা হাওবদি মোইরাং নিংথৌগী য়েক্লবা ওইরিবনি। মরম অসি লৈবনা হাওবগী অরাবা ওইগনি নিংঙ্গ।" রাকম অসিবু তারগা থাংজিংনা মোমোন কৌক্রহনা তাকপিরি, তারিবরা পান্থোইবী! থাংজিং ঐনা মোইরাংদা লৈরিঙৈদা হাওবগী য়াইবি লৌগদৌবদি কেগেদা মক্ল চন্দ্রিয়ে, ঐনা শান্নবা ঙাক্তনি; নংনা রাকম লৈভেনে থঙ্রবদি তাক্কেসে—মোইরাং লুইনিংস্নুগী মমোমলোই নুরা য়াইথিংকোন্নু কৌবীসে থাংজিং ঐনা শেন্না, হাওবা কোন্নু লৈপুননি থংলো। কোন্নুবু নংনা লোকতাকতা পুথরো হাওবগী লৈকমদা অনি অসি শক থংনরগা কোন্নুনা হাওববু পুখংহল্লু; কোন্নু মাগী মরাংয়াইদা লোন্না য়োকহনসি, অস্নুম হায়না থাংজিংনা তাকপীরে।

মতুংদা পল্লোইহৌন্ন কোন্নুগী ময়ুমদা লেংলকতুনা অহিংগী মতম থেংলবদা নুপী অহল অমগী শকতম্বু লৌতুনা কোন্নুগী মংলান্দা ফাওররে, ৱাহৈদি অসিনি :— "কোন্নু কোন্নু ইবেম্মা হৌগৎলু, ইবেম্মা ৱা হায়গে, মংগীদমক্তা ৱাখল্লা ইবেমদি লৈবা য়াত্রহুনা লাকপনি" হায়ররে। কোন্নুনা মং অদুদা খুমল্লে, ইবোকনা করিবু তাকপিগে হায়বনো হংলবদা? অহল অদুনা হংবিরকলি—মংবু নুপী ওইবগী নয়ুমবু মশক খংলবরা, অমম্বুং পুন্সি লেমনবা মরল লৈজরবরা হংলকই? হন্নুবীগী ৱা অদু তাবদা কোন্নুনা খুমল্লে—"ইবোক নঙুগী য়ুমদি পঙৌমা শারিবা য়ুমজাও অসি ঐগী ওইগনি, নিঙোল ইতোমতা পোকপজিনা ঐগী য়ুম ওইগদৌরিবনি, অমম্বুং পলেন পম্মো অনিমা লৈরিবা ম্না-লুপাসি নিংঙোল ঐগীনি" অসুম হায়না খুমল্লে। ৱাফম অদু তারগা হন্নুবী অদুনা নোক্লগনা হায় -"হা কোন্নু অপংবী! নপাগী য়ুমজাও অসিদি খাম্বী সৈনা চাকখিবা থোক্লবদি নংগী য়ুম লৈখিগদ্রা? পলেম নমাগী মরল লৈরিবা অসিম্নু ভুরানবনা মোংমা হখ্রবদি নংগী মরল ওইগদ্রা? মসিদি নংগী মরল নত্তে, য়ুম অসিম্নু নংগী য়ুম নত্তে, নুপী ওইবি মহাকি য়ুম অমম্বুং মরলদি ইবেনমা তাকলমগে খংজো। মোইরাংদা লৈরিবা পাখং ময়াম অসিগী মনুংদা থরায়না তাবা কনানো খল্লগা মসিনা ঐগী অরেম্মা ওইরনি হায়বা পাখং অদুদা নংগী থরায় হকচাংবু কখোকতুনা প খং মাপী হৈনা মতুং ইল্লহুনা পুন্সিগী পনথুং য়োবা কাওবদা থাদোক্তুনা ইত্তবা অদুবু য়ুম মরল কৌবনি খংজোও"।

অসুম হায়রবদা কোনুনা হংজে—ইবোক ঙসে থবায়না পানজবা পায়মনা খোইদাবা অমত্তা লৈজদে হায়রবদা পাম্বোইবীনা মতাং অসিদা খুয়োনগী শকতনবু উইহনগে থন্দুনা হাওবগী শকতনবু উইহন্নি। মহুদি-পাম্বোইবীনা হাওবগী শকতমহু য়েকতুনা পীবনি। কোনুনা হাওবগী শকতমবু হেক উবদা পিপুকনুংদা খোইদাজে, নুংশিবগী ইথক অমবু খোক্লকই। চুহুগী নুংশিবদা মতুনা থবায় হকচাং পুয়মকপু মংলান অহুদা কোনুগী থাকচবা থমদনা কখোকখি। মতুংদা কোনুনা হায়জে, ইবোক মাহুগী অয়েকপহু ঙগী ঙইহগে নশুদা পীবিরমলো হায়ববু। পাম্বোইবীনা-হে কোনু অপংবী মচিদি অয়েকপনি কায়রোই, নবুংঙোনি থংজহৌরো।

ওসিগী নোং হেক চানবা মতমদা বাকয়ৈ হিবু তো ডুনা নবুংঙো অহুবু খিজক, মামা লৈবদি থাঙ্গা কয়াং চৌংখোং, কুম্বীরেন তাওথক্তা যুমশং থাংপোক অমা লৈবনি। থাংপোক অহুগী মমুংদা কোনু নংবু ডাইরি। নংনা নবুংঙোবু শিহৌত্রবদি হাওবা অহু শোইদনা য়াইবী মাঙলনি, নংগী অনি সুত্রবা লৈপুননি, হাওবাহুনা শিথ্রবদি নংদি হন্দকি মপোক অসিমদি মংসে, লৈরাং ওইনা শাংপদি মপু লৈতবী ওইগনি শিঙেন নতোমদা মাঙজরগনি থংজোকো ইবেম্মা। অসিবাবু হায়রম্লগা হমুবিহুস্থ মাঙখরে, কোনুস্থ মীপক থোক্লে।

কোনু হৌগংডুনা কমজ মতাং অসিদা কোনুদো কমকম থংদরে, লৈকমস্থ থংদরে। ওসাই মঙলান্দা উখিবা অহুদা

মিৎতা পকপগুম, থম্বোয়দা কাহংবা শংলবা কোকপা হুমজ্রবা মচুগুম শংখিবনা কোম্বুহ্ নুংবংবা, খোইরাংবা, হকচাং নিকপা, ভু-চুংবা, হুমাংশৌব, কুচু ওনবা অসিনা চিংবাখিবিক্লা মথং-মথং চশাদা থোক্লরে। লৈকম থংত্রহ্নবা মনাই মুপী পোংম্বুবু ইকিংকিংবা কৌরকই। অচানবী পোংম্। মংবু হৌগৎলো, ঐবু লৈকম খণ্ডদরে। পোংম্বুসু মবেম্বাগী য়াথং তাবদা হৌগত্নবা চংজরক্লে; কৈদৌবিরবনো মনাইদবু তাকপীয়ু? কোম্বুনা হায়, পোংম্ ঐগী খোমলেন মঙলান্দা ওম্বোক্লা মু শিরবা শকতম অমবু উরম্মী। শকতম অহু উরুবদগী ঐসে লৈবা হুমদরে, অসি হায়রগা হিক্লা হিক্লা কপলকই, লৈম ইথক্লা তুখরে। মবেম্বাগী মতৌ অহুবু উবদা পোম্বুনা কোম্বুগী মশাদা হুমাং কাবহু কবোদগী তল-লা শেম্বীদগী কোনা-লাঃ অহিংগীনা কাংহাইরোই, মুংখিলগীনা হুমায়লোই অচিক অশা খাঙনারোই তঙল কোনা হুমাইবু শমু মথুংনা পাইহ্নবা তপ্না তপ্না হুমহ্নবা মবেম্বাগী থোগনজে অম্বুম্বা ভাইহাক লৈরগা কোম্বুনা তপ্না হৌগৎলি। মিৎতগী পীরাং তাহ্নবা অচানবী মনাইদা পাঙ্ভ অহু তমজে। তারিবরা অচানবী, ঐদি লৈকম খণ্ডদরে, মুপী ওইবী তোল্লিদা, চেক্লাগী মপোক্তা পোকচবী মুংঙাইরিজিদা। ঐনা পোম্বী ওইরম্লবদি অহিং অসিদা পাইহ্নবা মুংশি মাগী মনাক্তা য়োগদবনি। উচেকমক্তি নত্তবনা মাগী মনাক্তা পাইজবা হুমজদে, ঐবু করি তৌসিনো মুংশিবা মাগী মনাক্তা করি তৌরগা য়োসিবা। পলেম-পম্বো অমিগী মীথাপোম্বা লৈবনা

মানজা খোংগুন থিজবা ঙমগনি হায়বস্ন নিংদেদো। ঐনা লোকতাক কুমলুগে হায়জ-মিজবস্ন য়াবিয়োই, নুপী ওইবী তোন্নিদা, পলেম-পম্বো অনিগী য়াথংদি—

"ঐনা চংকে হায়বদা মখোয়নস্ন য়াবিয়োই
চেক্লা পোম্বী অপীথক তেনবা কৌবি পোম্বীহ্
উথুংদগী পিক্লা, উথুংদগী ফাক্লরে,
চাউননবা য়োকপিরে, চেক্লানা কাংথোং ফারক্লে,
পাইখোকথিনি মতাগুম, মখোং য়োহ্লিং থাংলগা
অক্লা থক্লা পুন্দুনা থম্বা মতৌগুম
পাইখোকচবস্ন ঙ•লোইদো,
করি তৌসিগে অচানবী" তনিক তনিক হংলকই।

মবেম্মগী বা তাবদা মনাই পোংমুনা হংগচে—ইবেম্না ঙসিগী ইন্নুং ঙান্নগা পম্বোগী য়াথং লৌরসি। পম্বৌনা য়াবিয়বদি ইপু-ইমাই অমিনা কেগে লোকতাক কুমহুনা মানজা খোংগুলবু থিরুসি, অসি হায়হুনা হংগচে। অস্ময়া হায়মহুনা লৈরিঙৈ, মতম কৌবী ইমাদি লেপুবনিনা মোংপোকথংবা মাইকৈদা চিংথৈ মঙাল কাউরকলে। ইন্নুংশোয়াস্ন ঙাল্লক্লে, মিংঙোল পোকপা পম্বৌম্ন য়াহোঙম্না হোহুনা মাংগোল্লাংদা কম্রিদো।

মতাং অহুদা কোম্ন পোংম্ন অমিস্ন পম্বোগী য়াথং লৌজগে হায়হুনা লোইয়োই কাইদ থোক্লকই। পম্বোগী মুমাং মথৌবোমদা লোইয়োই লোইরেহি লাকচরি। ফজৈদা কোম্নদো

খোঙথাং তপ্পা প্লাংবদি করিগী মনিংথিজনো,
মপাগী স্থুমাং মথৌবোম, থাংলক্লিবা খোঙথাংদো।
তেমন্নানা মালেমদা চংপগুম, কাংডানা খোংচৎ তম্বগুম,
অয়ুক্কী য়েন্দা মাংহুদা, পম্বৌবুস্থ কিবগুম ত্তৌ,
তাংজা লুক্কা লাকইদো।
ছইনিংস্থবা পম্বৌনা, মমোম থাকপা উবদা
মচাবু য়েংহুনা হংলকই।
ইপাগী লাংলেন ইবেম্মা!
ইমোম-মপু মনাইনা করিবু হায়মিংবা লৈহুনা
ইপাগী নাক্তা লাকপনো? অসিবু হায়রহুনা হংলকই।

কোন্নুনা পম্বৌবু য়েংহুনা মুজা জোল্লুক্কা হায়জরি। "পম্বৌও অপোকপা! ঙসি কেগে লোকত'কতা চন্নু ইতা মরাম-মক ঙাঁমিবু থেম্বা চংকদৌরি। মথোয় মমাং চংপদা নমোমস্থ ঙামি থেমলুগে"। মাচাগী বাবু তাষদা, ছইনিংস্থবনা হায়রকই, ইপাগী ইমোম ইবেম্মা! ইপানা পুক্লিংদা য়ানিদে। কোরৌ-মৈশা লাংলগা ৱাংবন নৈমা য়ৈবদা মাইথোং কালিংতবগুম, থাজ মানবী মাইথোংদো লাংশিনগনি চংকন্নু।

পম্বৌনা হায়রকপা মাথংবু কিরহুনা কোন্নুনা মাইথোং লেমাইদা লুকতুনা তপ্পা তপ্পা খুমজরি। "পম্বৌও অপোকপা! পম্বৌনা য়াবিদববু নমোমস্থ চংপা ভোকচরগে"। বাক্ম অসি খুম খুমহুনা, তাংজলুক্কা হন্দোকখি। মমোমনা মিংবা কাইনা হনখিববু উবগা ছইনিংস্থবনা হংলকই। ঙাইথোদা কোন্নু, ইপানা

ৱাবু হংগেদা, কনা কনাগা লোইনড়ুনা ইমোমনা চংকতৌরিবনো ? কোন্থ মপাওবু খুমজরি ইতা ময়'মগা চংচগে। মিংঙে'লগী মপাও তারগা, পন্থৌনা অমুক হায়রকই,—ইপাগী লাংলেন ইবেম্মা, হাকনা কুইনা চংকন্থ, ইপাগী থৱায়দি নহাকনি; পন্থৌগী থৱায় ওইর্বনি। নহাকপু মিংকুপ অমতা উদবদা ইপাদি লৈহম খঙদেদো। ইমে'মগী ননি থুংনবা ৱাংলেন থৱদং চংলুৱো, কোরৌহনবা নুমিৎমা থোংনাংময়াং পাংত্রিঙে; পন্থৌগী মোংবা যুমলেন্দা খোংকাপ মৌরৈ য়াংনা হলৱাই-ৱকউকো ইমোন। মসি হায়না পন্থৌনা নুংশিবা য়াথং পিরবদা কোন্থনা পন্থৌবু খুরুমজে।

মসিগী মতুংদা কোন্থ পোংন্থ অনিমক নাপচিক্লা ৱা তারে। হা তযুম অচানবী, নংগা ঐগদা চংলবদি পন্থৌসি থাজরৱোই. লৈকাইগী লৈশাবী ইতাশিং ননা চংতুনা হৌরুরে', মথোয়গা লোইনসি। পোংন্থসু মবেম্মাগী ময়াঙবু পুড়ুনা লৈকাইগী চন্থ মতাশিং. হৌমিন-কামিয়বী মৰুপশিং তরাথৰুং হৌরুরগে হায়না চেন্দুনা তরাথরুং তাকলুৱে। তরাড়ুনসু মখে য় অমমমনা ১০। ১০ হায়রুৱে। পাউ অসি তাবমখৎসু ঐথোয়সু চংকনি হায়-ড়ুনা মীয়াম ড়ুপ্পা লাক্লেদো। মথুঙা পয়া চেপসিং লোং অমল্লুং শংগ ঈ য়াইনমলোং পাইড়ুনা লৈশাবী পুম্নমকন্সু থুংলৱে।

### লৈশাবীশিংগী মমিং :—

কেগেলৈমা অহেনবী, মোইয়াংলৈমা অঙনবী, শন্নঅলৈমা-নমে ইন্থ, মোংকুলৈমা মীতৈন্থ. শজুংঙম্বী লেঙদাংকাবী, উয়েনলৈমা

থংগোংম্নু, শ্রীনিকোংয়মবী, খাগ'রাজ অচানবী, চোইনোম্বা শকহেনবী, ক্যাংলিকফাংশিবী, স্নামবিকখোম্বী, অয়াংচম্নু পোম-জেম্বী, শকহেন্নু মনিকখোম্বী, নৈরাংমানবী মাতেকপী, অসিনা লুচিংবী নৈশাবী ৭৫০ লোইনমকম্নু খুদরে।

মখোয়শিং অসিগা লোইনহুনা চন্নুশিংনা কোম্বু য়োমহুনা
কোম্নুনা ময়াইদা চংহুনা
মনাই পোম্নু অচানবীমা
মখুংতা পে মচা অমবু পায়হুনা
মবেপ্পাবু কোয়ে নৈশাবু খল্লিদো কইজনা কোম্নুদো।
থাংদোকলকপা খোংথাংনা,
তপ্পা তপ্পা চংপদি করিমনিংথিজয়ো,
পেম্বী তেনবানা মালেমনৈদা চংকুম্বী।
খোংথাং খুদিংমক্তা ফজবা,
অয়েংবা মীশিংনা হায়নৈদা
অউবাশিংনম্নু শোয়নৈদা
মাগী মতিক নিংথিববু, শীংথাহুনা লোইরোইদা।

মতাং অসিদা লোকতাক পাংখরে। মীয়াম্না মাবু উবদা তাংনৈয়ে শোয়নৈয় নিংথিদকো ইবেম্মা। মোংফম্বা মাগী খুৎশেমদা করম্নবু শেমখিবা। অহলশিংনা উবদদি মগু-মচাবু ওইনিংই। মমান্নবী চন্নুশিংনা পীপুকনুংঙ্গা কল্লকই। পাখংশিংনা উরগা, হায়নিংবদি হায়রুমদা, খম্মোইহনুংদা বাখল্লা কুমপংমবা ওইনৈদো।

মাক্না মখোঙ থাংবগী খোংথাং খোংথাং খুদিংদা
তকশামদগী হাইথরকপা নুরাগী থবাক্তা

ভনিক তনিক নিংখিবা, মহুবু উপ্রবা পাখংশিং
অভাওবগুমবা চোইরোনবা পাখংহুবু,
মীয়াম্না ভাওরমাল্লে হায়বৈদো।
অস্তুম তৌবা কোন্নুদি লোকতাক পাংনা খোংশামথি, —
লোকতাক মপান য়োরগা, কোন্নুনা মতাশিবু য়েংহুনা
নুংশি-চিনগোই পাংমেল্লি,—
খোইনৌ ইভা চান্বী! মখোয় মীয়াম তারোদো
ভসিগী ভামি-খেম্বদি পোংন্নুগা ঐখোয় অনিদি,
নোংপোক পাংনা চংখ্রগে।
খোইনৌ মখোয় মীয়ামদি
তাকমু ইখিংকোন, মাঙবী শেল্রা ইরাকোন
খুয়োন ভৌবা মসোইমাং, লমদম অসিদা লৈরম্মু।
য়াথং অসিবু হায়রম্নগা,
ইনজিং হিদি খোংখাংহি হিরেম থক্তা ভোংলগা
মমাই নোংপোক পাংহুনা নৌয়েন খুত্তা পায়হুনা
নোংপোক পাংনা হোনখরে।
কোন্নুনা লোকতাক্তি নিংখিবা মিংনা উরগা
পাইমা পীপুক নুংঙোল্লী, লোকতাক লৈমা ইমাও!
ইমা নংগী ফজবসি উবদা
নিংঙোল ঐগী পুক্রিংসে ভপথজববু ভমদেদা,
ভসি মচানা লাকচবা পাবু খোংগুম খিরকপা
নিংঙোল ইভেংবু পাংবিয়ু, ফংহনবিয়ু ইমানা।

চেক্লা শঙ্গু তারপ্পী পোম্বী অনি অনি পুন্সুনা
নিংশিং ৱাঃৱিবু শান্নৱি।
মসিগী খিক উবদা কোন্নুনা চেক্লাশিং বু য়েংহনা হায়জখি,—
চেক্লা ইতা! নখোয়না অনি অনি লোইননা
নুংশি ৱারি শান্নৱি, নখোয়না নবুংঙো চেক্লাগা
মুংঙাইনা পুন্সি লেল্লিদো।
নখোয়গুম্বা কোন্নুসু পামুবা মাবু
মু শি য়োম্লিংবা চেংনা পুমজরক্লনা
নিংঙোল ক্যা থমজগে নিংজরি।
খুয়োমগী লৈফম খংবরা? খংলবদি তাকপিয়ু,
অস্মুম হায়না পাউদমজৈ।
পোম্বী মরোল খংনদা নমু মীরোন খংদবনা
তীংঙক তীংঙক্লা চেক্লাশিংনা য়েংনৈদো।
ৱানি হায়বগা লোইননা থাজাকারাং লোইবীগী
অৱাংগী চিংমৈদা থুংলয়ে।
হক্লেনগী তায়গং লাকতুনা ঙামী থেংগে হোৱক্লে
অস্মু-নস্মু নিজরি—
ইবুধৌ থাংজিং, মোইরাং পোকপা ম্বরারেন
নগুনা ঙামী থেঙ্গা মংচদে হাওবা মাবু ফংজগে
ফংগদোবা লৈরবদি, নগুগী ইল মনুংদা
লেমলৈ ঙাবু লকতবসু ওইসনু।
ফংলোইদবব্রি লৈরবদি, লেমলৈ ঙাবু লকসনু

অসিমা খুদম খ.জগে।
অসি বাবু হায়রগা ইপ অহু থাদরেদো.
ইন শোল্লগে থৌর'ংরক্লে
হেক শোল্লকপদদি
ইলগা হঙ্গেমগা ইরোনমুংদা লৈহে'রেদো।

মতাং অসিদা কে'নুদি খংপ্রেক খলে। মনাই পোংনুবু য়েংলগা হায়রকই,—"হা .পাংনু অচানবী। করিগী মতে নো, য়েংসি লাওদা অচানবী। মবেম্মাগী মপাউ তাবদা পে ংনু য়াংনা খুনা চেনশিল্লকই। হ.গেন তাইপং লী তংপহু উরগা মবেম্ম'দা হংগচৈ। "তারিবরা ইবেম্মা, তংলিবা হঙ্গেন তাইপং লীনি, মসিবু নুপী ওইবী ঠখোয়না শেম শাবদি ওল্লরোই। কেগে-পুংদা হল্লগা ইপা ইপনশিং কনাগুম্বদা শেম্মিয়ু হায়বস্তু লম-দমনদি তামখ্রেদো, লোইবী চীংদা ক.রগ', মাইকৈ তরাদা য়েংহুনা নিপা কানা লাকপনো য়েংলুসি। করিগুম্বা নিপা লাকপা উরবদি মকম অসিদা কৌশিন্দুনা শেমহনসি। মাসি হায়নরহুনা মপু মনাই অনিনা লোইবীথক্তা কাখংলক্কুনা মাইক খুদিংবু য়েংলকপদা পুক্লিংদা ইনোদা নোবা রাখল অমবু থোক্লকই। মরমদি :—

লোকত.ককী নিংথিববু উরগা হায়রকই কোনুনা
হা পোংনু অচানবী য়েংউনে লমদম অসিবু উবরা,
লোকতাককী লাইজ অরংবনা মিংশেমগী পান্দম ওইরিদো
থাংজিং চীংজাউ মমিনা ইমম মমনা তারিবা

চীংগী মথিলা উকম ওই,
লাইজা ভরংনা ঝিংপেল ওইরেদো
য়েংবদা পুক্লিং হরেদা।
লোইবী চীংদা খোংজাই পামলো মৈচাকলি
মৈথুলা মোংদোম শরংসি
য়েংউনে অচানবী মহাক্না কোন্নু ঐগী থম্মোইসে
মুংশি খোংগুল লিরকপা
ওসি ঐবু শিংথেল অরেম্বা, নৈরাং অতিঙাবু ওইরগম্রা
হা থাংজিং কোরেন লাই!
চিঙ্ নখোঝান খোইয়ুম নরনকুমা
পাম্নবা মাবু উহলবিয়ুকো লাইনিংথৌ।
অসি হায়রগা কোন্ননা তেংথাম্লিংঙে মত..দা
লোইবী চীংখোং লোনদগী মৈথু অবু কারকই।
কোন্নুনা নৈজা য়েংখিবদা ফুমশং অমবু উরেদো,
কোম্নুনা হায়রকই; হা পোংন্নু অচানবী
চীংখোং ফুমশং অমবু য়েংখিবদা উরিয়ে
খংপোক অসিগী মনুংদগী মৈথু কারক্লি।

থাংপোক অসি মী নৈবা তাই মীশু অমি গুরমলোই, থাংপোক অসি মী অমি গুমা নৈনি থাজদে; অমত্তা নৈংঙি থক্লি, থাংপোক অসিবা পীকশনিমা হায়বনি। কারিবা মৈথু অসিমু মী নৈবগী খুদমনি। মী অমত্তা নৈবা ওইরবদি মিপা ওইগনি অচাম্বরী। থাংপোকতা নৈরিবা মিপা অসিবু কৌথোকনি,

হংগেম লিচাওবু শমহুনসি হায়রহুনা মপু-মনাই অমিমক ব্রাহ্ম-হিবু তেংংলসি হায়রহুনা লোইবী চীংগী চীংখোংদা মপু-নাই কুমলক্লে। মেরেম খুত্তা পাইহুনা হিরেমথক্তা তোংহুনা কুমশং খাংপোক তমলক্লে। অম্মম্বু কৌরকই---"কেগে কমানো। লোইবী চীংগী চীংখোংদা লাংকৈ খাংপোক মনুংদা লৈরিবা খোইমু নংবু তাবরা নুজা ঐমা কৌজরি। নুজাগী ইপাউবু তারবদি খোইমুগী মপাউ খুমলকত্ত"।

কোন্নুগী চিমগোই মপাওবু তাবদা খুয়োন্দি অকি পুক্লিংবু চংহুনা খাম্বী মৈবু মুংলম্নগা নারোন্দা লোংখরে। মৈখুনা মুংখ্রবা অহুদা কোন্নুম্নু অকি পুক্লিং চংহুনা, হিরু তেংমাইদা তরংদা লেপ্তুনা লৈরে। মতৌ অম্মম তৌমা ভাইহাক্তং মুং-ত্রংহুনা লৈরুরগা, অমুক হন্না কৌগে খন্নুনা, অমুক হন্না কৌরক্লি। "হা ইবুংঙো কমানো, নিংঙোনগী চিমগোই পামেনবা তামা তামা খুমদবা, পাইমা করি লিংজেম্নো? লাইবকথিবী ইপাওখোনবু তারগা, মারোম মুংদা লোৎপদি নিংঙোম ওইবী ঐবু হাৎপগী পাপ পুবিয়ুকো ইবুংঙো"।

ফজেদা কোন্নুগী খোজেল—কবোগী শিবোং লোকচাউদা পামেনথক্তা তোংলগা তম্না কৌবী চেক্লানা লোকচম মতা-কখদা, তাম-তাম খোংবগুম, কোন্নুগী মপাউ নিংথিবী মেংনা খোংনা লাকপদি মারোম মুংদা লোৎলিবা হাওবমা তাবদা থম্মোইবু লোইনা চিংখ্রহুনা ভুমিন্না লৈবা ঙমদরে। নিংথিরবী খোজেম অমম্মুং মুংশিরবী মপাউনা, কল্লবা লীচিং ওইহুনা

হাওহনা তপ্পা তপ্পা খুমককই। "নুরা নংবু কমায়নো? ঙসি মপাউ ভাবদা পাখংগী থম্মোই চুররি. নুংশি মপাউদি ভারেদো, খোংদোইরকপদি ঙমজদ্রে নুংঙানবিগনু ইবেগ্গা। পাখং ওইবা হৈহাক্তি পলেমমা নাংকোন্দা, পগৌনা নাওয়োম্ভবমা অমসুং নিংথৌগী অকি পুক্লিংমা পমবাম লাংবা ঙংজদে। চরৈ ফীনসু মোংলিদো নুরাগী চেলোশকপু উচ্ছবসু ঙমজরোই"। অমুম্মা হাংবনা পাউ খুমলি।

কোনুনা মাহুবু ভারগা নুরা মাগী মনমথাং, পাইখুরাবী নিংথিবী, হৈনংনসু চুরবী. লৈনমনসু হাংরবী, মমল য়াম্রবী লমথাংবু থাংগংলে পুমলংলং, থাদরে পুমঙাংঙাং। মালংবনা ভুম্বদা লমথাং ফীদোংা পাঙ্গবদি যোগীনি নোংথাং কুপকুম্বী; নিংথিরবী লমথাংবু চৈয় লাকয়েন থত্তুনা মবুংঙোমা লৈবা মাইকৈদ লমথাং ফীহু, ওইনা হুনজিমজ্জ। চরৈ মাগী মতেংবু মালংবমা পাংহুনা হাংবেগী মনংক্তা থংলুয়ে। হাওবনা চরৈ অহুবু উবদা, থম্মোইনুংদা নুংশিবগী পুক্লিংবু ইনৌ নৌমা হৌরককলে। নুরা মাগী লিচিংনা তপ্পা তপ্পা থোরক্লে। হাওবনা লাকপগী মাপোম্না য়েনদাও অহুবু লেংখি।

মভাং অসিদা কোনুনা মিংচিনা হুনা য়েংলকপা মিংথি-জৈদকো ইবেম্মা।—

> ঙানুনা নুংশাবু য়েংবগুম তথক তথক য়েংলকপা
> শজি কৌবী য়ারৌনা অকিবগা লোইনমা
> তঙক তঙক য়েংবগুম, নুংশিববু য়েংজরি।

কোমুদনা য়েংবা নংহেদো, হাংবনস্থ য়েংলকপা
লাংগোই লাবগী মিংয়েংনি।
ভনিনা য়েংনবা মিংয়েংদি, থরাইকোকপী তেংবীনা
তাংথুম লুদা চংবদ, লিংথে কচগে নিংহুনা
তাংথুম লুগী মনুংদা অহে বা কোইনা কোইনা য়েংলকপা
মথন্তা থরোকাংক্রম ঙনবগুম অনিনা য়েংনরিদো।
হেক উন্নবা মতমদা সুংশি মৈনা ফংহুনা
মুংবংননা লৈনখি, ঙহাক অত্তুম লৈরগা
থুয়োন হাওবনা হায়রকই—

ইশানো লৈরং নি থিবী, শানো মংবু কনানো? শুমাংদ উরোং খিনবীরা, খেংজি লংঙংবু পুনবারা, লখোঙদা তিংখং পানবিরা; অশেবা নপাংবু হয়রিবু। পাখং ঐগী থম্মোইসি মুরা নংবু উবদা হায়রিংবা য়ানা ফযুমশা, লেমল ঙমরু পনবগুম হায়জবদি ঙমজদে। পলেম বনাগী মমোমমো, পম্ভে কনাগী লৈরাংনে, অশেংববু হায়বিযু।

হাওবগী চিংগোইবু তাবদ মুর··না খুমজবদি হায়-নিংবনা হেনখিবা, মুশিবনা লুতেনকা, থম্মোই পাইমানুংদ দ ভনিক ভনিক নিকতুনা, তপ্পা তপ্পা খুমলকপা করিগী মনিংথিজনো। "ইছাবী ইবুংঙো মুংশিবা! নিংঙেল ওইবীগী ম লান্দা থংলেমগী চেংলো উরম্মী। ম লান্দা উব মতমদা নিংঙোলগী য়াইবী মঙামক মমন য়াউদনা কংচখি। ফম কৈদবু লৈবনো, মুরা পাংগন শোনবীনা মার খোংগুন খিজয়কপনি। ংবু পোকপা

পাস্থৌদি নোংবান হুইনিংগুম্বনি, অপোকপী ইমানা তোনুরায়েম্বন চুম্বীনি, নুজাগী নিংদি য়াইথিং কোনু কৌজদা। পামুবগী মিলেন্দি করি মিংলেন কৌবনো, অপোকপাগী মিংলেনসু নুজা নৈমা খংজগে।

হাওবনা খুমলকই— লৈরাং নংবু তাবিয়ু, পলেম পস্থৌ লৈজরে. শক্তিক মতুং ইনখরে, থাবা মমৈ য়াইখরে। পস্থৌগী মিংলেনদি খুনথোরেম্বা, অপোকপী ইমাদি শকহেননু, পাখং লাইবক থিবদি হাওবা লমজা লাইরবা। নিংথৌগী য়েক্লববু ওইবনা, কেগে লোকতাক ইরেবু, চেক্লা-পোম্বীলকসিদা য়াইবি থরায় হিনবা লংকৈক খাপোক য়ুমদোমপোক অসিদা পাখং থরায় হিনবা শাথুপচ।

অসি হয়বা তারগা কোনুনা অমুকসু হায়জরি,—"থরায় হকচং অম্রিমক নখোং খাদ কংচরি; লৌশিনবিয়ু পামুবা। কেগে পুংদা লেংলসি. পলেমপস্থৌ তাহন্দনা মানজ নবু লেংতুনা নিংথৌল কাদা থমজবা পিনবিয়ু নুশিবা"।

রাতুবু তারগা হাওবনা অমুক হায়জরি—ইমেম মচা নুংশিবী! নুরা রাখন তৌবিখো। হৈনা মতুং ইন্দুনা, নুংশি নকা য়োরগা মচেম কনাগী চিনগাইখোনবু, নুরা নংনা তাওমদা, নুজা ননা খাংওমদা, পাখং ওইবা ঐহাকপু খোংবান লান্নবা হিয়েনবু পনথুং য়োবা মতমদা, হিয়েনবু তুংদা কাওথোক্লম্বগুম হাওবা লাইবক থিববু নুরা নংনা কাওথোকলক, মতম অহূদা পাখংদি

পলেম মাঁয় লৈজদে, হাওবগী য়ুমথুং লৈরোইদো হৈনা মতুং ইমবদি ওমজরোই।

হাওবগী য়াবু তাবদা মোংনু য়াইথিং কোম্নুনা নুরাগী ছোরি খুৎস্থু থাং, হৈজাং মশিনবু লেম্না থাং, খেউমা মখোক পানবা থাং, থাংলেম য়াদা চিকহুনা অরেপ্পা য়াশক পিরক্লে। "ওসি মথৈ ঐহাকসি থরায় হকচাং অমিমক মখোংথাদা কচ্চরে; থাদোকপীগনু নুজাবু, পুন্সি পনথুং য়ৌত্রি কাউ"। কোম্নুগী অরেপ্পা য়াশক তাবদা খুয়োম হাওবস্থু কোম্নুগী মতুং ইন্নগে পাইমান্নুংদা থল্লকলে। নুরা ইমেম মচা, পুক্রিং নাথৈনা নুংশিবী, নুজা নয়াথংবু মালেম লৈদা তাহল্লোই, কেগেপুং য়ৌরসি। অসি হায়না য়াহুনা, য়াকয়ৈ হিদা তোংলক্লে। কোম্নুনা মবুংঙো হাওববু হিরেনপুংদা হাপ্পুনা মোইরাং তম্না পুরক্লে। লোকতাক খোংবান য়োবদা নুনিংনদি থেংবনা মতা মীয়ামস্থু লৈরমদ্রে, কোরৌহনবস্থু মারণ চনখে। মমমুক তৌবদা কেগেপুংদা থুংলরে। পলেম পম্বোবু তাহন্দনা নিংঙোল মাগী মগাইকা, পীথ্রাইবীগী য়াকোমকা, খোংত্রাইবিগী য়াইরেক কাদা মবুংঙোবু থুপচানদা থমখিয়ে।

—:*:—

# কোম্নুবু থাজবা মতাঙ

খোংনগী কোয়ৌ অমদা খোংবান হুইনিংশুম্বনা পাইমান্নুংদা থল্লকই। ঐগী ইমোম ইবেম্মাসি চাউবা লেপকারে, শাংবস্থু

ওমদমলে ; থাজবা মহুম চায়ে. কন'দবু থ জগনি। ইচাগী শক্তমবু য়েংবদি নিংথৌ অমগী লৈমা ৎইবদা মতিক চাগদবোই নিংই। ইচাগি ল ইবকথিবনা, নিংথৌগী লৈমদি ওইরগোই। মতিকচাবা কানা লৈবগে পাইমান্নদা খল্লকই।

কোনু থাজবাসি ফুংনাক ব্রারিগা
শৈশক্তা অনি খেন্নবা মতাঙ।

কোনুবু পঙ্গৌ হুইনিংগুম্বনা য়ারৌ শাতানবা চংপনা খুমনগী লমদা মৈ থারুবদা. কাউবনা শাঙ্গুনা য়াইবী লোগে তৌবদা মচা অমত্তা পোকপীবু হুইনিংগুম্বদা ঐগী থব য় বনবিয়ু। ইমোম য়াইখিং কোনুবু ননাই ওইবিয়ু হায়রুনা মচাগা মথয়ায়গা শিন্নে হায়রুনা শৈশকনৈ। মসিগী য়াহ অসিগা পুংগুম্বা ফুংনাক ব্রারিগদি খেন্নরে।

# ফুংনাক ব্রারি অরিবগী মতাঙ

ফুংনাক বারিদদি কোনুসি পঙ্গৌ হুইনিংগুম্বনা মচাগী মতিক মশক অনিবু নিংথৌগী লমবু ওইহনবিংই. নিংথৌ কন'নস্থু লৈনা ওইয়ু হায়বিদে। নৌতৈ. লুয়াং. মোইরাং হায়রিবা অহুম অসিনা মাঙোন্দা লোইপোং কারিবা। খুমন কাওবদা ইচাবু থাজরবদি চহি অহন ৎইহুনস্থু, ইচাগী মতিক্তা চানয়ে খন্নুনা, খুমন্দা থাজগে লেপথরে।

মাসিগী মতাং অসিদা শৈশক লোনদদি, মৈ থ'হুনা খুমন্না শাউবদগী হাংকে তৌবদা মচাবু থাজবনি হায়রি। ফুংনাক

ৱারিদদি খুমন কাঙবদি য়ুমলেপ চারা তমদে, নুপীগী চেলৌ খংদে হায়রি। মপুন্সিস্থ মী রাল অহুম পুন্সি হায়রি। খুমননাদি অরেপ্পা ৱাশক চেংলি, হায়খিবা ৱাকম ঙাকই ; হায়রিবনিন্না শৈশকলোন্দগীদি খেন্ন। মরম্দি কোম্নুনা খুমন্দা লুহোংবা মতমদা, কোম্নুদি খোইজিখাদা তাউজিং মরু তংখে, হায়না শৈশকলোন্না হায়রি। অদু ওইবা তাববদি খুমন কাংবদি খংলমলোইদ্রা ? খংলবদা খুমননা কোম্নুবু থমগদ্রা ? শৈশক-লোনদা হায়রিবা অসিদি ঙশৈ ঙসিগী শকতম্ব ইকাইখুম্নি ঙাইনি। অসিদা নত্তনা কোম্নুগী চা অনিসিবু খুয়োনগী ঙনি হায়রি। নিপা ওইবা অমনা য়াকম থোকত্রবা ৱাকম ওইনা থোকই। মরম অসি লৈবনা ঙসি ঙনা ইজরিবা অসিদি শৈশক লোন্দা ইজদরে, ফুংনাক ৱারিগী মতুং ইন্না ইজরি। মসি ঙনা হায়-নিংবদস্থ মত্তে, ওঝা অনিনা য়ারমদে। ওঝা অমদি খারাইবন্ন-লেব সি হনি, ওঝা অমনা মাইত্রম ওঝা চাউবনি। ওঝা অনিমস্থ শক্রিবা শৈশক লোন অসি য়াখিদে।

—: * : —

# কোম্নুবু হুইনিংশুম্বনা খুমন্দা থাজবা মতাঙ

নোংমগী নুমিত্তা নোংবান হুইনিংশুম্বনা খুমন্দা মচাবু থাজগে হায়বা ৱাখন্দা লেপ্তুনা, কেগে লোক্তাকপু লাম্হোকতুনা খুমন চৎংদা চংখরে। নোংয়াই খুমন কওবগী মফমদা নোঙ্কপগা

লাইননা হায়জরুই। "ঙ্ হ ইবুংঙো অথৌবা। তাবিয়ু, ঐগী ইমোম অমা লৈ ত; মমিংনা য়াইখিং কোনু কৌই। ইচাসি চাউবা লেপফারে, থাজবা মত। ওইরে। ঐনা ইমোমসি পোকপা মুশিংতা ইমোম মাঙা পুন্সিরবদি খুমন কাওবদা থাজগে হায়না রাশকচৈ। অমম্ অঙানদা সাখি থমজখি। মতাং চারক্লে খন্দুনা ইমোম্বু থাজগে হ য়ক্তনিংঙনা লাকবচনি হংগংচৈ"।

হুইনিংগুম্বগী রাবু তাবদা, খু.ন কাওবা তু-চুংই। ৎহাক তুমিন লৈকরগা কাওবনা খুমলকই।—"তাবিবরা অঙম্বা! নংনা হায়রিবা রাকমহ য়ানিংদে অমুকহন্না পনগনু ঐদি অহলগী মতমম্বু ওইরক্লেদো, হনুগী মাল কাবেদো যুমলেপ চার তমদেদো। নচাহম্ অঙাংনি, মমান্নবা হৌমিন ক মিনবদা মচা অহ থাজরুও"।

অসি রাবু তাবদা, নোংবান হুইনিংগুম্বনা অমুক হন্না হায়জরি। তাবিয়ুদা অথৌবা! খুমন নংগী নকমদা থাজগে হায়না রাশকপা, থুগাইবিগনু অঙম্বা ঐদি রাশক ঙাকনি, ইমোম্বু কনাদম্বু থাজরোই। মুরা নৌনা হৌজবী লৈরাং ওইবি মহাক্তি, ঐনা কন দা থাজরোই। লৈরাং পুশি মাঙহনবা, খুমননা মাংহনবগী ল.নবু চাংনো পুবিরো। ঐগী রাশকখিবগী ঙাকপিদবগী লমমম্বু খুমন নংনা পুবিরো। অসি হায়না হায়-রক্লবদা, খুমন কাওবহ অরাবা অমা ওইখে। অহবু শিঙইদা খুমনদো, করম তৌরগা মাগী রাশকপু ঙাকশিবনো, খল্লরগা হায়রকই। তাবিবরা হুইনিংগুম্বা—নংনা হায়বম্বু ঐ য়ারগে, ঐনা হায়বম্বু নংম্বু য়ারো। মা অহ তারবদা হুইনিংগুম্বনা

অমুক হায়রিজ ঐগী ইচাবু লৌশিনবিরবদি ইবুংঙোনা হায়বিব মখৈ ইনগনি হ য়রবদা। খুম্না অমুক হায়রকই—ফরে, অদুদি ঐনা নংগী বাশক ঙাক্লগে। ঐগীস্তু অরেপ্পা অমা লৈজ, মসিস্তু নংনা ঙাকউ। নংগী নমোমদু পুরক্কনা কংলরো. ঐগী য়ুমদা থম্বদি খুমন ঐগী ইমোমমক্কি হায়না খন্দুনা থম্নসি নংনা য়ারো। ছইনিংশুম্বস্তু য়াজরে হায়রে। অদুদি নংনা কংনিংবা মুমিত্তা কংলরো। মসি হায়মদুনা ছইনিংশুম্বস্তু মোংবা মযুমদা হল্লক্লে।

মহাক্না মাগী তালোই তুনুরায়েনচুম্বিদা পাউ অসি তমখি। তাবরা নিংঙোল পোকপী! নমো। অসি খুমন কাওবদা থাজরমলে ইবেম্মা। বাফম অসি হেক তাবদা, তুনুবায়েনচুম্বিনা মবুংঙো য়েংদুনা হায়জরকই,—করিব নো অঙম্বা, ইমোমদি ঙরাংদা শাংচবা লৈরাংনি। খুমন কাওবদি হনুগী মালৈ কারবনি। ইমোম্না য়াগনি নিংদে। করিগুম্বা ইমোমনা য়াদনুংথোক্কনা য়াইবী মাংগে, শিরগে হায়দুনা লাংলক্লবদি, নোংদম্থিবী ঐদি ইচাগী হৈনা মতুং ইনখিবা তাই, হায়রক্লবদা। ছইনিংশুম্বনা হায়রকই,—তাম্বিবরা ইবেম্মা, ইমোমদি মপাগী য়াথং ঙাকনি নিংই। মাগী থম্মোইমুংগী বাখমবু করি লৈবনো হায়বসিদি মহাক্না হংবা তাই, হায়ক্লবদা তোনুবায়েনচুম্বিনা মমোমনা লৈবা মকমদা লাক্কনা মচাদা পাউ হংখি।

ইমাগী লাংলেম ইবেম্মা, ইমামা বাবু হংগেদা, ইমাদা খুপচামগন্। নংবু লেপ কারে, শাংবস্তু ঙমদমলে; নিংঙোল পুক্কিংনা থোইদাবা কনাগুম্ববু লৈবনো ইমাদা হায়যু হংলকই।

মম্নাগী য়াবু তাবদা কোনুনা চিনগোই পাউমেনজে, — করি- য়াল্লো পলেমও! নিংথৌ-না ইতোনা পোকপনি, পলেম পশৌ অমিগী য়াথং পরৈ তাদনা কনদা থবায় কঙরোই। অমিগী য়াথং ঙাইজরি অস্নম হায়না শুমজরি। মমোমগী চিনগোইবু তারগা মমা রায়েনচুম্বিনা নোকমী নোকনী তৌহনা ফরেদা হায়রম্লগা, লেংথরে। মবুংঙো ছইনিংশুম্নদা পাউদমজে—তাবিয়ুদা অঙম্বা. মমোমগী পুক্লিং থংজরে; কনাগুম্বা অমদা নিংঙোলগী পুক্লিং অরেপ্পাবু লৈজদে হয়রি। অসেমদনা মমানা পাঙদমলি. কোনুদি পলেম-পম্বৌনা হায়নরিবা য়াফমবু থোংনাওদা নপুন্না তারমই। অমিনা ঙাংনহ্রিবা য়াদি খুমন্দা লুহোংবা শোইদরোই হায়নরি।

কোন্নুমা য়াফমসি হেক তাবদা মফম ইথং থংহৌদনা কোয়ৌ মোংমদোম্দগী কোবৌ অশিবু নিংথাইরক্কনা কোনুগী কোকথক্তা মমবঙ্গ। মালেম থক্তা লোথোইনা কপলকই। কপ্পা মথৈ কপ্লগা. মতুংদদি লৈকোন্দা চংহন্না তেমতা শিক্লরসিরা থল্লকই। অহুগীম্নু মথক্তা মবুংঙো হংবনা তথবদি ঐদি মংংলদো. ঐ শিবা নত্তনা তৌফম করি অমত্তা লৈত্রেদা থল্লিঙদা। মমা ইবেম্মা রায়েনচুম্বিমা মচাবু থিরকই। লৈকোন্দা লৈরংলে, মমানা মচাদা হায়রি—ইম গী ইমোম ইবেম্মা! করিনৌবু কপ্লি- মমো, ইমানা হায়বা য়াসি তাউ। নুপী হায়বিসি মপামদা শিঙ্ক নোংদমদে, নিংঙোল ওইবী হায়বসিদি লুহোংবা হায়বসি মোংমদি শোইত্রবমি। নংনা লুহোংগদোরে কপ্লিবহ কপকনু;

ইম খোইস্নু লৈশাবী ওইরকই। লুহোংঙনদাইদা বখিদো. অহুবু লুহোংখরগা অহুম লেংকই। নুপী ওইবী নংগী নথৌনি হায়হনা, মমানা মচাগী পুক্লিং ফগে হায়রহুনা মমোমগী অৱাববু কননবগী নমক্তা মমানা থেমজিল্লি।

বা অসিবু তারগা কোনুনা খুমজে ইমা পমেল ইবেম্মা. মমোম্নু হায়জবদি ওমদহুনা লৈরেদ। ঐদি লুহোবা য়াগদোবা নুজা ওইদ্রে। মরমদি মহান মোংমা লোকতাক ওাসি থেম্বদা থাংগ করাং চীংয়াদা, চেক্লা মছাতাবা. মাগী কনা অমত্তা লৈজত্রবা অমবু থেংনাক্লহুনা, মথোংনা নুংশিরুবমা চেক্লা মাবু কাহুমা পুন্সি লৈপুন ওইজগে নিংহুনা: চেক্লা কাহুনা পুরক্লগা নিংঙোন কাদা য়োকচক্লই। মরম অহুনা মমোমদি লুহোংবদি য়াররোইনে, মৌগীশিংদা চনংরেদা ইমা। মমোমগী মপাউ-তারগা, মমামা শাউহুনা য়াক্লবা ময়াথবু হায়হুনা চৈরকই। ইমাগী ইমোম লমহেনবী নিংঙোন নত্তোম পোক্লগা করিগী লমবু হেনবগে। নংনা ফাবক্লবা চেক্লা অহু করম্না পোঙ্গী চেক্লানো? অশেংবা নপাউবু হায়যুদা কংলক্লবদ, কোনুনা মমাদা তাকথোক্লুনা খংহজে। খুয়োন শাংগে তুমখ্রবু খুঙৌরেম্বগী মপাক্নী হাওবা কৌবা মহাক্কি লোন্না থুপনা লোকতাকতা মত্তোমতা লোংতুনা লৈবনি। অসি বাবু হায়হুনা মথকী হাওবমা বানা লৈরকপা মরমবু মমাগী মফমদা কোন্নুনা লোইমা তমলক্লে। মমোমগী মপাউবু তাবদা বায়েনচুম্বি মমাদো পাইমা পিপুকনুংদা মমাঙগী বাকনবু নিংশিংলকতুনা বা অমতা ওাংলমদম্না

ভুইনিংগুম্বগী মন ক্না লাকই। মবুংঙোদা পাউ পুম্নক তমলরে।

মচাগী ওইরিবা মগুংবু তারগা ছুইনিংগুম্বনা শাউহুনা, ঙসিদি ইচান্নু হাংলগে, মীচান্নু হংলগে হায়রহুনা থাংলেম পাইহনা চোংথোকই। অহু উরগা কোন্নু পোকপী মমানা মবুংঙোবু খুজেং পাইহুনা থাজেয়ে। ইবুংঙো শাউবিগন্নু, ইমোমনা মনিংতম্বা মত্তে। ইমোমনা য়োক্লিবা চেক্লা অসিদি পম্থো মপাগী ম্নাথংবু নৈখা তাখিম্নি থজহুনা চেক্লা মাগী মথোংখিক্লবনি। ইচাগী মরাম্দি নৈরোই হায়্রনা নিংজৈদা। মমাংথক্তা হোৎলবা ইমোমনা পোকপা নুমিত্তা, মরুপ চামবা অংগী মকমদা ইমোমবু মমৌ ওইযু হায়রহুনা রাশকখিবগা লোইননা হায়রিখিবা রাকমবু নিংশিংবিয়ু অঙম্বা হায়রকই। ছুইনিংগুম্বনা হংলবই—ইবেম্মা। নংনা হায়রিবা রাসিবু কনাদা ইমোমবু থাজখিবা নৈতেনা হায়রবদা ; রায়েনচুম্বিনা হায়রকই—তাবিয়ু অঙম্বা, চাকলুক অমদা কমমিন্নহুনা চানিন্নবা, কমকম অমদা কমমিন্নবা, তোংজৈ অমদা চুপমিংনবা মরুপ খুম্হৌরেম্বা কাউথরবরা? ইমোম পোকপা নুমিত্তা খুম্হৌরেম্বগী মকমদা পাখৌ মংগী মপারি হাংবা কৌবা অঙাংদা ঐনা পীরবনি। হয়েং চাউবা লেপ কারকপা মতমদা মমৌ ওইযু হায়হুনা রাশকখিববু কাউবিরক্রা? ইমোমনা য়োকচরিবা চেক্লা অসিদি খুম্হৌরেম্বা মপারি খুয়োম হ. বনি তাকথোক্লে।

রা অসি তাবদা হুইনিংগুম্বনা হংলকই—তাবিবরা ইমেমমচা, মরুপ খুয়োন শাগেদি নিংথৌগী মখুত্তা শাগে তুমনা শিখরে, হাওবা মাদি করম্না হিংহুনা লৈহৌবনো ? হংলবদ, তালোই মরুম্বীমা মথংশিংনা পাউদনজ। থম্মৌরেম্বমা শিরমদাইদা মপারি হাওবদি পোকপা মতম কুইত্রিদো, চহি কাত্রিবা হাওববু মচেম রাংসু চম্নুদা লোঃশিনহুনা থনমই। খুয়োম শাগেনা হুমখিবদা হাওবা মাদি য়াউহদে। মচেমনা মচা শান্নবা য়োকপনি। হাওবগী চহি ১০ শুরকপা মতমদা ঙাংখলোবাইদা অঙাং অমা লৈরে, নিংথৌ মক্না শিনবা তারে ঙাংনখিহুনা. নিংথৌনা অঙাং অদুবু হাংলু হায়খি। মতম অদুদা নিংথৌগী মনাইনা অঙাং হাংকনি হায়দুনা মখোং মগুং পুম্দুমা লে ইবী চীংদা পুথ্রবদা, লোইবী চীংথক য়োরবদা. নিংথৌগী মনাইশিংনা অঙাং মং কনানো, কনাগী মচানো হংসক্লবদা, হাওবনা অশেংবা মমিং শাগে পলেম পম্বোবু হায়দোক্লবদা— পারি নংদি শিবা য়াবা অঙাং নত্তে চেনখ্রে, য়াইবী থরায় হিল্লব। লোকতাক ইরোমনুংদা লোংলুয়ো, হায়না থাদোকখিহুনা চেনখে। অঙাংগী মহুত্তা তাউবা হুই অমবু হাংতুনা কোম্নুংদা উংখি। হাওবদি লোকতার্কতা লোংলি। মমোম্মনা লোকতাক ঙামি থেম্বা চংপদি, ঙামি থেম্বা নত্তে পম্বোগী ময়াথং ঙাকচগে, হাওবগী খোংগুন খিক্লহুনা কনাগুম্বা অমবু থংহন্দনা য়োকচবনি হায়দুনা পুন্নমক শিং শিংনা পাউদমলবদা, হুইনিংগুমদি মোংলেন খোংবগুম কপলকই।

মরুপ খুঙ্গোয়েম্না! পাংথৌ নংনা ঐবু লাইরেপাক্তা শাও-রম্লগনি তাইবং পুক্লিং ওইবনা কাউরুরেদো। ঐহাক্তা লালববু ঙাকপীয়ু, পারি খুয়োন লাইরবা, পারি মংবু ইপান্না অকাঙ্ক পরৈ ওইরুবনা ইপান্না লাল্লবনি নংনা শাঙগনু। চুজিক্তি ইপান্না খুমন্দা থাজরুবগী মরমদি—ঐনা তৌজবা থবক্তি অমম্লং ইরান্দি ঐন্না চুমথোকপা হায়বসি শোইদবনি। ঐহাক খুমন্দা চংতুনা খুমন্দা ইরানবু ঙাকপিয়ু হায়জরুরগে হায়রবদা; কোন্নুনা হায়জে "পন্থৌও! লেংবিগনু, খুমনগী মখুত্তা পন্থোগী য়াইবী মাংগনি। নমোমনা মোংথোন হন্নুববু নেকতুনা খুমন্দা চংহনসি" হায়হুনা কোন্নু পোকপী মমাগা মচাগা অনিনা চংতুনা মোংথোন হন্নুবগী মকমদা লাকচত্নুনা হায়জরুরে।

হে ইবুংঙো অশিংবা ইপু মোংথোন হন্নুবও তাবিয়ু। পন্থৌনা ঐহাকপু খুমন কাওবদা থাজবিরে। নগুদি মৌগী শিংদা চনথরে, লুহোংবস্থু য়ারয়োই হায়রবদা। মোংথোন হন্নুবনা হংলকই—ইবেম্মা! কোন্নু নংনা মৌগীসিংদা চনবদি কেগে কনাবু ওইবনো? নংগী থবায়গী মপুবু ওইরিবা, কেগে কনাগী পারিনো, মোইরাং কনাগী শাগেনো; অশেংবা মমিংবু তাকউদা হংলরুবদা। য়াইথিং কোন্নুনা খুমলকই, তাবিয়ুদা ইপুঙ, খুয়োন শাগেদা পোকপনি, খুঙ্গোয়েম্বগী মপারি খুয়োন হাঙবা লাইরবা। লোকত্তাক ফুম্বিগী মথক্তা মত্তোমত্তা লোৎতুনা নৈরম্ববু মগুমা মেংবা ইরাং য়াইদা পুখৎলক্তুনা য়োকলুরে। য়াইবী থবায়বু কত্তুনা নিংঙোল কান্না য়োকচরি।

রাফম অসিবু তারগা নোথোন অহন্দি নোংলেন খোং-বগুম কপ্লকই। "তারিবর ইবেম্মা! নংমা য়োক্লিবা চেক্লা অচনদি লেম্মা মাংদোবা নহেকো. হিননবা য়োকউ। য়োক-চমন্দি মাংলোইদা, থাংজিং লাইগী শুংশেম্মি। মতম খরগী মতুংদদি কংলাউবা মধক্তা মাগী অক্লাথক্তা তোঠুনা লৈপাক্তা রায়েন থৌদা শুইহুনা অথোইবা চেক্লা অমবু শুইরগন। শোইরোইকো"। হৌসি রাবু হায়রদুনা নোথোন্না শদাং পীফথু তৈহুনা কপ্পা কপ্পা শিন্নরি।

মসিগী মতুংদদা নোংথোন হনুবস্থু থানগী মর নয়াই তমহুনা, লোকতাকতা হিগনবু তোংহুনা খুমনয়েংগে খোংশানখি। খুমনপুংদা য়োঠুনা নোংথোনগী মরোশিংনা হৈজবা মথ হান্নহুনা লুহোংদনবা পাউদমজ। মরমদি অয়াংলৈমা কবোক পোকপগী রাফয়া মরম শুইহুনা হায়রকই। "তাবিয়ু অথৌবা! নমাইনা লাকচবদি কোনুবু লুহোংবা হায়বসি য়াদবা তারে, ইবুংঙোদা হংগচগে হায়হুনা লাকচবনি" কাওবনা হলকই, করিগী মরম্না লুহোংববু য়াদবনো? হংলক্রবদ. নোংথোননা খুমজখি। অথৌবা! মোইরাং থাংজিংগী তালোই অতেম্গী অয়াংলৈমাগী হরাওববু হৌখিবগী মরম্না লুহোংবা য়াদবনি। অয়াংলৈমা হরাওবগী লোইদাম থাজ অমা, মচেম ইবেম্মা অহলগী হরাওবগী লোইদাম থাজ অহুম অমা, পুনশিল্লগা লোইদাম-থাজ মরিসি লুহোংবা য়াদ্রে হায়হুনা পাউদমজৈ।

মা অসিবু তাবদা কাওবনা অমুকস্তু হায়রকই—ফরে অত্থদি, লাইরেম্বা হয়াওবগী লোইদাম থাজ মরি অত্থ লুহোংবা তোক্লসি ; থংগী থাজ অত্থদা হোংলো, হায়রবদা। নোংথোন্না অমুক খুমজৈ, অথৌবা মথংগী থা অত্থস্তু কোনুগী মপোক থানি। হোংবা য়ারোইদৌরি শুপ্না লোইদাম থাজ মঙাসিদি লুহোংবা য়াদ্রে। লোইদাম থাজ তক্লকওবা মতাং অত্থদা অমুক নোমা থন্নসি হায়রম্নগা নোংথোনস্তু মোইরাং তম্না মবান ওন্দেরক্লে। অসোম মোইরাংদদি কোনুগা মমাংগনা নোংথোম্না খুমন চংলুবগী পাউবু তানিংতুনা ভাইরংলি। কনাগী মতৌগুম্না :—

কুমর্গ মতম ওইবনা, ইঙাগী নোংদি হৌরক্লে,
ইঙেনগী লুমথাইনোংবু নোংলেন মারাং হৌরক্লে,
অরাং কৌক্রু চীংদোম্দা নোংলেন নোংথোং কুংনা চুরক্লে
মেন্দোং মেন্দাং নোংস্তু হৌরে থৌবী নুংগাই নোংস্তুচুরক্লে
লোইবী কৌক্রু চীংদোম্দা নোংথোং কুংনা চুখিবনা
লোইবী লোক্লেন পুম্নক লাইজা ইহৌরক্লবদা
ইম্ফাল তুরেলস্তু চাওরেদো, নম্বুল তুরেলস্তু হৌরেদো
ইরিল তুরেলস্তু হৌরক্লে থৌবাল তুরেলস্তু ইচাওরে
লাইজ ইহৌরকপনা মথাপাংনা চেলক্লে।
কেগে লোকতাক ইমাইচোন খুগা লাইজ ইহৌত্থনা
লাইজনা তরং হৌরববু চীংনুংচাদি নোংকৌবী
লাইজ ইথৌলাংগে থন্মুনা তুরেলগী লাইজ থকপবু

চেক্লা মাগী মোননা খোইদাদে ভচেক মাগী খোইঙংদ্রে
লোকতাক লাইজ থকপম্ন. লাইজ থকইদি হায়বরু
চেক্লা মামা পামজদ্রে চেক্লা মাগী পামজবা
নোংঙাননমমাই লিক্লানি বাসা করাদা তোংহনা
মমাই চিংথৈবু পাংন ওন লাইজ লিক্লা তারকপা
ঙাইরিবী চেক্লাগুম্না কোন্থ মমা মচানা নোংখোন
মাবু ঙাইরমলি হায়দা॥

ইপু নোংখোন! ইপুবু নশুনা ঙাইজরম্লিবনি, অঙ্কবা পাউবু পূবরিকপরা, তাজনিংইদা অঙস্না। নোংখোননা হায়—"ইবেম্মা! ইপুনা চংলুবসি পাউদি কৈ হায়ববু, থাংদৈ ওইনা কৈয়ে। খুমন্দা চংলুবসি লুহোংবা থা মংাদি হায়দোক্লে: তরুকশুবা থাজদা লুহোংবা তারে। মতুংদদি ইপুদি চংপাওমলব্রোই" হায়রবদা, কোন্থনা হায়জে—"ইপু লুংঙাইজরে, লুংশি মাগীদমক্তা নোংমতা ওইরবম্ন, লুংশি থুংনরবদি ওকলে হায়নৈ। ইপুনা লেংবিহনা লোইদাম থাজ মঙাবু. লুংশিগী সেবাবু ফংজরিবা, ইপুগী লমনবু মশুনা তোজরবনি", হায়রম্লগা কে'ন্থগা মমাগা মোংবা মরান ওমদেরক্লে। মতুংদদি মবুংঙো হাওববু পলেম-পম্লো মরান মাইদা থা মঙাসি সেবা তোহনা লেনদৈ।

অসিগী মতুংদা নোংদম খোম্রদি কনখিবনা হাওবগী লুংশি লিক্লাই মকনা খোইজিগী মিহুন তমহনা কোন্থগী অরাবা অমবু হাপচিল্লকখি। কোন্থনা মবুংঙোদা হংগদৈ—তাবিয়ুদা লুংশিবা! নোংমখিবী ঐহাক্তি লুংশিবা নংগী লিক্লাই মকনা

থোইতি মিছল তমথে, ঐনা নিংজবদি খুমন্দা নুংহোংবা চংত্রিন্নৈদা থংলেন মংগী নমাংদা য়াইবী থবায় মাংজগে থজরম্বনি, য়ারোই-দোরে। মংগী লিক্লাই মরুদি, ঐনা ইমু ফিরাক থাইহনা য় ইবী মাংবা থোক্লবদি থোইজিনুংগী লৈরাংদি মাংবা তারেদো পামুবা। অস্তুম্মা হায়জরবদা হাওবনা কোনুদা তাকখিয়ে—"নুরা নংবু রাগনু, খুমনপুংদা চংতুনা নুরা নংনা য়ংগোইরুখো, লৈরাং চারাস্থ মাংবা য়াদে। খুমন কাওবা হায়বাহুদি য়ু লেপ চারা তমদবা মিপানি। নংমা খুমনগী মরেপুংদা চহি তারা লৈরুরগা, মোইরাংদা নুজ্ঞা নংনা হল্লকতুনা হাওবা ঐগী সেবা তৌরবদা, ঐনা নংবু চিংনদনা লৌশিনগনি। মরম অসিনা নহাক খুমন্দা লেংউখো। হাওবা লাইবকথিবদি নুরা নংনা খুমন্দা চংত্রিংউদা লোকতাক থাংপোকনুংদা থম্বিরমউ। খুমন্দা নহাক্না লৈরবা মতমদা ঐগী লৈরাং চারগী মার থোংগুম থিহনা নুরানাক্তা লাকচগে। খুমন মাগী মথুত্তগী হাওবা ঐবু কোনু মংনা, খুমন মাগী থাংলেন ময়াদগী কনবিয়ুকো ইমেন মচা হায়হনা পাউমেনলি।

কোনুমা অমুক মবুংঙোদা হায়রি—ইছাবি ইবুংঙো নুংশিবা! নুংশি নপাক্ত নয়াথং তাকচরুগে। খুমন্দা পাথং ওইবা নহাক্তি নুজা ঐবু কাউথিহনা লেংবিরক্কে হায়বহু লেংবিরক্তবা থোক্লবদি কোনুদি য়াইবী হিংত্রে থংবিবা তাই. হায়হনা মবুংঙে দা থংহল্লে। হাওবস্থ শরিনামু শোন্দুনা অরেপ্পা রাবু হায়খরে, নুরা নংবু নুংশিবী; পাথং ঐনা কাউজরোই, নুরা নংনস্থ কাউবিগনু। হাওবা ঐনা নুজাগী মার থোঙ্গুল থিরকপদা

খুমমগী মৈশানা ফংলবা মতমদা পাখংগী য়াইবীবু কনবিয়ুকো মহাক্না। অস্থুম হায়নচুনা লৈরকপনা নোংমা নোংমা হৌখিদুনা লুহোংবগী মতম ওইরক্লে, কোন্থগী শিপুকন্থদা খল্লকই—

## কোন্থগী খাইনা মৈচাক

অহিংগী মতমদি থেংলবা, নোংয়াই চপুক খাইরক্লে
মতম সিদা কোন্থ নোংদমখিবীনা মবুংঙোবু য়েংদুনা হঙ্গচ
ইচাবি ইবুংঙো নুংশিবা অহিংগী মতম হৌখরে।
লাইবকথিবী কোন্থ ঐনা লংলেন লোকতাক খাংপোক্তা
খমজরগে পামুবা। নুংশিবা নংগী নুংশি লৈরাং মক্রদি,
শিংঙেল মোমন্থ খোইজিখাদা তাওজিং মমি তমলিবা
অসিনা

খুমন পুংদা য়েংখ্রগা লৈরাং তাইবং মাসং কাউরগা
নুজানা করম তৌদুনা খুংনলক্ত লৈগনি,
তাইরমগেকো মহাকপু
পারি ওইনি খংত্রিদো, ইমোম ওইনি খংত্রিদো
অঙাংনা তাইবং কাউরবদা পামুবা নশকপু উহনবিয়ু।
নিংঙোম ঐবু কাউদুনা উহন্দবা খোক্রবদি নিংঙোম
য়াইবী হি লোইদো!
মসি হায়রগা লোইনবা মবুংঙোবু পুদুনা লমলেন
লোকতাক কুমক্লে।

ৱাকৈল হিবু ভোংহনা লোকতাক ময়াই খাইহনা
খাংগ করাংগী চীংখোংদা ভোজানা শাবা খাংপোক্তা
মবুংহৌ হাওববু থিগ্রক্লি কুমশং খাংপোক মনুংদা
অনিগী ঃমিং অনিমক্তা মিংবি পীরাং তাহনা হিক্লা-
হিক্লা কপ্লরি।

অহিং কৌবী লাইরেম্বীনা অহিংগী মতম্ভু লোইহনা ইনুং-
শোয়া ভাল্লক্লে, হাওবস্ক্ত কুমশংদা লৈহৌরে; কোন্নুনা মোইরাং
পাংখরে। কোন্নু পোকপা পম্ভৌবা লৈপাক মীয়ামগী লোইননা
অদুং অউন পুহনা খুমন লৈপাক্তা মোইরাং মীয়াম খুংলরে।
খুমনগীস্ক্ত মীয়াম তিন্দুনা লুহোংকুম্ব য়েংগনি হায়হনা লৈপাক
অনিগী মীয়াম ভিনখি। মতং অসিদা কোন্নুস্ক্ত, নুজা মাগী
মখুংতা লৈরাং পরেং পাইহনা খুমন্দা লৈরাং পরেং ছক্লে ভৌবদা
খুমন কাওবনা হায়রকই—তারিবরা কোন্নু! নংগী লৈরাং পরেং
অহুদি ঐনা লৌবা য়াদেকো, খুমন পোকপদা কংচরো হায়হনা
খুমন পোকপদা কংহনখি। মতম অহুদা কোন্নুগী চিংনবা রাখল
থরদি কোকখিয়ে। অহুম্নদি ওইরবস্ক্ত কোন্নুগী অকিবা অমদি
অহুম্মক মরৈরিয়ে। করি মরমগী অহুক কীবনো হায়রবদি
পানবা কৈগী মযুমদা য়ারো শজিনা তাংহনা লৈববু কৈনা
চাগে ভৌরবস্ক্ত, শজিনদি কৈবু উরগা মতোমদা কিহনা চোংজ-
বগুম, কোন্নুগী অকিবা অমদি অহুম্না মরৈজে। মতৌ অম্মুম
ভৌনা লেল্লকপা অসি খাবুম অমি শুরক্লবদা খুমন কাওবনা
খল্লকই। কোন্নুসি মিংতগী মপি ভাবা তোকতবস্ক্ত উরি। মাগী

মওংসিদা ঐনা নিংবগী রাক্ষম অমা লৈ। মবুংঙো অমগী মৈচাক পুবগুম, ঐনা উরি, অসিসু নোংমদি শোইদনা থংলকখিগনি, অসি খন্দুনা খুমন কাওবসু লৈরি।

## কোন্নুগী মমোম পোকপা

কোন্নু কৌবী নুজাদো থম্মোইনুংগী লৈরাং মমিতঙ্গদো, নোংমা কৌবা নুমিত্তা তাইবং মালং ফাউরক্রে। মতাং অসিদা খুমন কাওবনা রাখল তৌরক্লে। কোন্নু অসিবু মাবু পোকপা পঙ্খৈনা খুমন ঐঙোন্দা কংপা মতমদা হ'য়নখিবা মরমদি— নংনা ঐবু নমাক ওইগে খঞ্জবদো ননিং থু হনগনি হায়খরে। মরম অদুগীদমক্তদি ঙাকপিবা তারে, অদুনদি ঐগী ইমোমনি হায়বিরগে খন্দুনা, খুমনগী মীয়াম তানবা ইমোম অমা ফংলে হায়না লাউথোকপিখে। কোন্নুগীসু ইকাইবা ওইগদববু খুমন পুকচেল চাউবনা কোন্নুগীদমক্তা নুংশিবিদুনা, মচানি হায়না কোংদোকপিখি॥

## কোন্নুনা ভেংথাবা

ইমাগী ইনোম ইবেম্মা, ইমাবু করি ওইশিখনোদা। নমানা লাইবক্ষবা ওইরম্লবদি, ইমোম নংসু লাইবক্ষবী ওইগদোবনি। ইমানা পম্হৌ নপাগী নাক্তা লৈবা ওইদবনিনা পম্হৌ হায়বা

মিংলোই অহুবু থুমন কাওবদা পস্পৌ হায়না কৌরগনিদো। ইমানা নপাবুং থুয়োম লাইরবগী মন ক্তা লৈতবনিমা পস্পৌ নম্বনা পস্পৌ শাহুনা অঙাগী পুসিংদ লেনগদৌরি খল্লবদা, ইমাদি য়াইবী থৌরায শংখিবনবু ফরগনি খদো। হা নোংদম্বা কৌবা লাই, অমম্বু কেগে থাজিং লাইনিংথৌ! নো দমথিনা পোক-হনবদি চাঙ মগী খুশিল্লা হায়রহুনা কপচরি। শিরসিরা খনবদা অফিংগী তাংলৌ থেবদা ফুমশংনু দা হাওবনা নুরা নংগী মনাক্তা মো মদি শোইদনা লাইনিবু হাম্বহৌবা, মাহুবু কোমুনা কাউক্তদনা থম্মোইনুংদা থাজহুনা. নোংমদি শোইদনা লাকখিমি হায়নবু খন্দুনা কোমুগী য়াইবীমু হিংলিবনি। অসিবু অহুক খল্লরগা, মচাবু চি মা য়েংলগা; ইমাগী লাংলেন নুংশিবী পম্পৌগী শক্তভম্বু মাল্লিবী, নপাবু লাকপা ঙাইখিসি। করিগুম্বা নপানা লাকপিদবা থোক্লবদি, ইমা ইচা অনিদি পুন্না য়াইবী মাংসিকো। ইমাগী লাংলেন ইবেম্মা, অসিবু হায়না কপ্তুনা নোংম নোংমা লেল্লিদো। অঙাং মাদি পোকপা থাবুম খাই ফাখরেদো॥

## হাওবনা থুমন্দা লাকপা

নোংমগী নোংলেন নোংজাদা থাংগা কারাং চীংয়াদা পামেন থক্তা তোংহুনা, চেক্লা পোম্বী অবিথক তাম্না কৌবী চেক্লানা; লোইবী চীংয়া মতাযবদা পামেনথক্তা তোংহুনা তাম তাম হায়বা খোজেল খোম্বোয়া চেক্লা অসিনা খোংলকই। হাওবনা তাম্নাগী খোজেল তারুবদা, মতম কুইনা লৈমিয়রম্বী কোম্নবু তামনখিবা

অমস্তুং লমদম তামনা লৈখিবী কোনুবু তু চুংবগা লোইননা খংনিং নিংশিংলকই। হায়বদি কোনুবু কাউরুদুনা ঙসিদা নিংশিংবদি নত্তে, মতম পুম্নমক্তা কোনুবু কাউদ্রবস্থু খুমনপুংদা লৈখিবনা হাওবগী পাঙ্গন খোক্লা পাংথোকপবু ঙমদদুনা লৈবনি। অদুবু, ঙসি তামনাগী খোঞ্জেল তাক্লবদা হাওবগী থম্মোইগী অরাবদু হান্নদগী হেন্না চাকপা অমা ওইবক্লে। চেক্লা মাগী তাম-তাম হায়বা খোনফম অদু তাবদা কোনুনা খুনন্দা লৈবদা, হাওবা উদবগী মৈচাক্লা য়াইবী থরায় থরদুনা নুক্তা মাগী থরায়না চেক্লা ওইদুনা পাইরক্লগা ঐগী নাক্তবু খোংলরবরা হায়না খন্দুনা, খোঞ্জেল রাংনা কপ্পুনা হাওবনা চেক্লাবু য়েংদুনা পাওমেনলকই। "হা চেক্লা নুংশিবী, নহাকপু কোনুগী য়াইবী থরায়না চেক্লা ওইদুনা হাওবগী নাক্তা খোংলরিবরা, নক্লগা চেক্লা নংস্থু নথংলেনবু কাইনরদুনা, খাইনা মৈশানা খাংঙম-দদুনা খোংবরা। নংগী খোঞ্জেলবু তাবদা থরায়গীখৈনা নুংশিবী, কোনু মাগী খোনফমবু মাল্লিদা; খোংগনুদা চেক্লাও। নংনা খোংবা তারগা হাওবগী থরায় থাগদোরে ইনেম্মচা"। মসি হায়দুনা কপলুরগা থরায় থারশে খংক্লে, পুরানা লৈবা লমদম খুমন মপুংয়াইদা চত্তুনা ঐগী থরায় অনিবু থ দোকলুরগে। মাগী নুংশিলমন্দি থরায় থাজবনা শিংলুরগে খনখরে।

## হাওবনা খুমনপুং

নোংমগী নুমিৎ অমদা খাংগ কারাং চৌংমগী লোকতাক লাইজা তুংওইবনা লাকপদা হাওবনা মাইকৈ খুংদি য়েংখিবদা,-

হুপনৌনদি ইশং-শং, লাইজনদি ইরং-লং, উথুমনা হুম হুম খোংবদি পুক্রিং হবগী মতৌনি। খুমন লম্বী লমন্নুংশি হুপমানা লেং লেং হৌরিবা, মালংবগা হুমলকপদা মালং মমাং খাংঙমদা, খংগোল মমাং লেপঙমদা, হুপমানা ইপোম নাইবগুম বোম বোম খাংজবা, য়েংবদা পুক্রিং হুরিদো। উরোক পরেংস্ম চাক-ত্তারি, অশংবা হুপনালকতুদা অঙৌবা উরোক তাবদি, শংলবা ফীরাংজি মথক্তা কুন্দো পরেংনা চোইনা খিক্লা তাবগুম নিংখিরি। মাহুবু উবদা হাংবনা, লোইবী হাওকী শেংতুনা লাওশম নমদা পুতুনা খুনম পাংনা লাকইদো। য়েংলু য়েংলুবা মকমদা ইনৌতা নৌনা উরিদো। খল্লুবদা খোইজেং থুংজেংখি হায়বগীবু লম্বী লমদম অহুবু হাওচেং শাবন য়াংবী কৌখি হায়দা।

## হুমিদাংবাই খুমনপুং

কাইসোপ মুনি মপারি য়োইমরাই তাওদনবা কোরৌ মাগী যৈশা নেমলে। অঙানবা মাগী মঙাম্না চীংখোং চীংয়া পুম্নক কোরৌ মশেক মঙাম্না ঙাংঙাবা মচুম্না চীংমাইগী লৈতেংবু ঙইরক্লে। খুমন কাওবগী মশাইকোন, খোইয়ুম লাইনজু চিংনবা, চংঙমদবা নমুপোংনা চংঙমদা, শওম কৈনা কিনবা কোন, রাহি লোম্ ককচেং, মীনা লাইনা শোক্ষীবা অসিগুম্না মকমনি।

লোইবী হাও পাখং অমা খুমনগী হোজং মতা কবদা লেপলরে হায়না। লেপ্লীবা হাও পাখং অহুনা মিংয়েং শাক্লৈ-রকপদা উরেদো মমিংনা। হাও পাখংহ্ খংহোদনা ভু-চুংঙনা

অরাং পাংনা চেনখিদ্রুনা খোংপান নরা চামলৌ লা পাংথোক মোংশোংগী মনুংদা লোৎখরে হায়দা।

হাও পাখং অদুনা লোংলিবসি নুমিংশিংবুম ছুমনি শুরক্লে। চাদবগী অরাবা, তুমদবগী অরাবনা মহুৎশিন্থু মথক্তা মীনা খাংওমজ্রবা মৈচাক অমস্থু য়াওরি। মৈচাক অদুগী মমিংদি "নুংশিগী মৈচাকনি"। নুংশি মৈগী মতিকতি শিংথাদুনা লোইবা ওমলোইদা, মৈচাকসিগী মুংনবা মিথৈ লৈতে, লাইজনস্থু মুংপা ওমদে। মালেম কোইনা চৎতুনা নুংশি মৈচাকাদগী ক্লা ফননবা কোইনা চৎতুনা হিদাক থিক্রুবা, নুংশি লাইথুং ফবদি হায়ক্রুনু হেন্না হেন্না চাকপদুম হেল্লকই। নুংলিশুবা মাইবনা মরি মতাং শুরবস্থু মৈচাক অসি নেমথহনবা ওমলোইদে। ঈরাং চাবান থাদুনস্থু মৈচাক ফবরু ওমদেদো। মাগী ফনবদি নুংশিবগী পম্বুংদো হেক থেংনরবদি মৈচাক অসি কোকপা ওম্বনি।

নুংশি মৈচাক ফংলিবা হাও পাখং তাসিংগীদমক্তা থাংজিং লাইনা উবিরক্লুনা মমাইবু কনবিরগে খনবিদুনা। খোংশানবিরক্লে। খুমনগী মোংবা শঙ্গাই মনুংদা লেংশিনখিদুনা কোনুগী মঙলান্দা কাউবিররে। খোংবাননুংদা তাদুনা লৈবা হাও পাখংবু শারদুনা কোনুদা মঙ-কাওবিরে। রাইহেদি অস্থুম্না হায়রি—"তারিবরা কোনু, মংদি নুংঙাইনা তুমদুনা লৈরিদো, হাওবা ঐদি য়াইবিবু মাংলেদো ইবেম্মা। নুরা মংগী মৈচাক্লা খমনুং সরাম তানখ্রগে, নুরা মংগা ঐগদি মাংমিন্নসি, হায়দুনা শিমিন্নসি হায়দুনা শরিনামুং শোয়েদো। মোংদমথিবা হাওবদি থরাম হকচাং

খাইরহুমা. নুরা নংগী মফমদা তাকলমগে লাকপনি লৈহৌ-রোকো নুংশিবী"।

অসি রাবু হায়রগা মিত্ৰী পিরংবু তারহুনা মণ্ডলান্দা পাওমেনলরেদো, মসি হায়হুনা মণ্ডফাউনরবা কোনুদি খংপ্রেক হেক খ হুনা ফুক হেক হৌগংলি। মণ্ডলা তাইবংলা খন্দুনা ইণ্ডক ণ্ডকলহুমা. কোইনা কোইনা য়েংজখিবদা কনাস্লু লৈরমদে। কোনুমা খনখি, শোইদনা য়াইবী মালয়গনি থাজি। ঐবু মিকুপ অমা উদবদা থরায় লৈফম খংদে হায়নবু তাকপিবনি। ঐনদি খুমন্দা লৈখ বনিনা মানজা মংগী থবায়হুবু শোইদনা শিরম্বা তারে খন্দুনা, মতুংদা কোনুনা খল্লক্লি। ঐস্লু য়াইবীহুম মাংলগা মানজা হৈনা তুংবু ইলহৌরগে খলহুনা, নুরাগী শোরি মখুংশুবু শমুখুংনবু পাইখংলে—হৈজাংগী মশিন খোক্লা থাং, চপ্রাগী মখোই লেমনা থাং, কাগী সুংদাই ত না থাং, খেউনা থাংখোক পানবা থাং কামান্দি শংলাকপনা শাবা থাংবু, থাং-খুমদগী শংহুমা য়াইবী মাংগে থোরাংলে। অস্লুম্না থোরাংলি-বসিবু, থাংজিংনা শেম্বা খুংশেমমিনা কোনুগী পুক্লিংবু ফাখিবনা শিরমদাইদা কোনুনা খনখি। ঐনদি য়াইবীসিবু মাংলগনিদো, থংলেম মাদি শিরমদববু থোক্লবদি খোইয়ুম লাইগী লৈপাক অহুদা কনাগী মনাইবু ওইক্লগনি ঐনা। ণ্ডসিগী মণ্ড অসি শেংনা পাউবু লৌরগা শিরম্লগস্লু ঐস্লু শিগেদা. শিরমদবা থোক্লবদি মাগী নাক্ত মেংমতস্লু য়োগনি। মণ্ড হায়বা অসিদি অণ্ডকপনি হায়রৈ অহলশিংনা।

মমাংগৈগী অরিবা রাযস্পু যুংনাক রাবি হায়রুনা ভোংখিংগস্পু ঐনা তাহৌই। মতুদি:—থাইনা ‘মাংগৈদা মুপী অমখক্তা স্পা অসি য়ায়া পামলমই। মাদি মপুরোইববু নিংদবা. লাইবুস্পু নিংদবী অতুপী অমা ওইরম্মি। লাইনা মাপী মমঙ অতুদা লংনগে খন্দুনা স্পা অসি য়ায়া পুরকতুনা মঙকশমদা শিবিরম্মি। মুপী অতুস্পু মঙ অতুদা য়ায়া হরাওখি। ভাইহাক লৈবগা মমিংশিংতুনা মুপীহু মিকপ থোক্লকপদদি লাইনা মঙদা মঙক্তা শিবিরম্বা অতুবু মমিং পাংথোক্লকপদা হগুংনা মঙক্তা মাকবদা লিক্লাং স্পা পরেংদি লৈরমদে. মাপী কাংখনপী মরি শেগাইবনা মঙক্তা য়েংতুনা লৈরমলে হায়দা। মরম অতুনা ঐস্পু মঙদা হায়রম্বা রাম্মি, তাইবং অসিদা অশেংবা পাউ অমবু লৌহিগে: শিফম থোক্লে অশেংববু খংলগা শিবনা ফবা তাই হায়না খন্দুনা কোনুনা অমুক করি রাখল তৌরকই। ইমোম অসিনা পোকপা মতমদা শোইদনা লাক্কমি হায়হৌবা অতু লেংবিকতুনা খুমনগী চৈথেং কিতুনা চংবা ভমদতুনা লৈরবরা খন্দুনা নাশোরুবু তারুগে হায়নবু খল্লকই। অহিং মতম অসিদা এমা করয়া থেক্লগা তাসিবা। খুমনগী থোংলেন অচৌবসিস্পু হাবদা কাওবনা তারক্লবদি কোনু নংদি কদাইদা চংকগে হংলবদা, ঐনবু করিবু খুমশিবা, রাখল অসিবু খন্দুবদা অকিবা অমা ওইরি। অতুম্না ওইতুনস্পু মাপী অকিবনা ভমতুনা তোক্লবদি মুংশিবগী মরু ওইদে খল্লুরগা কোনুনা খনখি। কাংবনা হংলবস্পু, তাওবগী চাক থারমদ্রে খুম্লগে, অসি খন্দুনা লুক লেমথাক খয়বু য়োমতুনা

খাঙ্গী মৈয়াবু পাইরদুনা খোংথাংদি তপ্না তপ্না থাংদুনা খোং হাংলে। কিবদি নত্তে কোন্নুদু, মশাদি তনিক তনিক, তুচুংবগা লোইননা থোরক্লি। মংংদি কৈগী ময়ুংদা য়ুমদাংবী শজিনা কৈবু কিদুনা মত্তোংতা নিকপগুম, খুমন কৈগুম্বু কোন্নু শজি অমোমদু মিক্লা নিক্লা কিনা কিনা থোরক্লে। মনিংথোংগী মৈথোপ্তা লেপ্লরে, মখুত্তা মৈয়াবু পাইদুনা মমাইদি অরাং ওল্লগা মৈয়াদু রাংনা থাংগৎলদুনা পামু মাগী মাশোল তাবরা হায়দুনা চিক্লবা অহিং অসিদা, কোন্নুনা লেপ্তুনা লৈরিঙৈ মতাং অসিদা খুমনগী তাওবা চুইজাও অনিনা কোন্নুগী মমাংদা লেপ্লরে। কোন্নুনা চুইবু উরগা মাগী মখুৎনা পাইরিবা লুকমেমখাক অদুবু মালেমমৈদা থারদুনা চুইদা চাও চাও নখোয় অনিমক; অসি হায়দুনা থারে। চুইস্ন খারিবা চাক অদুবু চাদুনা লৈরি।

মতাং অসিদা কোন্নুগী মৈয়া খাঙ্গী মৈঙান অদুনা খোংবানমুংদা মালেমথক্তা তাদুনা, মুংশি মৈচাক খাংবদা অশিবগুম লৈরিবা হাওবগী মমায়দা মৈঙান অদুনা মৈরুম্রে। হাওবস্ন মৈঙান ফংবদা, মৈঙান্না লাকপা মাইকৈদা লৈনা লৈনা য়েংলকই। উরেদো মমিংনা; কোন্নুনা লেপ্তুনা লৈবা অদুবু উরবদা, ইফিং-ফিংনা হৌগৎতুনা খোংবান্দগী চেনখংখিদুনা চাংদোন্দা লেপ্লুরে। য়েংলকপদা উরেদো, কোন্নু মাগী মনাক্তা তাওবা চুই অনিনা লৈবা অদুবু উবদা হাওবদি মখোং থাংবা গুমদনা লৈখরে। রাখন্দি করিনো, ঐনা কোন্নুগী মনাক্তা লেপলুবদা, চুই অনিনা ঐখু উবদা শোইদনা খোংগনি। চুইখোন অদু ভারগা খুমন

কাওবনা থাংলে খুত্তা পাইদুনা খোরকপদা হাওবা ঐবু উবদা, খুমন মায়া শাউদুনা অহিংগী মতম্ভু চাদনা করিগী চংলকপানা হাবদুনা মাগী থাংলেনা ঙকশম তোংদমবু ককতুনা য়াইবী থরায় মাংবা তাই থল্লবদা কিদুনা খোংবান মনু দা চেনশিখি। লেপ্পনস্তু য়েংলক্লি, কোন্নুবুদি উরেদো, নবাক চংসি চংঙদা মিংনদি উজবা থল্লবদা হাওবনা হিংলুদুনবু কান্নদ্রে. নুংঙাইতবা রাথন্না মতোমদা শিবনদুম ফরেদা। অস্তুম হায়না থন্দুনা থম্মোইদা খুদুম্না শুদুনা মালেমথক্তা তাখরে।

মতা, অসি ওইবদা থাংজিং লাইনা উদুনা হাওববু কনগে থনবিদুনা কোন্নুগী থম্মোইদা লেংশিনখরে। কোন্নুনা খল্লকই. ঐনা ঙসি নুংশি লাকপরা য়েংলিবা মতম অসি কুইরেদা. খুমন তারক্লগনি, ঐস্তু হজিনখ্রগে রাথল তৌদুনা মখোং থাংগে তৌবদা—থাংজিং লাইনা কোন্নু নংদি ইমুংদা চংখগনি. নবুং ঙোদি হিংলরোই। নংগী খোঞ্জেল নিংথিবী অদু অমুক্তংদি তাহল্লু হায়না থৌজিনবগুম্না; কোন্নুনা পিপুকন্নুংদা খল্লক্লি। থরায়গীস্তু ইবুংঙো লমদম তাম্না লৈরম্বস্তু ঐনা মাগী নাশেনবু তাজনিংদুনা থোকললক্লি থংসনু রাথল। অসিবু থন্দুনা তাওবা হুইবু য়েংদুনা খোঞ্জেলবাংনা কৌরক্লি—তাওবা হোই হোই হায়দুনা কৌরম্মি। কোন্নুদি ইমুংদা চংখ্রে, মাগী নুংশিরবা খোঞ্জেল্দি লমদম তাম্না লৈহৌরে। নুংশি হায়দা খোঞ্জেলদো— কেগে তোর্বুং লমদমদা, চেক্লাকাইগী লমদমদা, উচানথেনজা মথক্তা তম্না কৌবী চেক্লানা তাম-তাম খোংবগুম নুংশি খোঞ্জেলদি

লৈহৌরে। লৈহৌরিবা খোনফম্দু হাওবগী নাকোংদা থংলরে। খোঙ্গেল অসি হেক তাবদা তুহনা লৈরিবা হাওবদু কোন্নুবু লাক্লবে ই নিংহনা কুকহেক হৌগংলি। মাইকৈ খুদিং কোইনা যেংবদা কোন্নুনা ওসাই লেপলম্লা মফম অহুদা লৈবা উদরে। হাওবনা খল্লকই, ঐ অসি পাংদেদা কোন্নু কৌবী নুডানা খুমনগী কল্লবা য়োংকি থৌরিবু থদংহুনা করম্বু থোরকপা। মনা মশক উরবা মতমদা কোন্নুগী মমাংদা লেপচববু ওমদ্রবা, ঐগী পুন্সিসি কাম্দে হিংহনা কান্নররোই। ওসিগী ইপুং ঙানবদা খুমনগী শুমাং মথৌবেমদা লেপ্লরগে, খুমন মানা উবদা ঐগী য়াইবী লৌরসন্নু খল্লক্রে। মনা কোন্নুগী নুংশি লমনদি পুন্সিগী শিংবা ওম্নরোই। খুমনগী মখুত্তা শিজবনা কোন্নুগী লমনশিংবা থইরগে, মাসি হায়না খল্লুনা নোংঙানবা ঙাইরক্লে। মতম কৌবী লাইরেম্মা ইনা মাদি লেপত্তেদো, খর খর হেৎখিবনা মোংপোক চৌগী চৌংদোন্দা চিংথগী মঙান লাক্লেদো। কবোগী ম্নিংথি তোববান্দা ছইথোলাবা চিফেলে, লাইরেল লাবা য়াংলে, লোইবীহেনবী অমুবী তলাথক্তা কাইদোংবী পামেনথক্তা য়াইরেকপী কাক্লা লমপাউ চেল্লক্লে। য়োইমায়াই মালেম অঙানবা অঙাননা খিং-খিং কারক্লে।

মতাং অসিদা হাওবনা হাওশম মমদা পোহনা খুমনগী শুমাংদা চংলক্লে। খুমনস্তু অযুক য়েন্দা অঙমবদা মাঙ্গোল লাংদা ফম্লিদো। খুমন কাওবনা হাওববু উরগা মাগী লোকখু তৌরক্লে, মনিংনগা ঙাংবনে অকিবগী মশকনি। মানা ও লহুনা

হংলকই,—হায়, হায়! করি লমগী হাওনো হায়; লাওরম্বুনা হংলকই। মাগী খেল্লাও তাবদদি হাওবদি মিহুন পাইরেদা, অকি পুক্লিং চংহুনা মমাই ওন্দুনা চেন্নেদো। খুমম কাওবনা শাউহুনা খল্লকই। হাও অসিদি মরাল লৈবা হাওনি, মানা চেল্লিবসি মরাল লৈহুনা চেল্লিবনি; য়াইবী মথরায় লোবা তারে হায়হুনা খুমমনা থাংলে মখুৎস্তু পাইরহুনা অয়াং মখৈ ফংনা তান্নরক্লে। লৈরম্মুদো হাও নংগী য়াইবী লোরগে হায়না তাল্লরবদা খুয়োন হাওবদি কিবনা চেনবাবু ঙমদ্রহুনা মতোমদা মালেমদা তুখরেদো। য়ারৌ শক্তিনা লমজেন শান্না চেল্লবস্তু, কৈনাবু খেক্লা খাংলবদি মতোমদা খংহুনা তুবাগুম্না, মালেমদা তুখবা মতমদা কাওবনা চোংশিন্দুনা হাওবগী শমলাং পায়হুনা চিংথহুনা লোংনা তারবা মতমদা, খুমনগী মখোং অনি অহুনা নেত্তুনা থল্লবদা হাওবনা মালেমদা য়াংদৌ তিম্ত্রোক চোংবগুম্না চোংহুনা খাংলিদো। খুমনগী থাংলেম মখুৎস্তুনা কোরৌ থক্লা হাইরহুনা হাংলগে হাইনা খেক্লা খেক্লা লাউখি। মীয়াম্না তারবস্তু অমতস্তু চংলক্লে কিবনা নিকনখি।

মতাং অসিদা কোন্নুদি চাকশংদা মমোম পিক্লবীবু মতম্পাক্লা পমহুনা চেংলোশকপু য়েংহুনা কল্লি। ইমাগী লাংলেম ইবেম্মা! ইমাবু করম্নবু তৌশিবানে, মপন পম্মোনা লাকপিগনি হায়হৌবস্তু লাকপিদরেদো; ইমাদি হিংদুনা কহক্রেদা য়াইবী থরাক্সি মাংলগে নিংলেদা। ইনানা য়াইবীবু মাংখ্রবদি নংদি কনাদা পলেমবু কৌদবনোমে? হসি ফয়েং অসিদা পম্মৌ মপাবু

লেংবিরক্লবদি ফরেদো. লেংবিরক্তবা থোক্লবদি ইমাদি য়াইবীবু মাংখ্রগেকো ইবেম্মা।

অসি হায়ডুনা কপ্লিদুনা কাওবগী খোঞ্জেল তারকই। হাও হাংলগে হায়বা খোনফম অদুবু হেক তাবদা কোনুদি মিহুম পাইখ্রেদা। পিক্লবা মচাবু মালেমলেদা থবল্লগা, কোম্লনা অচেন মখৈ য়াংনা মপানলোংদা চেম্মোক্লকপদা লাপ্পা য়েংবদা উরে। উব্রিবদু হাওবাদি থংদুনা য়ানমকপু চেনশিল্লক্লে। অম্মম্মম লাউরকই, "হা খুমন অথৌবা! বা লেন মিকুপ অমতংদা ডাইয়ুদা, ঙসিগী হাও অদু হাংপা য়াবা নত্তে। ঙহাক্তদি ডাইবিয়ু" অসি হায়নবু লাউজরি। কোনুগী খোঞ্জেল নুংশিবীবু তাবদা, খুমন অথৌবাদু নুংশিরবা মপাউ অদু হেক্তা তাবদা য়ুমলেপ চারা তমদ্রবস্মু খোঞ্জোক নুংশিবা অদুবু তাবদা মাগী থাংলেন অদুবু খুমন মতোমতা থাংলেন অদু মখুংঃক্লা থামখি। অকনববু ঙম্বদি নুংশিবমা ঙম্মিদো। খুমননা ঙহাকতংবু ডাই-রিংদা, কোমুনা চেমশিনখিদুনা খুমনগী থাংলেন মুল্লদুনা মালেমথক্তা থাদরে। কাওবগী থবাক নুংগুম্বা. কোনুগী মৌরবা মখুংমা ভুংলোমদা ইনবদা, কাওবদি মতুংদা খোংকম অহুম্মু হন্দোকখি। কোনুমা চেনশিংক্লগা লৈমাইথক্তা তারিবা হাওববু খুদাং পাইদুনা চিংখংচৈ. চিম্নস্মু য়ায়ঞ্জে—ইবুং হাওবা রাগম্মু কোনুগী থরায়না লৈরিঙৈদা হাওবগী মোংফম্মু লৈরোইদা হায়দুনা মালেমদগী চিংখংলি।

মতাং অসিদা হাংবা কোনু অনিমক্তি মোংলেন খোংগুম কপনখি। অনিমা কপ্লিবাতু উরগা খুমনস্তু অঙকপা অমা ংইরকই। চিংনবগা লোইনমা কোনুবু য়েংতুনা হংলকই। "হায় কোনু শকফেনবী মশক খংদবা হাং অতুগা নংগা য়েংনতুনা কপ্লিবা. করি মরি লৈবনো"? কাংবগী ব্রাহং তারগা কোনুনা খুঃজখি। "তাবিয়ু অথৌবা! মোমন্ন 'ইবী ইছাক্তী নুংশিজরবা হাংনিদা। মাবু পোকপা পন্থৌগা ঐবু পোকপা পন্থৌগা মরূপ ওইনা ইতাও হায়না কৌবেদো। হাংবা মহ কস্তু মতোমদা মপোকই. ঐস্তু পন্থৌনা ইতোমতা মপোকইদো। মচেম মচন লৈত্রবা হাংবগা, ইবুং ইপা লৈত্রবী ঐহাক্না পোকমিন্নবগুম লৈজবা হাংবনি। মহাক্তিঃ রান করি লৈতুনাবু অব্রাবা পিবনো? মরাববু য়াম্না লৈরবদি মাবু কনবিয়ু ঐনা মছুংশিনজগে।" কোনুগী পাউখুম তাবদা খুমন অথৌবতু শিংইদকো। মসিগী হাও অসি হাও নত্তে, কোনুগী মবুংঙোনি হায়বসিবু লাইনা খংখরে। অঙাং অসিগী মপানি, শোইররোই হায়বসিস্তু খংখে।

মতুংদদি অথৌবনা কোনুগী মবুংঙোনি খংলবদা হায়রকই। কোনু মংসিদি, ঐঙোন্দা মিনম্মিদা, নহাননা ঐবু খংহনলম্লবদি করিগী ঐনা লাক্লুরমলোইদবনি। হৌজিক্তি ঐনা নখোয় অনিবু মুন্না নশক খংলেদা। "তারিবরা ইবাই হাংবা! করি অমত্তা চিংনগন্নু, ঐদি মচন কোনুসিগী মখুত্তাগী লাইজা লিক্লা অমা ফাওববু লৌদেদা, মাগী মংগী মরমদা নপুক শেংদোকচৌ, শেংদোক্লবদি অহিং নুংথিল অনিদা নখোয়গী মনিং তমবু

লৈজোকো, চানিংবতা চাহুনা লৌনিংবগা লৌজখো, এনা ইশানা য়ারবনি।" থাজনবা বাশক্কে হায়রহুনা খুমন মগী মখুৎশু ওইবা থ'ংলেন য়াদ চিকথরে, শরি-নামুং শোনথরে। হাৎবদি খুমমগী রাশক তাবদা মথরায় হিংলনি খংজরেদো। মতুংদা খমন অথৌবনা কোন্নু য়েংহুনা ত'কলকই — ত রিবরা কোন্নু, নংনা তরা চাকপু থোংহুনা ইবাই হাৎবসি পিজরো। এদি খুমনগী কংলা কাবা মতম ওইরক্লে চৎখ্রগে হায়রহুনা কাৎবনা কংলাদা চৎখি। মতুংদা কোন্নুনা মবুংগোগী ত রা হেত্হুনা পীজরে। হাৎবস্থু চাক তোকতুনা ফ-ফম লাংদা ফমলবদা :—

## কোন্নুগী মচা

ইছাবী থংলেনস্থু পামুবা, থরায়গী নুংশিবা নাবিসিদা
নিংঙোল ওইবী ইহাক্নী পুক্লিংনা থৈনা নুংশিবা।
নহানবোং কেগে মোইরাংদা, নিংঙোম কাদ লৈরিথৈগী
লৈরাং মক্ক ভাখিবা অহুবু, খুমনপুংদা শিংঙেল লৈরাং চারাবু
পুরক্কুনা থাজবদি পামুবা, খুমনগী লৈকোল মনুংদা
লোম্না থুপ্না
থাজববু মতম্না ওইহুনা শাংলেদো, শিংঙেল চরোং চুম্নবা
ওইনা শাংপবু
লৈরাং মমিংদি থংত্রদবনা মমিং করিনো, থংজদে পামুবনা
লাক্লিথৈদো।
শিংঙেম করি মমিংনো, শিংঙেল লৈশক য়েংহুনা

লৈরাংগী মমিংবু থোনবিয়ু।
অসি রাবু হায়রগা চরৈ ফীমা য়োমহুনা,
খুয়োন হাওবগী মক্ষমদা শিংগেল চরোংবু কংলরে।
হাওবনা রাখল তৌরকই, হাওবনা পুক্লিংদা খল্লকই।
কোন্নুনা পুরক্লিবা করি লৈবু ওইবনো, কাত্রংফীনবু য়োমলিবা অসিবু।
য়েংগে হায়না খন্দুনা হাওবনা, চরৈনা য়োমলিবা লৈরাংহুবু ;
চরৈ ফীহুবু হাংদোক্লুনবু য়েংবদা, লৈরাং চরোংদি ওইরমগ্রহুনা
পিকলিবী মমোম ইবেম্মাহুম ওইরম্মে।
মহু হেক উবদা খুয়োন হাওবনা কোরৌ মোংবু খোংবগুম কপ্লকই,

ইপাগী ইমোম ইবেম্মা নরা নংবু,
ইপানা উরেদো, পম্মৌ নপা ঐহাক্লা,
কেগেদা লমজা ওইহুনা পম্মৌনবু
লাংগোনলক্লবগুম্না অঙাংস্নু,
পম্মৌগী লাইবকপু লৌহুনা
পম্মৌগী ফৈরা থক্তা ফনহুনা
অঙাং নংগী শান্নবা ইপাগী মিংনবু
উররোই নপম ঐগী লাইবকপু লৌহুনা
পম্মৌ কৌগে ফংলরোই।
পম্মৌ নপা ঐহাকস্নু পম্মৌ কৌববু ফংলক্তে

ইপাগী লাইবকপু লৌরবোই।
অসুম্না কপ্রুনা মালেম লৈমাই মথক্তা,
অসি হায়বগা লোইননা মমোম কোন্দুনা কপখিয়ে।

## কোন্নুদা পাউমেনবা

থবায়গী মবেম্মা কোন্নুও!
ইমোমগী কোলোই মিংলেন্দি
থোইনা নুংশিবী নংগী নমোম অসিদি
এগী য়াইবী থবায়দগী হেনবি-ও,
নংগী নুংশি নমিংবু লৌরগে
ইমোম "থোইনু" হায়না থোন্নগে।
অসি হায়না কপলিঙৈ, কোন্নুনা
অমুকন্সু পমথনা, ইমাগী লাংলেন
শকহেনী, ইমাগী পুক্লিং পেঞ্জরে।
নংবু পোকপা পন্থোনা নংগী নমিংবু
থোনবিরে, ইমাগী পুক্লিং পেঞ্জরে।
মচাবু কৈরাদা পমথনা খজাই লেংওন চুপচরি।

—:*:—

## খুমন কাওবা হাল্লকপা

মতাং অসিদা খুমন অথোবন্সু কংলা কারুবহ, খুমন মোংবা সংগাইদা কুমলক্লে। খুমন লাকপগী মাপোন তাবদা, হাওবা

কোনু অনিস্ু কপ্পবতু তেংকতুনা তুমিন তুম্বিন ফমতুনা লৈরে। খুমন অথৌবনা য়েলকপদা, পুব্রিংনা মুন্না থংই। মতুংদদি খুমনগী পোংথাফমদা ফমতুনা লৈখ্রে। অমুকস্ু খুমননা রাখল অমবু তৌরকই। কোনু অসি মাবু পোকপা পঙ্হৌবা ঐবু মমাকনি খন্দুনা থাজবনি, অদুগী কমন্দি ঐনা শিংবিদ্রি। অদুগী লমন্দু কোকথোকপীগে খঙ্হতুনা কাওবনা কোনুদা তাক-পিরকই।—"হায় হায় কোনু! নং অসি নংবু পোকপা পঙ্হৌবা ঐঙোন্দা তালোই ওইয়ু হায়না থাজরকপনি, অদুবু ঐনাদি নংবু ইচানি খন্দুনা থম্বনিদো। নংবু পোকপা পঙ্হৌগী মম্নাথংবু ঙাকপা শক্লা ঙসিদি মবুংসি ম্নাওনা, খুমন ঐনা নংবু পোকপা পঙ্হৌদা হায়খিবা অদুগী কোক্লবা নখংনা তারা হৌরো। ঐদি পোকপদগী মুপীগী মখুং চাদেদো অদুবু লমনশিংবগীদমক্তা নখুংনা থোংবা অদু চাবিরগে, অদুনা লমনশিংবা ওইজরো হায়বিরে।"

খুমনগী রাকম তাবদা কোনুনা হরাওবগা লোইমনা তরা-মথেল লাংজরে। তরা থোংবা লোইরতুনা লুকফম অনি থেমদোক্লে। "তারিবরা অথৌবা! লুকফম থেমদোকচবা লোইজরে, হাবিবা ম্নারগনি হায়জৈ"। মদুবু তারগা কাওবনা, ইবাই হাওবা নচন্না তরা থেনদোকলে, চারুরসি হায়তুনা কাওবা, হাওবা অমিমক য়েংকা ওইগা ফমতুনা তরাচাবা লোইখরে। মতুংদা খুমনস্ু হাওবস্ু মাগী মাগী পোংথাফমদা পোংথামখে। ইনুং ঙাল্লবা মতমদা হাওবনা খুমন্দা ইশেল অথৌবা ঐদি চংখ্রগে হায়রবদা,

কাওবনা খুম্মি ইবাই হ ওবা লৈমিংবনা মখ লৈঙ্জৌ. চংনিংবা ঃতমদা চংখো হায়না তাকপিরে। মতাং অহুদা হাওবনা হায়— তাউদা ইসেল অথোবা! ঐদি লাইয়বা হাংনি, নংগীদা লৈবদি পুংঙাইনি খংই। অদুবু অঙাং ময়াম য়োকই মংগায় অঙাংশিংদি শোইদনা চাদহুনা শিরনি. এদি চংখ্রুগে হাইরবদা। ক ওবনা ফরে ওহুদি, কোন্নু নংনা ইবই হাওবগীদমক্তা চানা-থক্নবা মতিক-চানা য়োম্বিখো হায়বিহুনা; কোন্নুনা হ ওবগীদমক্তবু অচা অথকপু য়েংমহুনা পীরে। মতুংদা খুমন অথোবনা ঐনা থিনগনি হায়হুনা লমখাংদা থিনখি। মতিক চাউরবা খুমননা হাওববু থিনবদি মতিক চাদে, অদুবু খুমননা খল্লি, অচিকপা ফমদা হাও অসিনা মপুকশেংনা হায়দোকপরা য়েংগে খন্দুনা থিন্দোকপনি। খুয়োম্দি কিবনা মশা থক থক নিকলে। মাহুবু উবদা খুমনস্নু, মাসি য়াম্না কিরেসে হায়দোকপা ওমলরোই। অসি খংহুনা ইবাই হাওবা নংদি চংলো, ঐহাক লৈহৌরগেকো। ওসিদি ইবাই হাওবগী পুক্লিংহু য়াম্না তথকলে, মতুংদস্নু লাকউ, চিংনবা থাদোকউকো হায়বিহুনা, খুমন অথোবদি লৈহৌরে। হাওবদি থাংগা কারাং চীংখোংগী কুমশংদা য়োখে।

মতুংসিদা হাওবস্নু মতম খরদি খুমন্দা চংত্রে। চহি কুম ওল্লক্লে, নোংমদি হাওবনা খুমন্দা মযোম্নু কয়া চাউররিগবা য়েংলুগে নিংহুনা; নোংমদি খুমনপুংদা চংখিবদা খুমন কাওবা লৈরম্মি। মতাং অহুদা হাওববু উরগা, খুমননা হংলম্মি। ইবাই হাওবা করি তৌহুনা লাকতবনো, হংলবদা হাওবনা খুমই—

ইসে অথোবা! খুমন নংগী নতিক্না লোইবী চীংগুম হকইদো. ঐদি লোইবী চীংমীনিদো, খুমন নবু কিহ্না ঐনা লাকচদবনি. খুম্মি। খুমন অথোবনা হায়রকই, ইবাই হাওবা বরিগী কিগনি, ঐনা নহাকপু নশক লোইমা মুগা খংই চিংনগনু; ননিং তম্না লৈরো। ননা তৌবা থবক্না ঐনা ফৈ, ফজে হায়ররোই হায়না রাশকখিবতু কাওরবরা, কাংগনু ঐনা নখোয়বু ফজনবদি তৌররোই হায়না রাশকখ্রবনি হায়বিরে। মাসিগী মতুংদদি চিংনবতু কোকলো হায়তুনা অমুক হন্না রাশক্লে।

রা অতু তাবদগী মতুংদদি হাওবস্ু মরক মরক্না খুমন-পুংদা থর তৌইনা লাক্লে। মতুং অসিদা হান্নাপোকপী মমোমতু চহি ৭ শুরক্লে, মতাং অসিদদি খুমনগী লৈকোন ওইবী নুজাগী শিঙেল লৈকোনদুংদা লৈরাং নুংশিগী মরুবু তাখিতুনা কোনু অদু লৈরাগী থাংজিং মমী তমখিবনা থাবুম ১০ শুরক্লুনা কোনুগী পারি অমস্ু ফংজরে, মসিগী মরুদি হাওবগী মরুনি। মতাং অসিদা হাওবনা নোংমগী সুমিত্তা হাওবনা কোনুদা পাইমেল্লকই, তারিবরা কোনু, ঐনা কংবু নুংশিবগী থোরিনা পুন্দুনা ঐগী ইরংঙো থাংজিং লাইবু কাওদুনা মতমসি লেন্দুনা লৈরেদো. ঐবু নংনা নুংশি থোরি ওইরিবা নুংশিগী য়োংহল্লিং অসিবু থাদোকপীরো। নংগী ঐগী কানগদৌবা থাংজিং লাই মোইরাংগী থাংজিং লাইবু নিংদুনা লৈখ্রগে। নংস্ু খুমনপুংদা থাংজিংবু নিংদুনা পারি ইমোমবু কোন্দুনা য়োক্লো, ঐস্ু কেগে থাংগা কারাং চীংখোংদা চিংঙু মাবু নিংদুনা লৈরুরগে। খুনা

নংবা হাওবা ঐবু মুংশিবহু পারি ইমোম অনিগী মাইথোং থাবু য়েংহুনা লৈহোরো। করিগুম্বা ঐবু থাংজিং লাইনা থৌজানবিরকপা থোক্লবদি মুরা নংগী মার খোঙ্গুলবু থিরকে, থৌজান লৈতবাবু থোক্লবদি লোকতাক ইরেংমপুংদা য়াইবী থরায়বু মাংখরগে, অসি হায়রহুনা অরেপ্পা রাবু হায়ররম্লগা লোকতাক খোংশানখরে।

—: * :—

# হাওবনা থাংজিং

## নিংশিংজবা মতাং

"হেয়িচা হৈয়াহে, হে খোইয়ুম লাইনিংথৌ ! কেগে খোইরা লৈশেম্বা, য়াহিপ পোকলেন অরুবা খোইয়ুম নখোংদা খুরুমজৈ। ননাইবু থৌজানবিয়ু লাইনিংথৌ। মতম কুইনা রাজরকপসি অরাবাথিবিক কোকপিয়ু, তোল্রবা ননাইগী ইকোকথক্তা নখোং থম্বাল থাংগংপিহুনা খুয়াখাদা চিংশিনবিয়ু লাইনিংথৌ। মপা লৈতবগী মপা ওইবা, মমা লৈবতগী মমা ওইবিবা; শোল্লবগী পাক্সল ওইবা, তোল্লবগী মবুংঙো, ননাইবু চিংঙু নখোংথাদা চিংশিনবিয়ু লাইনিংথৌ। রাহৈ অসি হায়হুনা নোংমা নোংমা ততনা খুরুম-জহুনা কংনবদি লৈজদে, স্না লুপা লৈজদে, মনিমুক্তা লৈজদে, ননাইনা লৈজবা হায়ববু শিংকী পিরাং কচ্চরি। মসি হায়না খুরুমজহুনা অহিং মুংথিল নাইদনা চাবা থকপা থক্দনা মিংজরিয়ে, ননাইবু থৌজানবিয়ু লাইনিংথৌ॥

# থাংজিংগী থৌজান

নোংমগী লাইরেন নোংজাদা কেগে থাংজিং লাইনিংথৌনা মোইরাং নিংথৌ স্নালখ্বাগী মণ্ডলান্দা থাংজিং লাইনা লেংবিরক্লুনা থাংজিং ময়াথংনা তাকলরে হায়দা।

হায় মোইরাং নিংথৌ স্নালখ্বা! নংনা ঐগী খুয়োন তেবীতেসনা য়াম্বস্থু য়াদবা, মুংপস্থু য়াদবা তয়ান সোংববু মরী কংবস্থু য়াদবা, য়াম্না শোংবস্থু য়াদবনি খংদবরা। ঐগী খুয়োন মোরি লেম্বগী চাকোক শলাই থিদুনা তেসাবাখো শেংহল্লু, মত্রবদি মোইরাং অসি তুম্বা তারে। কেগে তিমখিযু থাংগা ফমদোংউ, করাং থেঙ্গারো মত্রবদি মোইরাং তুম্বা তারে হায়না মণ্ড ফাওরবদ. মণ্ডলান্দুদা নিংথৌনা হঙ্গৈ—"ইবুধৌ ইবুংঙো! তাবিয়ু, নশুনা খুয়োনগী শাগেদি লৌইনা হাংতোকলুরে, তুমথুবা শাগেনি। নশুনা লমদমকৈদগী খুয়োন শাগে থিববু ফংলরোই" হঙ্গংলবদা। চিংগু থাংজিংনা মোমোমনা নোক্রদুনা তাকপিরকই। "হে অপংবা নিংথৌও! নংনাবু মীবু হাংপা নত্তে, নবুধৌ ঐনা শান্নবা ঙাক্কনি, তাকপিরমগে তাজৌও। মক্ক ওইবা খুয়োন হাওবদি থাংজিং ঐগী চরৈফৌনা য়োমদুনা থম্লিবনি খংজৌও। লমলেন লোকতাক ইরেমবুংদা নৈবনি খংজৌ, হাওবা হায়না কৌবনি, মাবু থিদুনা মতিকচানা শেমদুনা পজেং-ফিরান পিদুনা তেসাবাখোংবু শেংহল্লুকো" হায়বিরম্লগা থাংজিং লাইদি লেংখ্রে।

# নিংথৌ ম্নালখ্বা

নিংথৌনা নোংহেক ঙানবগা কেগে পুংজাও য়েংহুনা মীয়াম্মু কৌথংহুনা তাকখিয়ে। তারিবরা মোইরাংগী অঙম্নাশিং! নখোয় পুম্নমক লোইনা তাউ. ঐগী খোমলেন মঙ-লাম্দা ইবুধৌ থাংজিংনা তাকপিরম্মি। মরমদি—কেগে খুয়োন শাগৈবু তুমখ্রবদা অমবু লৈরি হায়দুনা তাকপিরম্মি। ঐনাদি অঙকপা অমা ওইনা থোক্লে, নখোয় মীয়াম্না থংবা তাবা লৈরবদি নিংথৌ ঐবু থংহল্লু. ...না চাউনা পীগনি হায়দুনা তাকপিরবদা, কনাগুম্বা অঙম্বা অমত্তনা থংই হায়দ্রে। মীয়ামসি থংবস্থু য়াউরম্বা য়াই, থংই হায়নিংদে। মরমদি—মমাংথক্কী রাবু নিংশিলুরগা থংলবস্থু থংই হায়দরে, নিংথৌ মানা খুয়োন শাগৈবু ওংনৈখিবদুবু কাওনদ্রি। মরম অসি লৈবমা থংলবস্থু থংদ্রে, থংদ্রবস্থু. খিরুসি হায়নখিদ্রে। লৈপাক মীয়াম্না খুমজরে, ইনিংথৌ নমাই ঐখোয়দি থংজক্লে হায়না খুমজখি।

## মতাং অসিদা নিংথৌগী তেংথা

হা খুয়োন লাইবকখিবা নংবু কদাইদা লৈবনো,
নংবু নিংথৌ ...না নঙোম্দা কয়ামরুম লানখিবা,
থংদুনা লানবনি. ঐগী মাংদা লেপলরো।
মকম কৈদা লৈথ্রবা নিংথৌ ঐবু নুংশিত্রবস্থু
কেগে মোইরাংদি কল্লুদা।

হা তমুম হাওবা ঙন্নবু থোরকলোদা,
নিংথৌ ঐনা ফজবা নংবু মাংনবা তেংবদে,
খংদনা তৌবনি নুংঙান রারোগন্নদা।
থাংজিংগী মনাই অচানবা চোংথোকরক্লে।
অঙাং নরা ওইরিঙৈদা নংবু মাংনবা শিনখিবা
শাওখ্রমাক্লে, অচানবা নংগা ঐগা চংদুনা
মোইরাং লৈপাকপু কনসি লাংনে অচানবা।
ফজরবা নিংথৌ ঐহাক্তি নংবু উবা যংদ্রবদি
চাদবনা যাইবী মাংলগে নংনা থরায়বু ক ুদা।
নিংথৌগী ইরানবু ঙাকনরোনে অচানবা,
অকাবদা দোলাইতোং, অকুপ্পদা লংগোই তোং
ননিংতম্না লৈরো লাও থোরকলোনে নহাকপু।
করি লৈত্রবা সোইকনগী খুন্নোন তুম্না মাংখিবা,
নিংথৌ ঐসি ফজেদা ঐগী ইরান লৈবনা
অচানবা ইনাই ফংদ্রেকো মাংঙেদা ঐহাকসু
হিংলুদুনা কাম্নররোই ইরাননা মতিক চারবা
নিংথৌ ঐন্দিদো, ঙসিদগী হৌদুনা
তারা চাকপু চাররোই, চাদবনবু শিরগে
খুন্নোন লৈরে তারগা তারা চাক চাগনি।
লৈরে হায়বা থংদ্রিবা, চাদবনা শিংকো।
অমম-অঙাম্না সাক্ষী মকপু ওইসন্নুকো,
অরেপ্পা বাশক শক্লুনা নিংথৌ চারা হেনখে।

হায়রকই, হাওবা লৈরি হায়বা সাক্ষী অমদি পিয়ু হায়রক্লবদা। "কাউবিগনু লৈমাবা! নহাক্নেং কোনুবু লুক্লোংবা মঙানিদা ঙাইরবদা নুমিৎশিংবুম কয়া, থাবুম মঙাবু য়েথোকখিবহুনা হাওবা লৈরি হায়বগী শাক্ষীনি লৈমাবা।" ইপু ঙাইখোদা, এৗমা খুয়োন শাগে ভুমা হাংঙদা হাওবদি করম্না লিংতুনা লৈহৌবগে হংলবদা। ইনিংথৌ নমাই হাওবদি পোকপা থা অহুমদা মঙাইরি, মপা খুম্হৌরেম্বনা শিরমদাইদা মচেম ৱাংসু চনুদা শিন্নরম্মি। পিক্লা মচেম্না য়োকলকই। ইনিংথৌনা নহাক্নোং ঙাংখা লৌৱাইদা অঙাং অমা লৈরে, নিংথৌ মফম শিল্লগনি হায়হুনা মপুগী সনা নাকোংনা তাহনা, অঙাংবু হাংলুরো হায়না তাকহুনা তম্বা নিপা তরানা মখোং মখুৎ পুন্দুনা পুখিবা অঙাংদো নমাই খুয়োন হাওবনি হায়না তমজে। নিংথৌনা হংই, ইপু মাহুগী অঙাং অহুদি হাংলুহুনা কংলাদা পুরক্লগা য়েংনখিবহুন্নি হায়। নোংথোল্লা খুমজে, ইম্নিংথৌ, মহুগী অঙাং অহু শিরম-দাইদা মপা খুম্ভৌরেম্বা কৌহুনা কপচে। তম্বা নিপা তরানা অঙাং নংবু খুম্হৌরেম্বগী মচা ওইরবদি নমিং করি কৌবগে হংলবদা; খুয়োন হাওবা কৌজে হায়না তমজে। নিপা তরানা অঙাং নংদি শিবা য়াদে চেনখ্রা হায়না থাদোক্লুনা লোক-তাকতা চেনখিবনি। নিপা তরানা পুরক্লিবা অহুদি তাওবা হুইনি। চেন্দুনা লোংখিবা হাওবনা চহি ১৬ শুরবা মতমদা কোনুনা লোকতাক ঙামি থেম্না চৎপদা থেংনহুনা হাওববু মুংশি পুক্লিং চংহনা পুরক্লগা কোমুগী মকাদা য়োকপনি। অহুবু

কোনুগী পন্থৌনা খ'দহুনা খুমন্দা মচাবু থ জক্লবদা কোনু শিরগে ভৌরবদা খংনরক্লনা, ননাই ঐনা খুমনগী লুহোংদোবা নুমিৎ মঙানিদা ঙাইরবদা খুমন্দা চৎতুনা থাবুম মঙা ননাই ঐনা য়েথোকলুবনি। মতুংদা কোনুবু লুহোংবা তারবা মতমদা হাওববু লোকতাকতা থিনথরম্মি হায়না ভাজ ইনিংথৌ। হাওবদি লোকতাকতা থিরবদি ফংনিয়ে ইনি থৌ।

অসিবু হায়বা তাবদা নিংথৌনা থাজরহুনা মনাই শঙাইহুবু থাহুনা নখোয় তরামঙা চৎলু, লোকতাক ইসামাপন্দা হাওবা লৈবরা থিক্লরো থাখে। শঙাইহু দোলাইপাবাশিংগা নুমিৎ তরেংনি থিরক্লবদা, হাওবগী লৈফম অসিবু নোংমদি থেংনরে। থাংগা কারাং চীংখোং লাইফুমথক্তা হাওবগী খাংপোকপু থেংনরে, মশামক্তি লোংখিহুনা থেংনদে। হাওবগী লৈফম ওইবা তাই খন্দুনা মপুগী স্না কোনুংদা পাউদমলরে। ঐগী লেংদ্রবা ইনিংথৌ! মনাই ঐখোয়না হাওববু থিজক্লবদি ননাইসি মশামক্তি ফংদ্রে, মাগী মফমদি থেংনজরক্লে। থাংগা কারাং চীংখোংদা লাইফুমগী মথক্তা লাংফৈ খাংপোক য়ুমদোনপোক অমাবু লৈরম্মি, মসিমক্তি হাওবগী লৈফম ওইগবরা নিংজৈ।

মনাইশিংগী মপাওবু তাবদা নিংথৌনা হায়রকই। শোই-ররোই, হাওবাগী মফম শোররেই। নখোয় তম্না নিপানা থিরবদি হাওবা ফংলরোই, লৌশিং তৌনা ফারসি। ঐগী মোইরাংগী লৈশাবীশিং লৈরিবা চাতরেং য়াওগী মনুংদগী চেংলৌ মিংথিবী লৈশাবী কুনদং থল্লু। ঐগী হিয়াং অনিসি লোকতাকতা

চিংথৌ, হিবেন অমদা লৈশ'বীশিং অহুবু তো.হং'গা হিরেন অংদনা চানব'-থক্কুবা, কেনবা-শেংনবা, নৌমবা পুন্নমক অহু হাপ্প্রনা লৈশাবীশিং অহুবু তোংহল্লু। অহুগা লোকতাকতা হিরেন অনি পাবোং থাদোকউ, চন্নুরা শকহেন্নবীশিং মথোয় অহুনা নুংশিগী লাংবু থাকহল্লু। মরমদি—নোংমগী মুমিং অমদা লৈরাংশিংগী লাংদা থুরসন্নু. মতাং অহুদা কাসি তাকপিবে।

সনায়াথংবু তাবদা নো'থোন হন্নুবনা হঙ্গংলৈ। "ইনিংথৌ লৈশাবীশিংগী লাংদদি হাওববু কাবা ঙমলোই. মীয়ায়া থিরগা হেন্না লোংখিগনি। হা'ববু কাবিগে নিংবিরবদি নুপী অমত্তনা চংলগা কাবা শোইদনা ঙমগদৌবা অমদি লৈয়ে ইপু।" নিংথৌনা নুপী অহু কোন্নুরা ? নোংথোন্না মত্তে, ইনিংথৌ সনা নোংদমবিয়ু। মমাংথক্তা থোকখিববু কাউবি'খহুনা তৌবনি। হাওববু থিগ-দৌবদি মাগী মচেন রা'স্নু চন্নু নওনা কনানস্নু থিবা ফংলোই, মচেমবু থিহনবিয়ু। নি'থৌনা হংলকই– মাগী মচেমদি কদাইদা লৈবনো হায়য়ু. হলক্লবদা নো'থোননা খুম'জয়ে, "ইনিংথৌ। মহাননোং ননাই হাংবনবু অঙাং ওইরি'ঙদা মপুনা অঙাংবু অরাবা পিলৈঙদা, অঙাং অহুবু য়োক্লগা নুপী রাংস্নু চন্নু কৌবী মবুঙোনা নৌরেন হনবা কৌবা অমবু হাংবা য়োক্লবগীদমক উচুং লরাইদা লোই থাহুনা থমখিবী অহুবু কৌবিরগা, মহু-নিংথৌ হাওববু থিহল্লবদি শোইদনা থেংনগনি। অসি হায়হুনা স্নামাংদা তমজৈ।

মিংথোনা মাচুবু হাবদা খুদাংপিকমু তৈনা মিকপখিয়ে। হে নিংথৌ ঐসিদি, করুবা হায়বদো ঐহাক্না খইরমলেদা। ঐগী ফগদোবা মীবুদি মাংনবা শিন্দুমা লাকনৈ, খল্লুবদা নিংথৌ তৈনা লালম্মিদা। অসিবু হায়রুরগা নিংথৌনা মতোমতা নুংডাইতববু পোক্লে। মমা মাথং তাকপিরকই—হে তয়ুমখোয় ! অথৌলিজাহেনবা, থয়াং কোন্দাই লোনবাশিংও ! নিংথৌ ঐগী ইনাইশিং নখোয়না চত্তুনা মোরেন হনবা বাংসু চন্নুবু কৌরু-রে'দা। তয়ুম নখোয়না নিংথৌগী সনা মাথংবু পুত্নুনা উচুং লরাইদা লৈথবী নুজা বাংসু চনু অমস্তুং মোরেন হনবা অনিবু মতম কুইনা মারবী মাংসু চন্নুবু কৌখংতুনা সনা মাংদবু থুংলরবদা, মপু মনাই অনিমক্না সনা খুরাখাদা খুরুমজেয়ে। মনাইবু লোইবা ইনিংথৌও তোল্লবী তোল্লবা মনাই ঐখোয়বু কৌবিবা লাকচরে, তাকপিবা য়াবথৈবু তাকপিরোদা লৈমাবা।

মনাইগী নুংশিবা মপাঙবু তারগা, নিংথৌনা অমুক তাকপিরি। "তারিবরা অচানবা অচানবী, নখোয়দা ঐনা লাল্লবনি, খংদুনা লাকুবা নত্তে, খংদতুনা লানবনি শাস্তিগনুকো। মখোয়না য়োকচবা নতুনিংথৌ হাংবতু শিখে, হায়নাথিবা অতু শিরমদরে ইবেম্মা, থাংজিংমা কন্নুনা লোকতাকতা লৈরে হায়নবু তারে। নতুনিংথৌতু লোকতাকতগী কৌখংলুরো, মপাগী পারেপ ফংনবা, দোলাইবু কৈমা তোংহনগে, পজেং-ফিরান ফংহনগে; নংমা চংতুনা মতুমিংথৌবু কৌখংলুরো।" নিংথৌ ঐবু চিংনগমু

থাংজিংবা সাক্নীনি, রাণকখ্রবদা রাংম্ চনুহ্ কপলক্লেদো।
ক্লেগে লোক্তাক্ ওল্লদুনা হাওববু কৌরদুনা কপখিয়ে।

## রাংসুচন্দ্ তেংথাবা

হা খুরৈান লাইবকথিবা ইচেমগী ইবুংঙো!
নহাকপু হিংলি তাবা থাজববু শুমদেদা,
অঙাংগী নরা ওইরিঙৈ, অঙাং নংবু ফাখিবা;
য়াইবী মাংখ্রে হায়নবা লৈরমগত্রনে ইবুংঙো।
পলেম পম্পৌ অনিনা নোঙারমদাই অহ্দা
পিক্লবা অঙাং নহাক্তি পোকপা থা অহুমনি
শুবদা ঙাইরিবা নহাকপু শিমনৈদো ইচেমদা।
মুমিং অহুদগী ইচেম্মা নহাকপু নমদা পোহ্না
নোংমা চাউনবা য়োকই।
অরাববু লেল্লক্লবা মতমদা নিংথৌগী দণ্ডিবু ফংহ্না
মাংখিবা ঙসি ইচেম্মা মুমিংশিংবুম পাবদা,
চহি কুনবু শুরেদো, ঙসি হিংহ্না লৈরি হায়বা
তাবদা ইচেমনা অঙকপবু ওইরেকো ইবুংঙো।
কেগে লোকতাকতা লৈরম্মু চেংলৌ শক উমসিদা।
অসি চায়না কপ্না নিংথৌগী য়াথং কিবনা
লোকতাক মাইকৈ পাংহ্না, রাকয়ৈ হিয়েন তোংহ্না
লৈশাবীশিংগা লেইনহ্না নোরেন থাংতপ পাইহ্না,

মখাই নোংপোক পাংনা মখিংদা মপি তাদুনা,
খুঃয়োনগী মান্ন খোংগুনবু মরম থিরিয়ে।

লোকতাক ইরেমপুং চিং খুদিং থিরকলি, থাংগা কান্নাং লোইবী চীংবু য়েংখরেদো। ফুম্‌দী য়েংদেং মথক্তা লাংকে খাংপোক মনুংদা হাওবদি তান্না চাকপু থোংদুনা লুকোই অহুবু থেম্দোকতুনা তান্না চারগে হায়দুনা হোংনরি। মতাং অসিংক্তদা মীগী মিখোনবু তারকই। হাওবনা খনখি, ভসিগী মীখোম অসিবু করিগী মীখোনবু চৈরিগবা, য়েংখোকলকপদা উরে। মাগী ফুমশংতংগা ন্নাইয়ে অহুবু হোল্লকপবু উরবদা হাওবনা খুংকই। নিংথৌগী মনাইশিং হৈবা তারে, ঐনা লোংতুনা লৈবা মফম খংতুনা ঐবু ফাংদোবগী লাকপা ওইবা তারে খনখি। অহু-নদি ঐসি লোংহোরগে খল্লহুনা লোইবী কারাংগী চীংদোন্দা লোংতুনা লৈখে হায়দা। মাগী খংপোক অহুদ মচেমস্থু থুংলরে, হাওবা লৈবোই নিংহুনা হন্নাও হন্নাও চংলুবদা হাওবদি লৈরমদরে। মান্না চাজগে তৌবন্না তান্না চাক অহুদি মরিন ফুং-ফুং কাহুনবু লৈরন্না অহু উরুরগা মচেম ন্নাংস্ত্র চন্নদি ফুন্নীশক্তা তাহুনা নোংলেম খোংবগু কপ্পুনা মাংনা শিনবী তিনখোংক্লা মালেম লৈদা ওনবগুম ঙন্না থোইনবু কপ্পক্লে।

হা খয়োম হাওবাও! ইচে লাকই থোরকউ। করিগী-দনক্তা লোংলিবান্না. ইচেমনা নংবু উগেদ : ইচেমনা নংবু কৌবদা খুমলোই নিংবদি করিগীনো ? নহাকত্তি, ইবা কৌবগী লমদা তোংলি হায়বা কাউরবরা। অদোগা নন্না ওইরিবৈদা পদ্দোনা

ইচেমদা শিন্নবা মতম অতুদ. ইচেম্না নংবু চাঙনবা য়োকহিবা নয়োল থোরকপা মতমদা নংনা ইমানি খন্দুনা ইমা হায়না কৌরম্বা অতু কাউরতুনা থমদ্রিবরা ? নমা কৌরম্বগী লমন্দি শিংউ। ইচেমনা নংবু থাংকপসি মংংহনগে হায়রতুনা থিরকপবু নঙ্গেদা মমানা মচাগী মাংনবা কৈদোঙৈদা ওইরোইকো. মমাগী লমন তোঙ্গী হায়বা কাউগন্নকো. ঙসি নো ঙা লেংতুনা লৈরগন্ন ইবুংঙো। অসি রারু হায়রগা মচেম রাংস্থু চনুদি ফুম্বী য়াংদো মথক্তা ওন্না থোইনা বপ্লক্লে।

মতম অসিদা লোইবী চীংদা লোংলিবা হাওবদো মচেমগী মপাও তানদা খংহৌদনা তু চুংখি। ঙসি ঐবু কৌরিবা নুপী খোঞ্জেল অসিবু ইচেম বাংস্থু চনুরা ইমাগী খোঞ্জেলবু মাহিদা: ঐনা অস্নুক কুইনা লেংপদা মোংমগী কৌরৌ অনম্ভবু হাওবগী মিংবু পন্দুনা কৌখিবা ঐনা য়াওখিদ্রি। ঙসিদি ঐবু কৌরিবা অসি ইচেম ওইবা তারে. খুমদ্রবস্থু ঐবুদি ইমাগী লমম তোল্লনি। থিরক্লিবা অসিনদি ফনমবগী লৈইরমলোই, লোইরাং নিংথৌগী য়েক্লবা ওইবা হাওবনি। অফবগীদি ওইররোই. হাওবনা শিবাবু কিহুমা লোংকদোবদি চুমদ্রবনি। ইমাগী লমন্দি শিংলমগে খন্দুনা. ইমাগী লমমনি হায়হুনা সমা জুপানা শিংবদি ঙমদ্রবনিমা য়াইবী মাংহনা লমনশিংবা ওইরগে। অসি হায়না খল্লহুন, লোইবী চীংদোন্দা লেপ্তুনবু হাওবনা খুমলকই। হাঃ ইমা ইমা! ইমা নংবু কনানো ; ঙসি ঐবু কৌরিবা। ইমা রাংস্থু চনুবু ওইরবরা, পক্কেম ইমা নহুনিংথৌ লৈজরি। ইমা লাকপা

ঙাইজরি, ইমাগী লমন্দি শিংজগনি, ইমা ঙাইবিরম্ম, ইমানা, নহুনিংথৌ লাকচরে হায়দুন. লোইবী চীংথক্তগীবু হাওবাহ্ন চেল্লক্লি।

মতা, অসিদা হাওবগা মচেংগা লোইবী চীংখোং অহুদা চেংলৌ শকপু উম্নরে। হাওবা উরগা রাংস্থ চনুনা হায়রকই—ইচেমগী ইপুংঙো, ইচেমনা নংব্রু ইতম্পাকতা পম্নদববু কুইরেদা, ইতম্পাক্তা পমগে লংঙে। মাসি হ য়বা তরগা হাওবনা খুমাজে। মচেমদা ইমা শকপী ইচেমহল, হাওবা কোবা নৌপানা পিক্রিডদা ইচেমনা পম্নবু ঙম্নি, চাওবা লেপ কারবদা ইমানা পম্নবু ঙম্নরোই হায়জববু। মচেমনা হাওবদা তাকপিরি, মনানা মচা পম্নদা মমানা রাবদি লৈরোইদা। মসি হায়তুনা কপম্মিম্ন। মতুদা মচেমদা হংজখি হাওবনা। ইমানা থিরক্লিববু ইমাগী লমনশিংন্ত হায়বগীবু লাকপিথরা হংবদা। মচেমনা,—ইচেমনা লাকপদি মপু ইবুংঙো, মোইরাং নিংথৌগী মঙলান্দা কেহ্নে পোকপা শোরারেন থাংজিংমা মম্নাথংবু তাকপিহ্ননা খুয়োন ম্নাখোং শে হত্র্ নত্রবদি মোইরাংসি তুমনা শিরগনি তাকপিহ্ননা, খুয়োনগী শাগৈ থিক্লরো অসি হায়বা তাকপিহুনা খুয়োন নংবু থিরদা কংন্নহুনা থাংজিংগী মখোংখাদা খোইয়ুম লাইগী মপাংবু তাজরে হায়হুনা মাইবিনা লৈহুনতুনদা, চীংঙ্গী মপাংখোকবু তাকপিহুনা, নংব্রু অসিদা লৈরে হায়বদগী খোইয়ুম মন্নাংঙ্গা থংজনা ইচেমনা থিরকপনি। ছজিক্তি চংলসি, কেগেদা পান্নেপ কংলসি, পাঙ্গ-থেম্ববু হাংবনা মাজদে। ইনুমা ঐবু থিরকপ্রদি হাওবা ঐবু ইচেমনা মুংশিবা খুদম কৈথিদবনা থাজদে চৎচরোই খুম্নবনা

মচেমনা হংলকইদা কব্রিরানো ইংংঙো, নংবু ইচেমনা নুংশিদবগী খুদমদি করিনো? হাংবম খুমৈজ—মহাননোং নহুনি থৌবু নিংথৌগী মনাই অঙম্বশিংনা য় ইবা লোংগ পুরবদা লোইবা চীংদা য়ারগা কনাগী পারিনো হংবিখি। হাওবগী পঙ্গৌগী মিংলেন্না থগায়গী মমবু ওইহুনা ঐগী য়াংবী কর্নাবিহুনা পারি নংদি শিবা য়াদো, লমৈল লোকতাকতবু লেংখো হায়হুনা থাদোকপীরে। নহুনিংথৌনা অহিংগী তংলো অথেংবদা ইচেমগী নয়ুমদা চংহুনা তারা চাকপু লামহুনা, তারা চাগে হোদোকচৈ। মতাং অহুদা ইচেমদি নিংথৌগী চৈরাক কিবনা তানা তানা খুম্বিহৌদে। মাহুবু নুংশিবা হায়বহু কৌবরনে ইমা? খহুগীস্যু মথক্তা বারিঙৈগী মতমদদি মোংতবু ওইরবস্যু নহুনিংথৌবু থিবিরক্লগা পারেপ ফংলনি তাবদগী ইনানা ঐবু থিবিরক্লিবা, ঐদি মোইরাংদা কাররোই ওইমজখি। হাওবগী বাবু তাবদা, মচেমনা অমুকস্যু শেংদোকপিরক্লে—তাব্রিবরা. হাওবা নংদি শিখ্রবনি ভাংনখি। ইচেনবুস্যু ফাহুনা মবাই ইবুংঙোগা লোইননা খুদক অহুদা লোই থাখি। ন মা অহিংদা লাকতুনা ইচেমবু হৌদোক্লহা মতাং অহুদা ইচেমদি মোংবা য়ুমনা লৈত্রবা মতমদা ওইগনি। শাউগন্নু চংসি ইবুংঙো, হায়না পাউথেম্লক্লবদা. হাওবস্যু মমাগী লমনশিংগে থন্নকতুনা মচেমগা লোইননা মোইরাং অয়া পুখংলক্লে হায়দা।

কেগে লোকতাককি মোংচুপ খোংবাম্পা থুংলরে। মতাং অসিদা মী থরনা চেন্দুনা হাওবাবু লাকহৌরে হায়বগী পাঙ

অসি নিংথৌদা তমগনি হায়না চেম্পকতুনা মাং য়োশাদা তমখে। মতম অসিদা নিংথৌনা তাকপিরকই— “তাদ্রিবরা কেৎগী অঙম্বাশিং, নগী মুংশিরবা হাওবব্ থক্রুসি. অসিবু তাক্রহুনা, নিংথৌগী খোঙনশিংগস্ত লোইনহুনা. নিংথৌনা শামুথক্তা তোংহুনা মীয়াম্না থে গন্দূনা খোংশানলক্লে। অসমদনা হাওবদি চেমনা পুহুনা লাকলি। মপু মনাই অনিমক্তি তাম্না উনরক্লে। নিংথৌনা লেংলকপা উবদা হওবদি. লৈমাইথক্তা তুখিহুনা কোংয়াং বা চৈংনা মালেমথক্তা তাবাগুম্না লৈখে। মতাং অসি নিংথৌনা উরবদা, মনা পুক্লিং পেনখিবনা মনাই অচানববু তামনা কৌরকই। হা: খয়োন হাওবা অচানবা! নিংথৌ ঐবু চিংনগনু, নদি নংবু খদহুনা লাক্লরে। নংদি ঐবু শাউররিনি, শাউগনুকো তয়ুম। ঙসিদি নিংথৌ ঐনা লাক্লখিবহু মঙোন্দা শেংদোক্কে হায়হুনা লাক্লিবনি। নংবু অরাববু পাগে লাকপদি নত্তে চিংনগনু। চংশিল্লকউ, পনগনু লৌজরো পানা খুদপ ফংজরো। নিংথৌ ফীবু, নপাগী পারেপপু ফংজোদা, অকাববু দোলাই তোংজরো, অকুম্বদা লাংগোই তোজেদা। পজেং ফীরান পুম্নমক লৌজরোনে অচানবা, শেংচরো নিংথৌ ফী মসি কায়দনা, নিংথৌনা চানবিরবদা। হাওবনা মপুগী মামাংদা কৈথ্রানোনবা ছুইজাগুম্না হংগংচৈ।—“ঐবু লোইবা ইনিংথৌ, মনাইবু লোইবা লৈমাবও! মনাইদি পম্বৌনা নাংয়োক্তবনি অরানববু ঙাকাপয়ু। হায়জনিংবা মথৈদি পুক্লিংদদি খুজব., চিনবান থোংদদি হৈজদে।

ইমানা য়োক্তবনি, নৈশি নৈথোংনা খংজদে অরানবথিবিক্তা তাকপিয়ু অসি হায়না গক্তংজ।

নিংথৌনা মনাইদবু তাকপিরকই—হাংবা, নংদি লাংন্দদা নংঙোন্দা লানবদি নিংথৌনা লানবনি. কোক্লাসিনে অচানবা। করিবু পাম্বগে নিযুদা অনিবত্ত পিগনি তাকপিরক্লবদা। হাওবনা খুমজরকই—মপু সনামাংদা নিজনিংবদি ইনিংথৌনা লোইনা পীবিবনা অহানবামক্তদা লোইনা পীবিখিবদা য়াংখাদে। খাংমেনচংপা, লমথাংখুলক. সনাখুজিস্থ নক্তদে দোলাই তোংবস্থ নক্তদে ননাইনা পামজবা অপাম্ববু পিবিখরে। নিজনিংববু পিবিখবদা, নিজনিংবা খরগা নৈজরি নিজরগে। নিংথৌনা অমুক হংলক্লি, অচানবা নংঙোন্দা ঐনা পিখিবদা নংনা খাইদগী হেন্না পাম্না য়াওখরে হায়বসি করি পোংনো হায়য়ু ? নিংথৌ ঐনা খংনিংই তাক-পিরক্লবদা। হাওবনা খুমজে, ইনিংথৌ ননাইনা পামজবদি পোং নক্তদে, সনা য়াথংনি। মপুনা ননাইবু হেক উবিবদা শয়াংথক্তগী তাকপিখিবা "হাঃ খুয়োম লাইরবা চংশিল্লকউ" কৌবিবা রাফম অহুবু, খোমকম য়াংহু মমল য়ামখ্রবা য়াথংনি, মহুনা ননাইগী অপাম্বনি। পুন্সি থম্মোই নৈরি মখৈদি ননাইগী ইরননি, ননাইগী অথোইবা পামজবনি, মাহুদগী হেন্না পামজবদি নৈজদ্রি, মতুংদা অপাম্বা নৈজরক্লগা নিজগে হায়না খুমজখি। য়াসিগী মথাদদি অমুক নিংথৌনা হায়বিখি অচানবা, নংদি নংনা অপাম্বা নৈতে হায়রি, অমতংদি হায়য়ুদা মাহুবু নিজ্রবদি নিংথৌ ঐনা পেল্লরোই হায়রক্লবদা ; হাওবনা, মপুনা নিজৌ

ত কপিবগী ১তুং ইনজহনা নিজরগে। তস্না নিপা তরাদংদি পিনবিগ্ নিজরক্লে। মনাইগী বাবু তারগা মোমোন মোক্লনা হায়রিরকই। খুয়োন অচানবা নগী অপাম্না অহদি য়ামনদে, খরা য়াম্নবু নিযু। মী চামঙা নিরবদি, নিপা চামঙাবু নংগী ওইরবদি য়াম্নিনা কান্নগনি হায়বিরবদা। হাওবনা খুমজে—ইনিংথো, মী চামচানা ইমাগী মমল ফংবা ঙমলোই, চামঙা অমনা পম্বোগী মমনদি ফংগনি নিংজদে। মীওইবগী পলেম পম্বো হ য়বসি মশীং লখা হেনগদ্রা নিংজে। মনাইনা নিজরিবা তরাসিদি মঙা অমনা ইমানি, মঙা অমনা পম্বোনি হায়জরক্লবদা নিংপৌনা করিরানো অচানব। নংবু পোকপনা খুম্বোরেম্বনি, নংগী মনিং লেম্বীনি। নংগী তরা অসিদি করম্না তরানা মমা মপা ওইবমো হংজকলেদো।

ইনিংথো ইবু তাইবংপানবদা পুথোকপিরম্না খুম্বোরেম্না, ইমা লেম্বীদি মনাইগী মমাংদা নিংথোগী মাংনবনি হায়না খনবিহনা, নন্না পিক্লবা হাওববু অকনবা চৈরাকপু পিবিহনা লোইবীথক্তা পুবিবা মুমিংতুদা খুম্বোরেম্বগী মচা হাওবগী অরোইবা পুন্সি ওইখে। ঙসি মনাই লোকতাকতা লৈজরম্লিবা হাওবদি শিরবদা অমুক পোকপিরক্লবনি। তরা অহনা পোকপিরমম্রবদি ঙসি সনা থৌগনবু ফংজরম্লোই। ঙসি সনা থৌগনবু ফংজরিবা হাওবদি তরা অহনা পোকপিহনা ফংজবনি। মাহবু তাবদা নিংথৌনা পেনবিহনা মনাইবু চেংনা কোনবিরগা তাকপিখিয়ে। জচানবা নংনা হায়রিবা তমবা তরা অসি

উদবা মতম কুইখেদা, অদুবু নিংথৌ ঐনা হংবিগে হয়রগা মীয়ামদা লাউথোকরকই—"তাদ্রিবরা লৈপাক মীয়াম পুম্নমক, মমাংদগী ইদাইরেম হাওববু নিংথৌ ঐনা খদহুনা য়াইবী লৌরু হায়না থৌশিন্দুনা থাবশিং অদু মীয়ামগী মরক অসিদবু য়াওরিবরা ? করিগুম্বা মাশা য়াওরবদি থুনা য়াংনমক চলকউ। মরমদি হাওবনা তরা মখোয়বু পিয়ু হায়দুনা নিংথৌ ঐঙোন্দা হায়জরি। মরম অদুনা নখোয়না মফম অসিদা লৈরবদি নচাগা নপাগা উমজৌও হায়নবু লাউথোকপিদুনা মীয়ামদা তত হনখবে।"

মতাং অসিদা হায়রিবা তরা অদুস্ম য়াওরম্মি। হেক তাবদা তমবা তরা অদুনা অপনবা লৈতনা চংশিনকই। মখোয় অদু চৈশুদি অমমন পাইরি, মঙোদি থক থক নিকলি. খোংথাংদি কয়া থাংবদি ঙমজদে, চিন্দদি হাওবা হাওবা কৌদুনা ইপাখোয় লাক্লে ঙাইরমখো। ইপাখোয়দি পাঙ্গল শাল্লে কৈদৌরিবগে চংলকউ হায়না মচিন্দা হায়জরবস্মু, মখোং থাংবদি রারদুনা তুরোই ঙামলোই চেল্লকইবদু উক্রুরগা হাওবনা নিংথৌদা হংগৎচৈয়ে—ঐবু লোইবা লৈমাবা, নমাইবু লোইবা লৈকোই মপু! ঙসি মীয়াম অসিগী মীরক্তাগী চৈশুবু খুত্তা পাইদুনা চেল্লক্লিবা তরা অসি হাওবগী পম্বোবু ওইরমাল্লে, থাদোকপিয়ু হাওববু। লমজা হাওবনা পম্বোবু উমজগে. কৈরাং লৈরাং হুদোক্লি পুজরক্তে; কপ্পুনা মখোংদা কোল্লগা কপচদুনা নমাইবু পোকপীরকপগী লমম অদু শিংজরুগে. মপু সনা য়াথং পিনবিয়ু বিজরকল্লে। মনাইগী হাবু তারগা মপু মোইরাং মিংথোনা

হায়রিখি। অচানবা মিংথৌগী মমাংদা মী অমদা মী অমনা খুরুম্নদি থৌংনলে নগী হাংমনি। অতৈ তয়ুম নংদি নমিং তমজো হায়বিরনা য়াবিরে।

মতাং অসিদা হংওবনা মচুগী মনা দগী তুংহন তংহন থোকচখি। থোংফম তংরংশবগী মং অমুক ওন্দুনা লাক্নি। অহল তরাগী মমাংদা ফিক্রা ফিক্রা কপ্তুনা চেনশিনখি। হা পন্থো অপোকপা মপারি হংওব লংকচরে. ভাইবিরমথো অসি হায়বগা লোইনমা অহল তরাগী মমংদা কোংয়াং চৈশুনা মালেং-থক্তা তাবগুম কপ্লদুনা পুনমচৈ। অমুয়ুম্ন হগৎচৈ—পন্থো অপোকপা নপারি হাওবা লায়বকংবনা পন্থৈগী ইহরাং ফিংথিবা খুদোল কংনবা অংতবু য়াওজদে। নপারি ঐগী লৈজবা হায়জববু মিংকী পিরং তবনা পন্থোগী খুদোল ওইজরি। কংতি কংনিংবা. লৈজদবনা খুদোলবু কংতে হাবোবিগনু হাযদুনা তেংথাজরি। হাওবগী মতৌবু উরগ পন্নবি ইহরবা তরামা মপারি খুয়োমগী মনমদা হুইগুমশিং থেনগুম্না মানবিরদুনা হায়বিরকই।—পারি ইবুংঙো হাওবা ভাইথোদা. ইপাখোয়মা হাইংগে অশেংবা হাবুদুম শম্মুদা। নংনা লোকতাক ঈয়াইদা কনাগী মতেংনা হিংদুনা লেনবগে, ইপাখোইদা তম্মু তাগে। নোংলেম্না তারক্লগা কনাগী তোংবদা নোংলেম থংজবগে। অয়াবু লায়বা মতমদা কনাগী ময়ুমদা চংদুনা হিংবগেবে হাওবা, অশেংবা মপাওবু তানিংই। মপাখোয়না হংবিরকলিবা অসিদা হাওবনা খুমজ—পন্থোং, চাদি লোইদায় থাজথরদি লেমল

ভার্ হাদ্রনা লেনজ। লোইদাম থরনা হৈকক, থাংজিং চাত্নুনা লৈনজে। মরক্তদি অরাবা কয়াবু থাংত্নুনা লৈজ্ঞ হায়না খুমলল্লবদা। তরা অহুন অংকস্থু তাকপিরকই—ইবুংঙো হাওবা, নহাকপু ইপাখোয়গী রাখন্দা শিরম্লংনি খংদো, নোংলেন চুরকলে কনাগীদা লৈরিবলো হায়রম্নুনা কপ্লিদো। চারমদাই হৈরবস্থু ইপাখোয়না নংবু নিংশিংলগা কপ্লিদো। হাওবা মংদি উরিরোইদো। হাওবনা হায়কৈ—পন্থোনা নচাগীদমক্তা থাংজিং লাইবু নিংবিবগী থোজান্না নপাব্লিগী থরায় অসি হিংজরক্লে। হৌজিক্তি রাবিরগনু, নপারি লাকলে রাবিগনু হংগংচৈ। মতৌ অম্ম তৌনা তরাগা হাওবগা তৌনরিবা নুংশিনা কপ্লববু উরগা নিংথিরবা মপাউবু নিংথৌনা য়েংলগা তাকপিরকই। তারিবরা অহল তরা নখোয়না নুংশিবিত্নুনা ইনাই হাওববু কনবিবদগী, নিংথৌ ঐনা তাওলবা ইনাই হাওববু ফংহন্লে। মাসিগীদমক নিংথৌনা নখোয়গী লমন্দি শিংলগে। মসিনস্থু নখোয়না তৌবিবনা হেনবনি। নিংথৌ ঐনা পিবনা রাংলিদো। ঙসিদগী হৌদ্ধনা নপারি হাওবনা দোলাইথক্তা তোংত্নুনা খুয়োন রাখোং শেংবদা নখোয়স্থু দোলাই অমমম তোংত্নুনা নুংশিরবা নচাগী ভুং ইনজো। পজেং কীরানস্থু ফ জরো হায়রুনা পিবিখে হায়দা।

মতুংদা নিংথৌনা মনাই হাওবদা তাকপিরকই।—তারিবরা অচানবা। নংদি কোন্নুংদা চংলসি, নিংথৌ ঐনা য়োক্লগে, পারিনি হায়নবু নাওক্লোগে। নিংথৌ ঐনা হয়েং নোংগারমদাইদা ঐগী কে নুংসি নংগী শিন্নরমগে হায়না তাকপিরবদা, হাওবনা

খুমজ্ঞ—ত পিন্নিবা মা ম্নাথদি কোরৌদা কাফদে! অতুম্নদি ওইরবস্তু মনাইদি তোল্লবনি, থোগললোন খংজদ্রিবনি, মা মাক্তা মকল্লুরগা মনাইগী ইর ম লৈগনি; তোপ্পা লৈজবা পামজৈ হায়জরবদা। ফরে অতুদি অচানবা, ঙসিদগী মংগী মোংবা য়ুমগী যাত্রা উরেপ থিজ্ঞরো, খুয়োন মংগী ময়ুমফমদা পন্থো মপাগী পারেপ ফংজরো, হায়না পাওতাক পিবিতুনা খুয়োমগী খুয়োন লৈকাই ময়ুমফমদা মনাইগী যাত্রা হুন্দুনা হোৎখরে। মসিগী মতুংদা হ ওবস্তু মপুনা শেম্বিতুনা নুংঙাই মরাংকাইনা তেসারাখো পেংতুনা লৈরক্লে। মতুংদা মোংমদি নিংথৌনা ব্রখল অমবু তৌরকই। মতুদি—মনাই হাওবগীদমক্তা থনবনি। ইনাই হাওবসি নিংথৌ ঐনা শেম্বিবাসিবু মাগী করিবু ব্রাংলিবগে থনবিরকপদা, অমদি ব্রাংলিনা। মাগী সনা লুপা মনি লৈবনস্তু মাগী পে থাফম ওইদ্রি। মরমদি মাগী য়ুমলেপ চারা তমদবনা তয়ুমগী পোম্পাফম খংলমলোই। অতুনদি মাগীদমক্তবু মপাশকলবা নিংথৌ ঐনা তৌবিফমবু থোক্লে। কেগে ইরৈপাক অসিদা লৈরিবা চনুনিংঙোলশিং অসিগী মরক্তা চংতুনা অপাম্ববু খলহনবা তারে থনবিতুনা, মোংমগী মুমিং অমদা নিংথৌনা মনাইদা তাকপিরকই। অচানবা মংগীদমক্তা নিংথৌ ঐনা পেম্ব্রিবা অমদি লৈরে। মতুদি—কেগে ঐগী ইরৈকাই অসিদা চংতুনা অপাম্বা তালোইবু খঙ্গো। নমা পাম্বাতু নিংথৌ ঐঙোন্দবু মমিং খংহল্লু, ঐনা মংগীদমক্তবু শেম্বিগে হায়রবদা, হাওবনা খুমজৈ—সনা ম্নাথংদি মালেমথক্তবু তাহনজরোই খুমজখি।

নিংথৌনা তাকপিখিবা নুমিৎ অহুদগী নুমিৎশিংবুম মঙাদি তরানিবু হেল্লক্লে। নিংথৌনা খল্লি, খুয়োনন্ নমা পাংন্গা য়েংজৌ হায়খিবা অহুবু খদি খন্দে হায়বসিবু নিংথৌ লেঙেন্দা মানা ইকাইখুম্না তমদ্রমগলে। অহুনদি মশা মক্না খোংদারিবা মফম্বু কদ য়দনো হায়বসি য়েংসিনববু তারি। মমাংদা মকাই পাউদাবা সাংখং পোকি বশিংবু কৌহুনা তাকপিরক্লি। তারিবরা তয়ুমথোই, নখোয়না অহিং খুদি দা কেগে মোইরাং অসিদা লৈরিবী চেংলৌ শকখম হনবীশিংগী থোংগান্দা লুমহুনা য়েংশিন্লু। মরমদি—খুয়োম হাওবনা থরম্বা মফম অদুদা খোংদাংবি ফংনদ থিরুরো হায়না পাউতাক পিরবদা, নুমিৎ অহুমগী হেরহুনা মখোয় য়েনাখা পাউদ বাশিং পুম্নমক্না হাওবগী খেদাফম্বু য়েংশিনখরে হায়দা।

মতুংদা থাবুম ফাখিহুনা পাউদাবাশিং ৬০০ সনা কেংদা পাউদমজে। ইনিংথৌ ননাই পাউদবশিং খোয়না হাওবগী খোংদাফম থিরুবতা নোংমতবু থেনংদরে হায়হুনা তাকখিয়ে। নিংথৌনা মতুংদা অমুক মেনা ব্রাখনবু তৌরকলি। মাহুদি কুরিনো হায়বদা, ঐগী হাওবসি মানা মঙেন্দা হায়দোকপম্নু ইকাইরে, কোইফম থিরম্নু ফংদ্রবনিনা লৈশাবীশিং অসি পুম্না থোমহুনা কৈথেন্দা তিলহল্লগা মায়ামলক্তগী মনিংতম্নবু খলহন্নুনা শেন্থিরগে খন্নুনা। নোংমাগী নুমৎ অমদা নিংথৌনা ননাই শংডাইহু থোংলোইশিংদা তাকখি। তয়ুমথোই ঐগী কেগে মোইরাংগী লৈশাবীশিং ৭৫০ অসি লোইনা পাওজেল্লু হায়রবদা।

মনাইশিং শংঙাইহুনা লাংগোই শগোলবু তোংলহুনা কেগে লৈমরোন্ন তরেৎ, মোইরাং লৈকাই নিপালমকপু পাউচেল্লে। তারে'দা মোইরাং নিংঙোল লৈশাবীশিং, মপু সনা য়াথংনা খোইরোন তালোয় খনগনি : হয়েংগী ইনুং ঙ'নবদা কেগে খোইরি কৈথেল অচৌবদা নখোয় লোইনা তিন্দুনা লৈয়ু। খুয়োনগী তালোই অপাম্নবু খনগনি হায়রি। মপু সনা য়াথং খোশাদ্রবদি অন্নাবা চৈরাক পিগনি হায়রিয়ে। অম্মুম হায়না লাউথোক্লে। মোইরাং লোইনা তাখরেদো। মাসিগী মতুংদা নিংঙোল পোকপা পলেম পংনা মচাশিংদস্থ তাকপিখি। ইমোম ইবেম্মাখোই, নখোয়স্থ লাইবক চাংবু য়েংজৌ। মপুনা চানবা মনাইগীবু মনাই ওইবা ক'লবদি লাইবক ফবনি খল্লুকো হায়না তাকপিরে।

মথংদা নোংঙাল্লবদা মোইরাং লৈশাবী পুম্নমকস্থ চেংফি শম্নান লাং, উতিনা শমখোং ভেংনহুনা, শেংপা চাবা লোইনখরে। মাগী কেজবা হৌনবা মথৈদি কেনরহুনা মোইরাংগী কৈথেন্দা তিনখরে। অংসামদনা হাওবস্থ দোলাইকৈনা তোংহুনা মপুগী সনা কোন্নুংদা কাখি। মপুগী সনামাংদবু চংজরক্লুনা মফম নিপান শোক্লবু খুরুমজে। নিংথৌনা মনাই অচানবদা তাকপিরকই,—তারিবরা অচানবা, নংনা ঙসিদি কেগে মোইরাং কৈথেল্লা চংলুকো। মরমদি মোইরাং খোইরি কৈথেল্লা নিংথৌ ঐগী লৈকোল অমবু শেমলে, তয়ুম নংস্থ মিংয়েং শাঙ্গেক্ল। লৈগী জাংতি শুরবা লৈরাং মশীংনি। নংনা চংলগা য়েংজক্ল চংলু, অপাম্না লৈবু যাওরম্নবস্থ তয়ুমগী নাচোম্নু ওইনা থেংচৌ।

মপুগী সনায়াথংবু তাজরগা খুয়োননা, মপুগী সনা য়াথংবু কোরৌ মোংদস্থু কাফদে, মালেম লৈদস্থু তাজহল্লোই খুনজখিয়ে।

মতাং অসিদা নিংথৌনা চনবিবনা হেন্দুনা মনাই শামু-হঞ্জবদা য়াথং নিংথিববু তাকপিরকই। তারিবরা অচানবা, খুয়োন্না ঙসি চৎপদি ঐগী য়াংগোই শামু য়াইসবু তোংহল্লু হায়বিহুনা, শামু হঞ্জবনা শামুবু পুথোক্লক্কনা খুয়োনবু তোংনবা লাংজখি! শামু হঞ্জববু য়েংহুনা হাওবনা হায়জে,—মপুগী মনাই হঞ্জবা; শামু তোংবদি নশুদি ঙমজরোই হায়হুনা য়াদরে। শামু হঞ্জবনা হায়রকই,—হাওবা অঙম্বা, শামুসি মপুগী সনায়াথংনা তোংসন্নু হায়রক্লবনি। হাওবনা খুমজে, মীওইবনা মতিকচাদবা থবক তৌবদগী লৈথা তাবনি হায়নবু তাজে। ঐদি লমজা হাওবনি, শামুদি ইনিংথৌগীনি। লমজানা শামুবু তোংল্লরগা মতিক চাববু ওইরোই, ননাইদি ঙমজরোই হায়না য়াত্রবদা, শামু হঞ্জবনা নিংথৌগী সনা মখোংথাদা হংগংচৈ। ইনিংথৌ! ননাই হাওবসি য়াংগোই তোংবদা মতিক চাদবনি ঙমজরোই হায়রে হায়না তমজরবদা নিংথৈমক সনা খোলেঙলক্লে। হাওববু য়েংহুনা মপুনা তাকপিরকই,—তাও তাও অচানবা! নংনা শামুবু তোংঙোই হায়রিবদি করিবু চিংনবনো হায়য়ুদা হায়না হংলবদা হাওবন খুমজে,—তাবিয়ু ইনিংথৌ! মপুগী খুনেংশানি ননাইনা ছায়া মচানি। লমজানা খুনেংশদা তেং-লুরবদি হাওবদি অকববু ওইগনি ন্নিংজদে, খুমজে। নিংথৌনা, অচানবা মপা লৈত্রবগী মপাদি নিংথৌনি, নমাস্থু নিংথৌনি।

নংগী পম্বোবু লৈত্রবনিদা নিংথৌ ঐনা হাওবগী মপাওবু ওইরবনি। মপাগী অঁরবা মথৈদি মীগী নত্তে, মচাগীনি। মপাগী শামুনি, ইচানি তোংজৌ হায়না তাকপিরবদা, হাওবনা নিংথৌগী সনা-মাংবু ঙাক্তবা য়াত্রহনা তোংখে, হায়দা।

ওঃ হাঃ! মোইরাং খুয়েন হাওবদো
মপুনা চানবা মনাইনে।
নিংথৌনা য়ারবা হাংবনি,
শামুবু তোংবমক্তি লেমঙদা।
মপুনগা চাক্লেদো,
মদমনস্থ চ উরেদো,
য়েংবদা পেনবা নাইদেদা।
মাজরকপা অঙা নি,
চাউবা মাংনি চাইখেদা।
ফজেদা ইবুংঙো!
মংগুম্বু লৈরোইদা,
কুচুনা লৈহাও লৈরেননি,
শাবাননা মোংশাগী শাবাননি,
মিৎয়েংদা লাংগোই লাবনি,
চংলিয়ে নিপাসে,
য়েংবদা পেনবা নাইদেদা।

অস্থুমা হাওববু থাগৎনহনা লৈহোই। হাওবনি খৈফেন্দা থুংল-য়েদো। মীয়াম তিনবা মকমদা হাওবহ চংকনই, লৈশাবী

পুন্নমক্কস্সু হাওবা লাকপা মাইকৈরোমদা মমাই লোইনা ওন্নশিল্লক্লে। হাওবনস্সু য়েংলি, ফজবস্সু ময়াওই, ফজবড়ু পামজদে। নিংথিবিস্সু ময়াওই, নিংথিবিস্সু য়েংনিদে। হাওবগী থম্মোইনুংদা চুন্নবা, শগুদুনা লৈখ্রবা শুদোকতুনা কোকত্রবা মচুনি। পুক্লিংনা থৈনা নুংশিবী নুরা য়াইথিংকোন্নু মানবীবু য়াওবরা হায়না য়েংলকই। কোন্নু মানবীদি অমত্তস্সু লৈরমদ্রে। হাংবড়ু পাইমা পিপুকম্নুংদা খঞ্জখি। ওসিগী নুমিৎ অসিদা মোংবা য়ুমদা হল্লগে হায়না খল্লক্লে। চৎলগে নিংদুনা ইপু শামু হঞ্জবা, মগুদি কোকপান থোংবু চিকলেদা মোংবা য়ুমদা হল্লসি, শামু মমাই লৈবিরো হায়রদুনা, শামু হঞ্জবনা শামুগী মমাই হেক লৈথোক্লকপদা মাংওইনা খ্বাইদগী মাংজিনমক্তদা নুজা অমবু উরক্লে। নুজা অদুগী মাইথোংদি কোন্নুবু হাইফেংনা মাল্লি। মাদুবু হেক উবদা হাওবস্সু য়েংনিংবা অমবু পোকখিদুনা ওহাক লেপ্পুনা য়েংখি। পুক্লিংদস্সু খনখি, কোন্নুবু ওইরবোই খল্লদুনা মাই-য়োক্তা য়েংলম্বদগী, মোমন্নুগী ভুংদা য়েংবদা নুপীদুগী মতুংগী শমলাংদি লুখমদগী খুদোল মরিরোমদা শাংলদুনা, ওান্নুগী মমৈগুম্না লৈরমলে। মাদুবু উবদা হাওবনা অমুক পনবা লৈতনা সনা কোন্নুং পাংখ্রে। চন্নু নিংঙোল মথৈস্সু ময়ুমদা লোইনা হনখরে। হাওবস্সু কোন্নুংদা থুংলরদুনা মপুগী স্না মাংদা খুরুমজে।

নিংথৌমা নুংশিবা মমাইবু য়েংদুনা হংবিখি,—অচানবা ওসি শিংঙেল লৈরাং কয়াবু মিৎয়েং শাঙ্গেক্লবদা, পাইমান্নুংদা থোইজংবী লৈরাং কয়াবু অপাম্বা য়াওরম্বরা হংবিরক্লবদা, মমাইমা

খুমজে। ইনিংথো! নমাইমা লৈকোন য়োম্ৰুবদি কোকপানথোং চিকমমখিবনা শিংজেল লৈরাংবু উজরক্তরে। নমাইগী মপাক্তবু তারগা. মপু মোইবাং নিংথৌনা তাকপিরকই। অচানবা নহাকপু নিংথৌ ঐনা, নংগীদমক্তা খন্দুনা লৈবনি: অদুবু নংনদি করিগুম্বা অমত্তবু খন্দ্রবালেদো। মপুগী সনাম্নাথংবু ত বদা, হাওবমা মপুগী সনামাংদা কৈথালোনবা ছুইজাগুম, তাংজাগুক্লা হংগংচেয়,— ইনিংথৌ! তাবিয়ু, নমাই হাওবগী য়াইবী থবায় অসিদি নমাই ঐগী নচক্রে, মী অমগী ওইখ্রবনি. মপু ওইবা মহাক্কী-দমক্তবু পিথোকচখে। মীগী ওইখ্রবা থবায়নি, নমাইনা পিথ্রব-মিনা থবায়গী মপুচুমা করিগুম্বা য়াবিনি হায়ববু খঙ্গদে। ইনিংতম্সু ওমজ্যদ হায়দুনা খু জরক্তবদা নিংথৌনা তাকপিরকই, —অচানবা নগী নথবায়বু পিথোকখিবা মফম অদুবু নিংথৌ ঐঙোন্দা হায়দোকউ। সনা লুপা কয়া লৌদুনা নংনা য়োল্লম্নবস্থ নিংথৌ ঐনা সনা লুপাদু হন্দোকে হায়রবদা। হাওবনা খুমজে, ঐবু লোইবা লৈমাবা, নমাইগী য়াইবী থবায়দি সনা লুপা মমল লৌদুনা য়োনজবা নচদে ইনিংথৌ। নুংশিগী মমলবু শিংজবা ওমজদবমা থবায় ওইনা পিজখিবনি অসুম হায়রমা খুমজখি।

রা অদুবু তারগা নিংথৌনা অমুক তাকপিরকই অদুদি অচানবা ফয়ে, থবায়না পাংজবা কনানো, পুক্রিংনা পামজবদু নিংথৌ ঐঙোন্দা হায়দোক্লো; নিংথৌ ঐনা ওম্মখেদি নঙোং পাংগেদা অচানবা। তাকপিরক্লবদা হাওবমা নোংজেম খোংবগুম কপ্পুনা হংগংলকই। ঐবু লোইবা ইবুংঙো, নমাইগী য়াইবী

থবায়দি কেগেদা কোকপী চেক্লামা ছইবিংশুম্বগী পোনস্তুমন্তুংদগী মমাই নোংপোক ওন্দুনা পাইখবী নোংমাইপুংদা চাকতাখি। পোম্বী মামা হল্লকপবু ভাইহুনা, অমা ছইরাংচন্না ভাইজরি। পোম্বী মামা হাওবগী থবায়গী মপুনি হায়হুনা হংগংলবদা, িংথৌনা মমাইবু য়েংহুনবু তাকপিরক্লে। ছইনিংশুম্বগী পোন্দগী পাইখিব্রী চেক্লা অহুদ নিংথৌনস্ত চংববু ভমদহুনা লৈখরে. অহুম্না ওইনামকপু তয়ুম, ম.গী মতেং পাবিগে। খু.ন মাবু কৌরগে, মংনা য়াংলৌ লনথাংদা ভাইহুনা খুমমগা ল'ল থেংমজৌ. চাইনা থোংত্রেম হানমরো। মাহুদা মংনা খুমনবু য়াইবী লৌবা ভয়গা খুমনপুংদা লৈরিবী পোম্বী অহু তয়ু, মংগী ওইজৌকো; খুমম যোইথেম তৌহুনাবু মংস্থলাংগী কৌরগে, সমা য়াথংবু তাজবদা খুয়োম হরাওনা য়াজখি।

মসিগীদি মতুংদা নিংথৌনা ময়াথংবু লাউথোকখি। ভারিবরা শভাইহু হঞ্জবা, ম না চংলো খুমম কাওববু নেকলুরো। রাইহদি হয়েং নোংলেন মোংজাদা থাংজিংগী লাইশা তামবদা খুমন অথেবাবু য়াওবিয়ু হায়না নেকলুরো। মামা য়ারক্লবদি হাওবা মংনা য়ংলৌ লমথাংদা ভাইহুনা লৈরো, চাইম থোংফেম চন্নরো। মংনা মাবু ভয়গা য়াইবী মথবায় লৌরগা কোনুবু মংগী ওইজৌ। মামা মংবু ভমহুনা য়াইবী লৌখিবা থোক্লগা হাওবা মংগী মরমাইমি, হায়খি-রক্লবদা হাওবস্ত য়াজরে। দোলাইপাবা হজবস্ত খুমনপুংদা কাওবদা পাউদমম্ববু চংথে।

মসিগী মতুংদদি খুমন্দা চংখিবা পাউ অদুবু হান্না লৌজগে। দোলাইপাবা খুমন্দা থুংলরে, কাওবদা নিংথৌগী স্নায়াথংবু খুমন অথৌবদা পাউদমক্ফখি। তাবিয়ু অথৌবা! নকু ইবুংঙোনা স্নায়াথং হায়বিরক্লি—"হয়গী নোংলেন নোংজাদা নবুথৌ থাংজিংগী লাইশাবু তানগদৌরি, মতুদা অথৌবনা লাকপিতুনা শা তানবাসি য়াওবিরো হায়তুনা নেকলকইয়ে" হায়রুববু, খুমন অথৌবনা মোটান নোক্নবু পাউখুম্নি। তারিবরা নিংথৌগী মনাই, ঐদি শাবাঙ্গা নিপানি লাববাঙ্গা খুমননি: শোইদনা লাকতুনা য়াওগনি হায়না তমলুরো হায়বিরে। দোলাইপাবস্থ মোইরাংদা হল্লক্না নিংথৌগী সনা খোংখাদা পাউদমজে, তাবিয়ু ইনিংথৌ! মনাই খুমন অথৌবদি হয়েং শোইদনা লাক্লগনি। মাতুবু তারগা নিংথৌনা মনাই হাওবদা তাকপিরকই—তারিবরা অচানবা, নংগীদমক্তা খুমনবু কৌরেদো, মাসিদা লাইবক চাংয়েংজরো তাকখ্রে, হাওবস্থ হরাওনা য়াজথে।

## হাওবা কাওবা থেংনবা

ইনুংশোরা ভাল্লক্লে, হুইথৌলাবা চিকেংলে, লাইরেন লাবা য়াওল্লে, লোইবী হেমবী অমুবি তলাথক্তা কাইদোংবি, পামেন থক্তা কাইদোংবি কাক্লা লমপাউ চেল্লক্লে। মতম অদুদা খুমন অথৌবানা তারা চাকঙম চাতুনা, মনাইশিংগা লোইনতুনা কেপে মোইরাংদা খোংশানলক্লে। অসোমদা মোইরাংদস্থ হাওবনা

মনাইশিং খরগা লোইনভুনা মমাই অরাং পাংনা খাংশানলকতুনা, খুরাই হাওবা মপুংয়াই লুমলাংদোংগী মখাথংবা চোথে চীংগী চীংখোংদা হাওবস্তু খুমন কাওববু ঙাইভুনা লৈরি। খুমন কাওবস্তু য়াঙ্গোই তুরেলবু লান্দুনা য়াঙ্গাইপুং লাকতুনা, তৌবুন য়াংবী লাকতুনা লুমলাংদোং য়ৌরক্লে। মতং অসিদা হাওবনা খুমন লাকপা উবদা রাথুন তৌবা হৌরক্লে। খনবা মখৈ খল্লবা মতুংদা ঈশৈ অমা শকলকই :—

## ঈশৈ

হাঃ চেক্লা মিংথিবী, থরায় পোম্বী নুংশিবী,
মহানবোং পম্বৌ হুইমিংসুম্বগী শঙ্গাইদগী
কেগে লোকতাক লান্দুনা খুংম পুংদা চংথিবী,
মতম ওইরে হল্লক্লো, ময়ুম মোইরাংবু কাওরবরা।
খুমন কাওবগী অয়াম লাংবু খদংতুনা,
নয়ুম মোইরাংদা হল্লকপা মতম ওইরেদা কোন্নুও!

ঈশৈ অসিন্থু কাওবনা হেক ভাবমর্ক্সা খুমন্দু মৈচাক্নুয়া শাউরকই। হাওবনি হায়বস্তু খংথি। কাওবনা শাউরিবা অতুদি, মুবলেপ চারা তমদে হায়বা, মহাক্না করিগী কোন্নুবু পন্দুনা শৈথাবদা করিগী অচুক শাউবনো হায়গনি। মানা শাউরিবদি অপায়বস্তু নত্তে, কল্লকপস্তু নত্তে, হাওবনি খংতুনা শাউরিবনি। মরমদি, হাওবনা মনাংথক্তা খুমন্দা লাকপদা কাওবনা মাপী নুংঙাই মদিং তম্হনথি, অতুদস্তু নত্তনা মথরায়স্তু কনবিথি।

অচৌবু খুমন ঐবুদি তৌবিমন খংফম থোকপনি। ঙসিদি মিংথৌনা চ'ল্লবনি হায়বগী নাপমনা ময়াই-কারি। মরে তৌবিমন খংদ্রবাসিদি য়াইবী মথরায় লৌগে খল্লক্লে। শাউখিবনা থাম্বী মৈচাক হেন্নগংখি। খুমনগী লা গোই খু'নংশাবু মুংশিংকুম্না য়াংনা থৌজিল্লক্লে, অস্থুম্বস্থু লাওরকই.—কেগে মচা লমহেন্নবা থাংউদো ঙসিদি, তৌবিমন খংদ্রবা নহাক্তি য়াইবী মথরায় লৌগেকো হায়দুনা শগোল শাজে মমথা থাদুনা থৌজিল্লক্লে। মাদুবু উন্নবদা হাওবদি থৌশাত্রি. দোলাই মথক্তা ফনদুনা মতুং ওম্ফোকতুনা লৈরি। শগোলনা য়ৌশিন্নক্লুনা হাওবগী দোলাইদা শগোল খুমাংনা কাখরে। মতাং অদুদা খুমনগী শাজ মপাল ফাংবদুনা খুয়োনগী পুকমোপ্তা ফুরে। হাওবস্থু নামনখিবনা মাগী তোংজৈ থাবুং শাবনা খুমনগী কোকতা ফুরে। অনিসি পাঙ্গল থাদুনা ফুরবনিমা শাজৈস্থু তৎলে, তোজৈস্থু তেকখে। মালেমথক্তা চোংথনদুনা শয়েং শয়েং তিংনা খোংনা ফংবনা খোংনা কাউমৈ। খুৎনা ফংবদা খুৎনা পাইনদুনা চাইন খোংকেম্নরক্লে. লাকচমদে অনিমক। মরাম য়েম্বা খোওজোম্বা, মরিং য়েম্বা খোওমেম্বা, খুরাই য়েনথাং হাপ্তুমা কাওনা পুংদা থাদোকপদা লাম্বা চারচারবা য়েনবানি। চেক্লা য়েনবা ল'বা অনিনা শিরসম্নু কাউনবগুম হাওবা কাওবা অনিমকতু থরায় খুবাক্তা হাপ্লদুনা থেংনরে। রাংলেন পুঙ্গোই মরুম থেংনরকপদা খুমন কাওবগী পাঙ্গনদি অহনগী মতম ওইবনা শামা ময়েং তারক্লে। মতাং অদুদা খুমননা হায়রকই—তারিবরা অঙম্বা, ঐনা নংগা থেংনবসি তোক্লসি

নংমা ঐবু ঙম্বা শকলো। ঐদি অহন ৎইররুবমা পাঙ্গল ময়েং ঙারেদো, নংগী মিংবা থুংনবা ঐনা শোইদনা কোন্নুবু থারক্কে. মাসি হায়বা তাবদা খুয়োম হাওবস্তু লেপনরে।

মতাং অহুদা খুনম্না হায়খি,—তাও, হাওবা অঙম্বা! ঐদি নংঙোন্দা লান্দবনি, কোন্নু ম'বু পোকপা মপানা রাশকপবু ঙাকপিবদনি। কোন্নুবু ঐগী তালোইনি খনগন্নু। ঐদি য়ুমলেপ চারা তমদবনি হায়বস্তু নশানা খংলবনি। নংবু ঐনা পেন-গদোবদি, খুমন ইসাইকে.ন্দা নংনা লাকখিবা মতম অহুদা, ঐদি নখোয় অনিগী নুংশি পরৈ খংবনি। অহুবু নখোয় অনিনা নপুকশেংহুনা খুমন ঐঙোন্দা হায়রম্বা থোক্লবদি, ঐনা অৎং অউন তনলগা নখোয় অনিবু মোইরাংদা ইচাগী পান্দমগুম থিন্দুনা নুংঙাইনা পালহন্নিংই, অহুম তৌরবদি ঐনা পেনগদোবনি। ঙসি পঙ্গল শোহ্নবা খুমনবু মোইরাং নিংথৌনা মোইথেম তৌহুনা ইকাইবা পিগে থৌরাং ৎইরমলে। ঐনা মোংবা ইসাইকোন য়ৌরগা, খুমন ঐনা কোন্নুবু থারক্কনি। হাওবা নংদি তৌবিমন অমদি খংদবা মাল্লি হায়রম্নগা, কাওবা অহু লাংগোইথক্তা তোংহুনা খুমনলোমদা পাংখে। মতাং অসিদা হাওবস্তু মোইরাংদা হল্লকই।

—:*:—

মতাং অসিদা কাওবনা মন্নুম য়োৎগ্রিবৈ, খুমন্দা কোন্নুনা মচা অনিবু পমদুনা পাউমেনবা মতাং।

## কোন্নুনা মচাদা পাউমেনবা

ইমাগী লাংলেন ইবেম্মা মংদি র'হৌবা তারেদা, ইমাবু করি হায়না হায়সিগে। ওসিগী নোংলেন অসিদা, খুমন অথৌবনা মোইরাংদা চংখিবা, নংবু পোকপা পম্মোগা চাইনা খোংব্রেন হুমনবনি। খুমন মানা হল্লক্লবদা ইমাদি লৈবা য়াগনি নিংদরে। ইমানা লৈত্রবা মতমদা পারি ইমোম অনি.ক করম তৌনা থনএসিগে ইমানা। অসি য়াবু হায়দুনা, মচা অনিবু কৈরা নাম নামা পমদুনা মিংলু নাপোম অনিমক্তা পিগী ঈরবু চেন্দুনা হিকনা হিকনা কপ্লদুনা নুংশিরবা নুংশিবী পারি মমোন অনিমক্কি মাইথোং থাজ য়েংদুনা তামনা ফজবা লাইবক্তা তোইনা তোইনা চুল্লগা নোংলেন খোংবগুম কপচরি। মমামা কপ্লিবদু উরগা মমোম থোইনুনা মমাগী মিংলুগী পিরাং তৈথোক্কনা হুংলকই। অপোকপী ইমা ইবেম্মা, অশেংবা য়াবু তাকপিয়ুনে ইমানা। ঐখোয়বু পোকপা পম্মোগা চাইনা খোংব্রেন হান্ননি তাকপীবা, খুমন অথৌবা অসিবু ঐখোয়গী পম্মৌ মল্লবরা; ঐখোয় অনিগী পম্মোদি কনানো, অশেংববু পারি মমোমদা তাকপিয়ুনে ইমানা? মচাগী য়াহং তারগা কোন্নুনা অশেংবা

অহু তাকলকই. ইমাগী—ইবেম্মা তারোদা. নখোয়বু পোকপা পঙ্খৌদি খুংম অখৌবসি লম্ভেদা ; কেগে মোইরাংদা লৈবনি। পঙ্খৌগী মিংলেনদি খুয়োম হাওবা কৌবনি, নিংথৌনা চানবা মনাইনি। ঙসি খুমনবা মোইরাংদা চংলিবসি শোইদনা হাওবা কাংবা অনিমক ইমাগী ইশুংলাংগিদমক্তা লাল থেংনরগনি। মরম অদুনা হোরেল খুমন অথৌবনা হল্লক্লগদি ইমাদি মফম অসিদা লৈবা য়াররোই, শোইদনা তাঙ্গোক্লগনি : ইমাগা ইচাগা পুন্না চংখিবা য়াগনি হায়বসি থাজদে। করিগুম্বা ইমানা মোইরাং য়ৌখিববু থোক্লবদি, ইমাগী পোক্লফম মোইরাংদি নখোয় অঙাং ওইবনা লমদম মশক খংহৈরোই ইমানা তাকে। য়েংউসে, নোংচুপ পাংনা, ইরংলংনা উরিবা লাইজ তরংসে, কেগে মোইরাং লোকতাকনি। অরংবা অসিগী লোইবী চীংখোং অসিদা খুঞ্জা-পরেং তারিবসি ইমাগী পোক্লফম মোইরাংনি, মুন্না য়েংউ ইবেম্মা অম্মুমনা কোন্নুনা, মচা অনিবু লমদম অসি খুমনগী চেকপন মথক্তা লমদম য়েংদুনা তাক্লিদেঁদা. খুমন কাওবম্মু মরাং য়াইদা থুংলরে ; কোন্নুস্থ মচা অনিবু ইমুংদা পুশিন্দুনা চংথরে।

খুমন কাওবনা থল্লকই, কোন্নু অসিবু করি য়াহৈনা চংহন-খিসিগে। নুমিদাংগী মতমদি ওইববা, তোম্বা নারন চল্লক্লবা মতমনি। মতম অসিদা কোন্নুবু কৌদুনা কাওবনা য়া হায়কই। "হায় নোংবান য়াইথিং কোন্নু নহাক তাউ! ঙসি মোইরাং লাইশা তানবদা তোর্ব্বুং মৈথাবগী মৈবি তাংগোইদুনা মোইরাংগী লৈকাই, য়ুম, থাম্বীনা চাকতুনা মৈবী তাংগোই পাইহৌরে,

মৈগুম্বা মেংদোন কাহৌরবনি, নপাম নিংকনবা চংলু হায়রকই।" খুমনগী মপাউ তাবগা কোন্নুনা হংগংচৈ—অথৌবা! মতম অসি ন্নুমিদাং ঙইখরে, হয়েং ইন্নুংমা ঙাম্নবগা কেগে মোইরাংদা চংচগে খুমজৈ। কাওবনা ছজিমক চংলু হায়রবদা, কোন্নুস্তু চংতবদি য়ারয়োই থল্লক্লে। মতাং অনিদা পারি মোমদি খোমলেন মিকপ তানখ্রে। কোন্নুনা কাওববু কিবদি, মচা অনিহু হৌদোক-লুরগা করিগী অঙাং হৌদোক্লিবনো হায়রক্তগা, কিহুম্না তুমলিবা অঙাংবু হৌদোক্লমদনা নৌরেন খুংতা পাইহুনা লোকতাক তম্না চংলক্লে। লোকতাক মপান্দগী রায়েহিবু তোংজেং পাল্লোইনহুনা ন্নুমিদাং অসিদা লোকতাক ম্যুংইন্না কেগে লোকতাক থোংবান্দা থুংলরহুম্না পন্থৌনা নৈবা শংগাইদা থুংলরে! মাংগোল লাংদা লেপ্ত্রনা ইমা কৌরকই।

মতম অসিদা পলেন পন্থৌ অনিদি, খোমলেন তুমখুন তান্দুনা মিকপ থোকলমদ্রি। অহুবু অনিরক অছমলক কৌরকপদা, মমা ইবেম্মা বায়েনচুম্বীনা তারহুনা মচাগী খোঙ্জেলনি থংহুনা ইকিং ফিংনা হৌগংলক্লি। ইমাগী ইমোম ইবেম্মা ইমানা তারে হায়হুনা, থোংজিন মাতৈবু কাংহুম্না, থাম্বি মৈপুন পাইরগা মচাগী চেংলৌবু য়েংলি। হেক উবদা মমানা হংলকই, ইশু অনিদি ম্যাঙ্গকতবয়া হংলকপদা কোন্নুম্না খুমজৈ। অঙাংদি ম্যাওরক্তে। কোন্নুনা মমাদা হংজৈ—ইমা মোইরাং থাম্বী মৈ চাকপরা? মমাম্না হায়রকই, অপংবী, ইমোম নংসি পংখ্রদা। কোন্নুম্না—ইমা, খুমনম্না মোইরাং মৈ চাকই হায়হুম্না মৈকপ্প্লু

হায়বগী লাকপনি হায়রবদা। মমানা ইমাগী ইবেম্মা, মোইরাং মৈ চাকপা নত্তে কেগে মোইরাংগী যুমশাগা, খুমনগী লমশাগা অনি অতু য়াথিল্লবদা খুমনগী লমশা মাইথিত্তুনা চংখ্রবনি। ইমানা পাউদমগে তারেদা ইবেম্মা। নবু ঙো হাওবদি মোইরাংগী অহেনবা মিংথৌনা চানবা ওইরেদো। ইশু অনি, নপারি নমোম অনিত্থু পুত্থুনা লাক্লবদি খুমন্দা চংত্রবস্থু য়াবনি। পরি নমোম অনি অত্থুবু লৌরুখো, ইমানা নংগী দক্তা খনবদ, লৈক্ষম খদনা বাইদো। নদি নচাগী অরাববু লৈতবরা? চংলু, পারি নমোমবু লৌরু, অত্থুগা অমুক লাকউদা ইবেম্মা।

রা অসিবু হায়রগা, মমানা মচাবু থেমত্থুনা কোন্নুবু খুমন্দা থারক্লে। কেগে লোকতাক লালখিত্থুনা খুমনগী লমদম য়ৌবদা, নোংঙাল্লমদাইগী মতমদা কোন্নুনা খুমন্দা থুংলরে। খুমনগী মাঙ্গোল্লাংদা লেপ্তুনা কৈরকই। ইমাগী ইমে মথে ইন্নু ইনা লাক্লে থো, হাংউ হায়বদা, খুমন কান্নবনা তারত্থুনা শাউনা ঙংত্থুনা চৈরকই। হায় কোন্নু কৌবী লমহেনবী চংখ্রা হয়মা থাদোক্লবদা অমুকস্থু হল্লকপদি, খুমনগী চৈবাক খংত্রম ল্লে। ঙসি ঐগী তিমেন তাসিনা যাইবী নথর য় লৌরগেদো হায়ত্থুনা তিমেন তাত্থু চল্লকপদা, ইমুংদগী পাইথোক্লক্কুনা মঙ্গোল ফকতোম ফাংরকত্তুনা তাজিননা কোন্নুগী মমা দা মালেমদা তাজিন থুমনা য়ুংত্থুনা লৈবত্থুবু উবদা কোন্নুস্থু পাখংখিবনা হাঃ ইমা হায়না কৌরল্লগা মালেমথক্তা তাত্থুনা বাম্থখি, ঙহাক চিকপক লৈখি।

মতাং অসিদা খুমন কাওবনা খল্লি, কোনু শিরম্বা তারে। খুমন অসি কওবা মপোক ওইরেদো। পুন্সি লোইরমদাই অসিদা মুপী হাংলেদো। মসিদি থোকখবমিনা ইনুং অসি ভোংগা, লাইনা তম্বা অমা লাক্লগনি খন্দুনা লৈরিঙৈদা. কেগে মাইরাং থাংজিং ল ইনা উরে। কোনুনা মালেমথক্তা তাওনা লৈবি. কোনুসি নোংঙানখবদি অরবা ওইরগনি; মাইবু কনবিগে খনবিদুনা থাজি লাইনা লেংবিরকতুনা খুমন কাওববুস্নু শুমথে, কানুবুস্নু লৌশি তাহনখি। মতাং অসিদা কোনুনা ইফিং ফিংনা হৌগত্তুনা চেন্থোক্লক্লে। থোগান য়ৌরবা মতমদা মচা অনি তুমহে বাবু নিংশিংনকনুনা মখোং থা বাবু ঙ খিদ্রে। হাঃ তাইবং মংলংপান মমানা মচাবু নিংবা কয়াদা রাংখ্রবা থাকনো। মথরংগ থাগদোবগুম কিরবা অতু কুদা মচাগী মৈনা কনবসি কয়া মুক্তা কনখ্রবনো; মচাবু হৌদোক্লগা পাউমেনলুখিগে খক্লি। ব খল অসিগা লোইননা খোংথাং নাশেংল পিকনা শউন তম্না লেংন্না লেংন্না চংলকলে। ফমেনথংবা য়েনখাদা চংখিদুনা, মমাগা মচাগা হিপফমগী মপাদা লেপ্লরে। মতৌ করম তৌনা ইমোমবু তান্নবা কৌশিগে খল্লকলে। কান্নররোই ফক্লাং অসি থিংগাইরগা ইচানা তুম্লিবসি হৌদোক্লগে খন্দুনা. চৈজা অমা পাইদুনা ফক্লাং অতু মখুন অমা শুংতোক্লে। অহোবা মখুন অতুদা ইকা অমনা থিন্দুনা মচাবু লোননা হৌদোক্লক্লে। ইমাগী লাংলেন ইবেম্মা, নংবু নমিংশিংউদা লোন্না লোন্না কৌরক্লি। মমানা ইকানা থিল্লকপদা থোইনুগী মশাদা থিল্লুরে। থোইনু

মমিংশিল্লকতুনা, করিনো রাখল তৌবদা, মম গী হিপফমদা মাহ্না য়েংলকই। মমাদি নৈরমদরে, তুমিননা ঙাইহাক্তং তাবদা পলেম মস্মা লোম্না কৌরিবা তারক্লহ্না মমানি হায়বা খংলহ্না ফক্লাংরোমদা নপশিন্দুনা মমাবু তানবা পিক্লা খুমললকই। ইমা ইমা! করিনো পলেমনা নমোম কৌরিবা হংলকই ? কোম্নুনা মচাদা পাউমেনলি। ইমাগী ইমোম ইবেম্মা, ইনাদি মোইরাং য়ৌখ্রগে, নংদি রাহৌবা তারেদো। ইমানা লৈত্রবদি, নংদি ইমানা তাকপহ্ন কাউগনু। নহুনিংথৌগা লোইননা মোইরাং য়ৌনবা লাকউকো ইনুং সোরাসি ঙানগদৌরে, ইম দি কূইনা লৈবদি য়াদরে। খুমন কাওবনা ইমাবু উবদা, ইমাগী য়াইবা মাংলগনি; অস্নুম হায়না কপ্পুনা পাউমেল্লি। মমাগী মপাউবু তারগা থোইমুনা হিক্লা হিক্লা কপ্লহ্না মমাদা পাউমেনজে। হাঃ পলেম ইমা ইবেম্মা. নচা লাইবকথিবী ঐগীদমক্তবু থনবিত্রবস্নু, ইচেমগী ইবুংঙো মুংশিবদি খোমলাং লাইজা লামলগা কনানা খোম্লাং ইনবিহ্না থকনি ইমা। নচা অঙাং নরা ঙইবিনি, ইহুনিংথৌবু কর্ম্মা নাওয়োকবনোনে ইমা। মচাগী মুংশি মপাউবু তারগা কোম্নুনা হিক্লা কপ্পুনা হায়রকই,—ইমাগী ইমোম কপকনু, ঙসি মহুনিংথৌনা মিপক থোক্লকপদা খোমলাং থকনিংহ্না কপলবা মতমদা থক্লনবা খোমলাংবু ইমানা শুমহ্না থনমগেকো। মফমদি ফৌশুশংদা মিসিশুম্নম মখুন্দা পাংথোক্লা থারগা ইমানা খোমলাং শুমহ্না থনমগেকো। মহুনিংথৌনা খোমলাং লামহ্না কপ্লকপদা, ইমানা শুমলম্নিবাসিবু পিথকউ

হায়গুমা কপ্পরিঙদা ইন্নুংবদি ঙাম্লোক্নরক্লে। কোন্নুস্থু পন্নবা য়াত্রহুনা ফৌগুশংদা খোমলাং শুমহুনা থনম্লগা মোইরাং পাংনা খোঙগানখ্রে।

থোইন্নুনা মহুনিংথৌবু কোন্নুনা লৈববু, অঙাং মমিংশিলক্রনা ইমা ইনা থিরক্লে। থোইন্নুনা মহুনিংথৌবু পোহুনা মপান্দা খোকলক্লে, ফৌগুশংদা চংশিনখিহুনা য়েংবদা মিসিগী শুম্বন মখুন্দা পাংখোক্ল দা খোমলাং লৈরমলে। মহুনিংথৌবু য়েংহুনা, ইচেম্নগী ইবুংঙো, কপকনু ইমানা খোমলাং থনম্মি, মাসি থকউ হায়রহুনা খোমলাংদা নাহোং ফিজিবু লুপ্নগা মহুনিংথৌদা ইনবিরে। অস্নুম তৌরিঙৈ মতমদা খুমন কাওবস্নু হৌগংলকলে। খুমন কাওবনা য়েংখিবদা, অঙাং অনিনা মমিংতগী পিরাং শিন্দহুনা লৈবস্নু উরে। মাহুবু উরুরগা কাওবনা ব্রাথল তৌরকই। মমা কাইনবগী নৈচাক ফংলির্বাসিবু উরুবদা, ঐনা মখোয় অনি অসিবু য়োক-পিবস্নু য়াই। অহুবু অঙাংগী মমিংকি পিরাংদি তত্তনা তংবদি তোকলোইদোরি। মরম অহুনদি মখোয় অনিসিগী অরাবা অসিবু য়েংহুনা খুমন ঐনা লৈগদোবা শরুকপুদি, মমাগা তিন্ন-হনখিবনা চুম্বা তাই, অমস্নুং মখোয় অনিগী মমাহুস্নু মচাগী নুংশিবনা নাথৈহুনা মফম অমদা শোইদনা লৈরমগনি। অঙাং অনিসি ষণ শেল্লু হায়হুনা থাদোক্লগে, মমাগা মচাগা উন্নহুনা চংখ্রসনু খন্দুনা হায়রকই। থোইন্নু করিগী কপলিবনো, কপ-কাদোবগী শরুকপুদি ষণহুম শেল্লু। তারা চাক চারো, ঐগী ষণশিহুম শেল্লু চংল্লু; মমাদো মপুক শেংদবীনি অস্নুম তৌনা

হায়রক্লবদা, থোইনুদো কিবনা থক থক নিক্লহুনা খুমজি। ইপা
ইবুংঙো! মমোমনা যণ শেঙ্গবদা ইহুনিংথৌবু পুজগে হ য়হুনা।
তারা চাকপু চারগা থোইনুনা মহুনিংথৌবু মনমদা পোখংলহুনা
কাওরেন যণয়ামবু হোইদোকলক্লে. কোরৌ নুংশা মরক্তা যণ-
শেনবুংদা য়ৌখরে হায়দা।

অসোমদা খুমন কাওবনা, মমাগা মচাগা তিরখ্রসন্ থন্দুনা
লৈহৌই। থোইনুদি যণশেনফম য়ৌরবদা কাওরেন যণশিংহু
মনিং মখা তম্না চেন্দুনা মাগী মাগী চানবা শক্তিক লৈবা মফম
য়েংহুনা চাইথোক্লহুনা চেন্নরাক্ল। মাহুবু উবদা থোইনুনা যণ
অসিনা লাপ্পা চেনখ্রবদি মাংখিক্সি. পংৌ খুমন কাওবনা শাউগনি
খন্দুনা যণবু থংপা লাক্লে। যণনদি য়াম্বনিনা অমত্তা থংপা
ঙমলকতরে। মহুনিংথৌবু য়েংহুন ইচেমগী ইবুংঙো নুংশিবা,
নংবু ইচেম্না পুলৈ আশা'বগী মখোংদা ঙহাক্তংবু শুমগেকো,
ইচেম্না নংবু পোবসিদা কাওরেন থংপাবু ঙমদ্রেদা। অস্তুম
হায়হুনা থোইনুনা মহুনিংথৌবু পুলগী মখোংদা আপাবা নাহোংনা
মালেমদা থরগা নাপিন্না মোলাং শেমহুনা অঙাংবু শুম্না
হৌরক্লে। অঙা স্থ তুমথখরে, মতম অহুদা থোইনুনা চেন্দুনা
যণ ময়াম্বু হোইক্সিনবা লাক্লরি। অসামদদি অঙাংদি মমিং-
শিংলকতুনা ইমা কৌহুনা কপ্লাক্লে। থাপ্পা থোইনুনা তারহুনা
মহুনিংথৌগী মনাক্তা চেনশিল্লকতুনা. ইচেমগী ইবুংঙো ইচেম
লাক্লে হায়হুনা মহুনিংথৌবু পোখংলে। অঙাংদি তুম্বদগী নাহৌ-
রকপক্সিনা ইমা ইমা কৌহুনা কপলিদো মচেম্না থেম্বদা ঙমদরে।

মতাং অসিদা থোইনুদো তৌকম খংলকত্রবদা মোইরাং-
লোমদা ওন্দুনা মমাবু কৌহুমা কপ্লক্লে। হাঃ ইমা ইবেম্মা!
ইমা নংদি তাব্রিরোই। মহুম্বিংথৌনা কৌরিয়ে, পিক্লবা অঙাং
ঐখোয়মা করম্বু ইমগী ননাক্ত লাকপা ঙমগনি। নমোম
পারি অনিদি করম্নাবু হিংহুনা লৈ·বা। অসি রাবু হায়হুনা ইমা
ইমা কেৌহুনা কোরো নোংখোংবগুঃ্া কপ্লিদে। কপচৈ হায়বদা
মঙাইদা মমামদি তাবিদে। লমদম তম্না লৈখ্রবী ম্নাইথিং
কোম্নুমদি তখিদে। অঙাং অমিদি কোরৌ নুংথিল চুপ্না কপ-
চরি, নুমিদাংৱাইরম ওইরক্লে। কাওরেন মল্লাংশিং অহুমা
মণবিগী মন ক্ত্বা চহুনা মমাগী মখোমলাংবু থকলিদো। মাহুবু
উর ১ থাইনুমা কপ্লহুমা হায়রকই—হে, মল্লাও লাইবকফবী,
নখোয়দি অপোকপী নমাম্না খোমলাংবু পিথক্তুনা হরাওরবু
থক্লিদো নুংঙ ইরিনিদা। নখোয়গী নুংঙাইরিবা অহুগুম্না ঐখোয়স্থু
ইমা ৈগরম্লবদি, ইমাগী তম্পাক্তা ফমহুনা কেজগদৌবা। ইমা
লৈজ্ঞদবমা ঐখে য়দি ইমাগী শকতমস্নু উখিদ্রে লাইবকথিবা
অঙাংবু ওইরেদো। অসি হায়রহুনা কপচরি। অস্তুন তৌরিঙৈ
ততম্নদি থেজিল্লক্লে, নুমিৎ ময়ুম চংগদৌরে; কাওরেন মণয়াম্থু
হোইহুমা খুমনগী ময়ুম পাংলক্লে। খুংন মণগোম মনুংদা
কাওরেল মণয়ামস্থু চংহুমা লৈখরে। থোইনুনা ইমুং চংহুনা
মটিম মৌপরা অনিনা তুনিন তুমিন লৈরমে। কাওবমা মাহুবু
উরগা নুংনাংববু পোক্তুনা হায়রকই, থোইনু কাওরেম শেনবদা
থেংনা কারকপা ফত্তে হায়রকই। থোইনুনা খুমজে, পঙ্গো

হয়েংদি ঙম্না পুজরক্কনি খুমজরি। মতুংদ দি মচিম মৌপ্না অনিস্থু তারা চাকপু চারগা খোমলেন তুমখুন তানখরে। খুমন কাওবনা অহিং অসিদা রাখল তৌখি। করম তৌদুনা অঙাং অনি অসি মমাগী মনাক্তা য়েইনবাসিবু করি তৌসিবা। মাগী মমা কোন্নুদুবু খুমন ঐবু কিবদগী চাবু নুংশিবাবু কাওবরা? মচা নুংশিবা খংদবী মাগী থগ্মোই অদুবু করিনো, অঙকপা নুপিনিদকো। ঐনা মোইরাংদা চৎতুনবু থিল্লুরশিরা। ঙসি হয়েং অসি য়েংখিগে, নোংমাখিনি অসিদা মমাদু লাকতুনা লৌরক্রবদি, ঐনা মমাগী মনাকপু য়েনবা থোরাং তৌবা তাই, অন্নুয়া খুমননা রাখল তৌখি।

নোংঙাল্লবা মতমদা থোইনুনা তারা চাকপু চাদুনা মদুনিংথৌবু পোরগা কাওরেন ষণয়াম্বু হোইদুনা ষণশেনবা চংলকলে। ষণশেনবুং য়েদুনা কাওরেন ময়াম্বু শেনলে। মতম কৌবা লাইরেম্মাদি অরেপ্পা লৈতবনিনা নুমিংস্নু থেংলকলে; কাওরেন হোইগংলগে লাক্লজে। অদুবু ষণনদি ময়ামনিনা মশীংস্নুনা হোইববু ঙমদরে। অমারোমদা থংশিনৈঙদা অমারোমদা মচেনখি, নুমিংস্নু তাখরে। থোইনুনা খল্লি, ঙসি এনা য়ুমদা চংশিল্লুবদা খুমন অথৌবনা রৈবা তারে; ঙরাংস্নু থেংমল্লি হায়না শাউখি। ঙসিদি নুমিংস্নু তারে, অদুনদি ষণশেনবুং অসিদা অহিং অসিমদুম লৈরগে খন্দুনা, কাওরেন ষণস্নু মমলাবদুদদি ষণলুপ ওইনা পুম্না লৈরি। ষণয়ামগী মনাক্তা থোইনুনা অহিং অসি লেল্লগে নিংদুনা মদুনিংথৌবু নমদা পোদুনা অহিং অসি লেল্লক্লে।

মতমনদি থেংলকল্লবদা অহিং গী লিক্লা তারক্লবদা, পিক্লবা অঙাং অহৌদি নিংথমহৌনা ইমা কৌনা কপলক্লে। মচেম্মা মহৌনিংথৌবু থেমজিনক্লে, অমিংবনদি হে কহুনা অঙা কপ্লকপদি থেম্বা ঙাকল্লবদা থোইনুনা অহিং অসিদা মোইরাংলোমদা চল্লগা মমাবু কৌহৌনা কপ্লক্লে। হাঃ ইমা ইবেম্মা, নচানা হাল্লিবা অসিদি ইমানদি ঊরিবেৰ্হই. ইমা করিগী লিংজেনবো। নচা অনি লৈহৌরি হায়বসি নেংমতম্মু ইমানা থনবিদবেৰই। লাকঙগবা ইমা, অঙাং ঙ্ইরিবী নমেংমনা কয়ম তৌবা হিংগনি। হাঃ খোইয়ুম নোং-দম্বা, অঙাং ঐগী মপোক্লা করিগী অস্তুকথিনা নোংদম্বিবনো, অস্তুম্না নোংদম্বিবম্বা শরুকপুদি য়াইবী মাংবনা করমগনি। মসি হায়হৌনা থেংলবা অহিং অসিদা অঙাংনা খোঞ্জেল হাংনা কপলক্লে।

মতাং অসিদা কাঙরেন ষণয়াম মরক্তগী মমিংনা লাংতোম্বী কৌবী ষণবী অমনা উরক্লে। ষণবী অসি মচা পিক্লিবা ষল্লাও অমস্তু ল। মচাহুনা মমাগী খোমলাং থক্কে তৌবদা, ষণবী অহুনা মচাদা য়েংহুনা মপুক্লিংদা থনখি। ইমাগী ষণাওমচা মহাক্তি ইমা লৈবনিনা থকনিংবা মতমদা থকপা য়াগনি। য়েংউ আদা মমা কাইনরবী অঙাং অনিনা খোমলাং লাম্বনে, নিংথম্বনে থাংবা ঙমম্রহুম্না মমাবু কৌরগা কপ্লিবসি। ইমানা য়েংববু ঙমদরে, নংদি মকম অসিদা লৈরম্মু। ইমানা অঙাং অসিগী খোমলাং পিথকলুখিগে। অস্তুম থল্লহুম্না অঙাং অনিগী মমাক্তা ষণবী অহু চংলক্লে। কপ্তুনা লৈরিবা অঙাং অনিবু ষণবীনা মরৈনা লেকতুনা, ইমাগী ইবেম্মা বাগম্নু ইমা লৈ

হায়বগী মতৌগুম্না অঙাং অনিবু যংবীনা লেকপি। মতাং অসিদা খোইনুনা খল্লি। কাংরেন ইমা অসিনা চানবিবা অসিনদি ঐখোয় ইচেম ইপাবা লিক্লাগী চোংলিবা অমম্নুং নিংথম্না অসিখিবিক অসিবু ইমা যংবীগী মখাদা চংদুনা লিক্লাবু খাংগে খন্দুনা, মতুনিংথে গা লোইননা যণবীগী মখাদবু চংদুনা লিক্লা খাংগদৌবগী চংশিন্দুনা কাংরেন মখাদা লৈরে। যণবী-মম্নু খোমলাং পীথকনিংলদুনা কাংরেন যণবী মহাকী লাইকা খোমলাংবু শিন্দুনা অঙাংগী মথক্তা তপ তপ তারক্লে। খোইনুনা মাহুবু উরগা, মতুনিংথৌবু মনমদগী থাদুনা ইচেমগী ইবুংঙো মুংশিবা, ইমাগী খোমলাং তারক্লে। খোমলাং অসি থকসিদা হায়দুনা মচেয়া মতুনিংথৌবু খোমলাং অতু নপুংনা য়াদুনা মতু-নিংথৌবু পিথক্লি। অঙাংগী পিপুক থদুনা মচেমগী মতম্পাক্তা তুমখরে। অসুম তৌনা অহিং অসি লেপ্লগা, নোংঙাললক্লবদা খোইনুনা যণ ময়াম থনদুনা মচিন মপা যুমদা চংদুনা ছারা চাকপু চাক্লসি হায়দুনা খুমন কাংবগী ময়ুমতাম্না লাকলি।

অসোমদা খুমন কাংবদি অহিং অসিদা অঙাং অনিনা যুমদা হল্লকত্রবসিদা মখোয়গী মমাগা উন্নদুনা মমাম্না পুথ্রমাল্লে খন্দুনা লৈরি। অসি খন্দুনা লৈরিঙৈদা, অঙাং অনিনা হেক চংলকপা উবদা খুমননা হংলকখি। হায় খোইনু, মখোয়দি ঙসি অহিং অসি কদাগীদা লৈরুবনো? মমাদুগা লৈরুবরা, মমাদু কদাইদা লৈহৌই হংলরুবদা—খোইনুনা খুমন্তে। পাংনৌ ইমাসি উন্নজদে, মচাবু মুংশিবা থংত্রবী ইমাসি। ঐখোয়মম্নু ইমাবু

নুংশিবা লৈজদে খুমজে। ম'হুবু তারগা কাংবগী মপুক্লিংদা নুংঙা বা অমবু পোকখি। অঙাংনা নুংশিজবী মমাবু নুংশিদে হ'য়রহুনা খুমনগী মমাংদা খুম্নাহু তারগা, কাংবগী থম্মোইদা নুংঙাংবনি। কাওবনা অমুকস্থু হংলকই। ঙসি অহিংদি নখোয় অনিন' কনাগীদা লৈক্লই? হংবদা থোইনুনা পাস্থ্রে. ঙরাং মগয়ামহু হোইগংচবদা মশীং রাংলহুনা য়ুমদা লাক্রবদি পম্বৌনা মণ মশীং রাংলি হায়রগনা চৈরগনি কিহুনা মণশেনবুংদা লেক-তুনা লৈবনি. হায়না খুম্নবু তারগা কাংবগী পুক্লিংদা হেন্না অমুকস্থু নুংঙাইতবা পোক্লে। মতো করম্বু তোহুনা অঙাং অমিসি মমাগী মনাক্তা য়োহনখিসিবা খল্লুনা কাংবনা তুমিন্না লৈখি। মতুংদদি থোইনুদি মমাগী লমদমদা য়োনবা চেন্লগে হায়না খনখি। শিংইদা কোনুগী মচাদো, অঙাংগী পিপুকন্নুংদা থাংজিং-নবু লৌশিংহুম হাপলবরা। এনা ইমাগী মনাকপু য়োত্রিঙেদা খুমমগী তাওবা অসিনা খংখ্রবদি, হুইনা মাংচিংহুনা থিরক্কনি। অহুনদি হুই অসিবু হাপ্না পেনবিনবা হায়জরগে খংহুনা, তরা চাকয়োম পুহুনা হুইগী মনাক্তা চংলক্লে। চাক অহু হুইগী মমাংদা থারগা মমিৎতা পিরাং তানা কপ্পুনা হায়জরক্লে। হেং ইপাগী তাওবা, ঐনা পিজরিবা চাক অসিবু চাবিয়ু। এদি ইমাগী নাক্তা য়োনবা চংখ্রগে, মংনা এখোয়বু ইমাগী মনাক য়োনবা লম্বেলদি খংজদে, নংবা খংলবদি লম্বেলবু তাকপিয়ু; মতুংদা অমুক হন্নম্থু খিবিরক্কনু হায়রহুনা হুইগী মখোং মনাক্কবু কপ্পুনা হায়জরক্লে।

অঙাংগী মতৌহুবু উবদা ভাওবদো মমিংতা মপি তাহুনা খল্লক্লি। হুই মাদি খুমননা তমবিহুনা মীরোল শেংনা খংলবা হুইনি। মচিন্না মীরোল থোকত্রবস্মু মরোলদি হুই অহনা খংই। অঙাংগী মতৌ উরগা ভাওবাহুনা অঙাংগী লম্বেল তাক-পিগে হায়না খল্লহুনা. অঙাংগী মমাংথানা চেক্লোকখে। হুইনা চেনখিবা অহু উবদা থোইমু তঙক তঙক য়েংহুনা লৈহৌরে। হুই অহুনা অমুক হজিল্লকতুনা অঙাংদা ঙাথোক ঙাসিন তৌহুনা চংসি থিনবিরগে হায়বগী মওংদা তক্লরে। থোইমুস্মু মপুক্লিদা খত্রি। ভাওবনা চেহোকলুবগা অমুক হজিন্নকহুনা চেঙোক্ন তকলরিবসি ইতে পাংবিগদৌববু মংল্লে খ লহুনা. হুইগী মতু বু ইন্দুনা চেংগে খন্দুনা. হুইনা মাংদা চেল্ল। থেইনুস্মু হুইগী মতুংবু ইন্দুনা চেল্লক্লে। খর চেলনা চেলনা থোইরাংগী লম্বেল অনি লোংত্রবা ফাংবা থিন্দোকপিরে। মফম অসিদগীদি মোইরাং ফাওবা লমবেল শেইররোই হায়বা মফ দা হুইনা চপলেপ্পুনা মমিংতগী মপিবু তারহুনা মচিননা মীরোল থেকত্রবস্মু মও দা খংলগনু হায়বগী মতৌনা খংহল্লি। হুইদি লৈহৌরে, অঙাং অনিদি চেনখে। অঙাং অনিনা চেল্লকপসি য়াংগোই তোর্বন য়োগদৌরে, য়াংগোই তুরেন্দি থোং শাদে, ইরাঝবা ঙমলোই-দৌরি হায়বসি থাংজিং লাইনা উবিহুনা ইর নবিরগে খন্দুনা, থাংজিং ইবুংঙোনা লেংবিরকতুনা অঙাংগী মনাংদা পামবা কৈবু শাহুনা চোংথোক্লক্লুনা ঙ লরে। অঙাংনা কৈবু উবদা অকিবগী মওংনা খংবদগী ভিংতম ৱাম্বুখি। মতাং অসিদা পামবা কৈহুনা

অঙাং অমিবু যৈবমমমা পমহ্নমা ভুরেল লাম্মা চোংলক্কুনা তোর্ব্বান রাংমদা থমনলে. কৈদি মাংখরে। মতুংদা অঙাং অমিসু রাস্থরুবদগী লৌশিং ভারক্কুনা কোইমা য়েংলকপদা কৈ লৈরমগ্রে। অঙাংমা অমুক চেক্লক্লে। থোইনুনা চেক্লকপজি মীখোল হেক ভাবা নকমদা মারক্তা লোংলি, মীখোল ভাগ্রগা লম্বেলদা চেল্লি। অঙাং অসিমা চেক্লকপসি লমলেম ভৌবুন য়াংবী হায়গংলক্কুনা লুংলাংদোং য়ৌখে। য়োইয়াই মালেম অঙানবস্তু লোইবি চীংগী মরুমদা ময়াং থোংনাং পাংথরে, তোম্বা মারম চমখেদো। থোইমুদি খেলক্লবা মতমদদি চংজ-কমদি খংজদা কুমলাংদোংগী খুংক্তা মহৃমিংথোবু পোরগা মমস্থক তোরবা মতংদা ইমা ইমা কৌহ্নমা ইঙাও ঙাওনা চেল্লিদো।

মতাং অসিদা লুরাং মুপী অমনা ঙরাং নোংলেম নোংজাদা মথাংনুংগী মপারী পিক্লবা অমবু অমনখিবা। ঙসিদি নুপী অহৃগী মচাম্মা থকত্রবা থোমলাংবু হৌরকপগী পুবা ঙমগ্রন্থমা মচা কৌহ্নমা কপলম্মি। মুমিৎ তাখিগদোরে লাইজা ঈশিং খরদং শোকখুগে থন্দুনা পুন্নাং খুত্তা পাইহ্নমা হেক থোক্লকই। অঙাং পিক্লিবা অহ্নমা অঙাং অমবু পোহ্নমা মমলকলবা মতম অহৃদা চংজকম থংত্রহ্নমা চেল্লিবাহৃবু ঊক্লরে। মচা থাইমরবী মমা অহ্নমা অঙাং অহৃবু হেক ঊবদা অঙাওবীগুম চেমশিন্নক্কুনা অঙাংগী মমাংদা থংলরে। ঙাইখো ঙাইখো ইবেম্মা কম্বিগীখো চেল্লিবা ইমানা রাবু হংখিগে, হ্যরহ্নমা থংভুনা হেক থাম্বদা। থোইমুনা হায়জৈ "হাঃ ইমা নক্তকমা ঐবু থাদোকপিয়ু কাগনু।

ইমা যংম্রবী অঙাংনি, ইমাগী মমাক্তা য়েৈজগে হায়রদুনা লাকপনি। ইমা নংনা ফারিবা অসিবু খুমন কাওবগী মীরা, তোল্লবী ঙ্গৈবু থাদোকপিয়ু হায়ররকই। বা অদু তাবদা নুপী অদুনা হংলকই— "ইমাগী ইবেম্মা নংনা হায়রিবা খুমন কাওবা হায়বদো ইমাদি মশক খংদেদা, খুমন মানা লাকতুনা ইমাদা হংলবা থোক্লবস্ত ইমানা নংবু তাকখ্রোই; কদায়দা চৎকে লাকপনো ইমাদা অশেংবা তাকউদা" হংলক্লবদা। থোইনুনা খুমজ—ইমানা ঐখোয় অমিমক হুন্দোকতুনা থমমলে, ইমানা লাকউ হায়রমি। ইমাদি মোইরাংদা লৈবনি, মোইরাং য়োগে লাকচবনি থাদে কপিয়ু হায়দুনা মোংলেন খোংগুম কপলক্লে। অঙাংগী মপাওবু তারগা, ইমাগী ইবেম্মা ঙাইখোদা, মোইরাং লমদমদি লাপলিদা, ঙসিদি য়োববু ঙমলরোই, ইমাগী যুৎদা চংলসি। ঙসি অহিংদি ইমানা নখোয়বু লাংগোলগে, নহুনিংথৌহু থারোদা, ইমানা খোমলাহুম ইনগেকো। অসি হায়দুনা নুপীহুগী ময়ুমদা অঙাং অনি অহু পুশিল্লে।

অহিং অসি অঙাং অনিবু নুপী অহুনা লাংগোনবিরে। নোংঙাল্লবা মতমদা থোইনুনা হায়জৈ। ইমা পলেম ইবেম্মা, ইহুনিংথৌহু পোজরগে পিবিরো, ইমানা মোইরাংবু য়োগদবা লম্বেল তাকপিগনি হায়বিবদো নংমোমদা তাকপিরো ইমা, হায়জরবদা। লুরাং নুপী অহুনা অঙাং অনিবু লুরাং পম্বোংদা থিন্দোকপিরক্লুনা মোইরাং য়োনবা লম্বেলবু তাকপিখি। অহুদগী অমুক অঙাং অনিদু মোইরাং য়োনবা চেক্লিক্লে মীথোল অমা হেক তাবগা

মারক্তা লোংলিদো। মীখোল তাদ্রগা লম্বেলদা চেল্ল। মতৌ অমুগ তৌনা লাকপসিনা নোংঙ মবদগী চেল্লকপমা কোরৌ নুংথিনবু ওইরক্লে। নুংথিনগী মতমস্তু লোইশিল্লকতুনা নুমিংস্তু তাখরে। লম্বেলদা চেল্লকপদা লাইজা ঈশিং নৈরম্বু উবদা মচিন মৌপা অনিতুনা ঈখৌ লাংজ। অহিংগী মতমস্তু ওইরক্লে, অঙাং অনিসি লমদম মোইরাং য়োরক্লে। অঙাংদি মোইরাং য়োরে হায়বা খংজদে নোংঙানলমদাইদা মোইরাংগী অউন কৈথেল্দা থুংলরে। নোংঙানফুং হেক তৌরক্লে। থোইনুনা য়েংখিবদা উরে, কৈথেলনি হায়বসি খংলতুনা, মতুনি থৌ য়েংতুনা, ঈচেমগী ইবুংঙো নুংশিবা রারগনু। মফম অসিবু কৈথেল ওইরমাল্লে। ঙরাং কৈথেল কারম্বগী অচা-অথক তারমগনি। ইচেমগা ইতুনিংথৌ নংগী অচাথক তারমগনি চাক্লসি হায়তুনা উফুল মাইল মরক্তা করিবু তাবগে য়েংতুনা লৈরিয়ে। হায়রিবা কৈথেল অসি কমা কমাগুম্বশিংনা তেসা কৈথেলনি হায়মস্তু হায়রে।

কৈথেল অসিদা মথোয়না অচা অথক তাবরা য়েংতুনা লৈরিবৈদা কেগে লাল্লোই অঙম্বা, খুনথৌরেম্বা মপারি খুয়োম হাওবা অঙম্বনা মনাই মশমগা লোইমতুনা তেসা রাংখোং পেংলুগে তায়ান মরি থংলুগে হায়বগী অঙম্বা খোঙশাল্লকপগী মীখোল তারক্লে। মীখোল অসি হেক তাবদা থোইনুনা তফিং তফিংনা খুমন কাওবা ওইরম্বা তারে খন্দুনা লেংকম্বু কোইনা য়েংলকপদা, কৈথেলগী মথ থংবা চিথেকতা খোংবাল মরা পাংখোকলা মোং-

শোং অমা লৈ। পাংখোক মোংশোং অহূদা খোইনু অহু চেনশিন্দুনা লোংখয়ে। মোংঙাম্রমদাইগী লিক্লা তাবগী লিক্লামা পাংখোক মনাদা পকলম্না লিক্লামা খোইনুনা চেনশিংকপদা পুমচোং চোংলেদো। মত্তৌ অসুম তৌনা লোংলিবাহু কনামা উহৌবগে হায়বদা, হাওবনা অরাংবা দোলাই মথক্তগী লাম্না উখিয়ে। মাহুবু উবদগী হাওবনা মনাইশিংবু য়েংহুনা হায়রকই,-- তারিবরা, কেগে অথৌলীজা হেনবাখোই থরাংকোন্দাই লোম-বশিং! পাংখোক মোংশোং অসিদা পিক্লবা অমনা পিব্রিবা অমবু পোহুনা চেনশিনখিয়ে. করিনো হায়বহু খংনিংই। মখোয়না মোংশোং অসি কোইশিন্দুনা নমহুনা য়েংউ। খেংনরবদি ফাহুনা ঐগী নাক্তা পুরকউ হায়রক্লবদা, মনাইশিংনা মোংশোং অহুবু কোইশিন্দুনা নমহুনা য়েংবদা অঙাং অনিহু লৈরমলে. ফাহুনা পুখোক্লক্লা হাওবগী মাংদা পুশিল্লক্লে। অঙা অনিদি ফাবহুদা নশা অহু থক থক নিক্লহুনা, ইমা ইমা কনবিয়ু হায়হুনা মমিংতগী মপি তাহুনা কপলি।

অঙাং অনিহু হেক উবদা হাওবদি লৈবা ঙমদহুনা মুংশি পুক্লিং হুরক্লুনা অঙাংবু য়েংহুনা হায়রকই, -"অঙাং অনিমক কিগনু কিগনু। করিনু তৌরোই কিগনু। মখোয় অনিবু খোইয়ুম লাইরা, মমূতাইবং মীরা, শেংনা নপাওবু হায়যু" হংলক্লবদা খোইনুনা খুমজৈ। ঐখোয়দি লাই নত্তে মীনি হায়জৈ। হাওবনা অঙাং অনি মখোয়না মকম অসিদা করিগী অসুক ঙমা লৈরমলিবনো হংলবলবদা, অঙাংনা খুমজৈ। ঐখোয় অসিদা

লৈরম্বা নত্তে, ইমাবু থিবা লাকচবনি, ইমানা ঐখোয়বু লাকউ হায়রম্মি। ইমাগী মনাক য়োজগে লাকপনি, ইমানা লৈবদি মোইরাংদমি হায়রম্মি। মোইরাং হায়বদো কয়া য়াংলিবনো খংজদে, পন্থৌনা খংলবদি অমুক্তা তাকপিয়ুগবা হায়জরকই। অঙাংনা মথরায়বু য়ারহুনা মমিংতগী মপিবু মতুম মতুম তারহুনা থক থক নিক্তা হায়বহুবু, হাওবনা তাবদা য়েংবা ঙমলকত্রে। অঙাং অনিমক কিগনু, ঐনা নখোয়গী নমাগী মমাক য়োনবা থিনগনি। নিংথমলবা মাল্লে, সে সে চরৈফিসি ইনশিল্লু কিগনু, অশেংবা য়াবু হ'য়য়ু। নখোয়গী নমাহু করি মমিং কৌবগে? পন্থৌগী মমিং খংলবদি তাকউ, ঐনা নখোয়বু নমাগী মনাক্তা থিনবিনি হায়রক্লবদা। অঙাংনা হ'য়্রে, পন্থৌনবা তাবিয়ু, ইমাগী মিংস্থ হায়জগে, পন্থৌ মশক খংজদে; মিংদি ইমানা তাকপিরম্মি। পলেম পন্থৌগী মিংহুবু হায়জগে। অহুগী মতুংদা, করিগুম্বদা পন্থৌনা লেংবিখিবদা এখোয়বু কাংদোবগী খুমন কাওবনা ভান্নরক্কুনা লাকপদা পন্থৌনা অঙাং অনিবু তাকপিগনু হায়হুনা কল্লক্লে।

অঙাংগী য়াঙাং তারগা খুয়োন হাওবদি দোলাইদগী মালেমথক্তা চোংথরক্কুনা, অঙাংগী মমাংদা চেনশিল্লকতুনা অঙাংবু চেজেং কোল্লগা কপলকই। হে অঙাং লাইবকথিবী কিগনু, ঐনা খুমন কাওবহুবু থেংনবা মফমদা হাংকে হায়হুনা ঙাইবসি কুইরবনি হায়রগা, নোংখোংবগুম কপ্লহুনা দোলাইথক্তা পুখংতুনা কৈয়া নাম নাম পমহুনা, নোংদম্বা নংগী নোংদম্বা অহুবু অসিরা

হায়রদুনা কপলি। অঙাং অমিদি খংদবমিনা য়েংদুনা লৈরি। হাওবনদি মচানি হায়বদি খংলগা. ঐদি মখোয়গী পম্বৌনি হায়দুনা তাকপদা অঙাংঅদি খংদবনিমা ঙকনি হায়দুনা খল্লুবগা, মচানি হায়বা খংলবনু অশেংবদি তাকতে। কপ্পা কপ্পা হাওবমা অঙাংবু য়েংদুনা হায়রকই। "ইবেম্মা, কিগনু নমানা লৈবা মোইরাং হায়বা লমদমদু অসিনি। নমাগী মোংবা ময়ুম তাপিগে বাগনু" হায়দুনা হাওবনা মচাবু দোলাইথক্তা পুখৎদুনা মতম্পাক্তা পয়গা কোনুনা লৈবা লমদমদা মচাবু পুদুনা লাক্লে। কোনুনা লৈবা থোঙাঙ্দা হাওবনা লাওরকই—লমদম অসিদা লৈবী নুজা কনাগুম্বীনা মচা কাইববা য়াওবরা; নচানা মমাদু থিরক্লি। করিগুম্বা নচাবু লমদম তাম্বা লৈহৌবী য়াওরবদি নচা মাঙবরা য়েংলোদা। নচা ওইরবদি লৌশিল্লো হায়দুনা লাউরক্লে।

হাওবনা কোনুবু মমিংপন্দনা কৌরিবসি করিগীনো হায়গনি? হাওবনা কোনুবু মোইরাংদা লাকই হায়বসি খংগ্রি। মরম অদুনা কোনুবু মমিং পন্দবনি। হাওবগী খোনকম কেক তাবদা কোনুদি তুম্মি তুক্কম খংদা, চাই চাকম খংদনা মচা কাইনবগী মৈচাক্লে, মবুংঙোনা কোনুবু লৌশিনবিরোই খনবগী মৈচাকনে, অনি পুন্না বারকী কোনুনি। হাওবমা লাউরকপা তাবদা মচাগী মৈনা থম্লোই কাইরবী কোনু অদো ইকিং কিংনা চেম্লোক্লকই। মচা অনি ওইরমগনি হায়না খনবদি খন্দে। মরমদি—মচানা অঙাং ওইকনিনা, মোইরংদা লাকপা ঙমগনি হায়রবা থাজদে।

অহুবু কোন্থুনা খল্লিবদি, মাগুম্না মমা মচা কাইনবী কনাগুম্বীগী মচাবু ওইরিগবা। ঐনা পারি ইমোমবু কাইনবগী মৈচাক ফংবগুম, মমা অহুম্থু বানা লৈরম্লগনি। মমাগী লমদমদা অঙাং অহুবু পুথুনা শিন্নবিগে খন্দুনা থোংজিন মাতৈবু কাংথুনা মাংগোন্দা চেন্থোকরকই। কোন্থুনা মাংগোন্দা চেন্থোকরকপবু উবদা থোইনুনা হরাওবনা, ইমা ইমা হায়না হরাওনা কৌরকই। কোন্থুনা মচাগী খোনফমবু তাবদা মংগুম্না থোক্লে। মচা লৈবা মফমদা য়াংনা থুনা চেন্থোক্লকপদা, অঙাংদি মবুংগো হাওবনা পমথুনা লৈরমলে। কোন্থুনা মচাগী মনাক্তবু নকশিনজবা ঙমখিদে। মরমদি -খুমন লমদা লৈরুবনি হায়থুনা মবুংঙোনবু চিংনবিরমগনি খল্লুবদা, মচাগী মনাক্তা চংশিনজববু ঙমদথুনা তাংজা লুক্লাবু লৈখ্রে।

মতাং অহুদা থোইনুনা হাঃ ইমা ইবেম্মা, মচাবু মুংশিন্দ্রবরা? ইমা, ইথুনিংথৌ চাউদ্রিবা খোমলাং ফংদ্রবনি, ইথুনিংথৌবু খোমলাং ইনবিয়ু হায়থুনা হায়জরকই। মাথু ফাওবদা কোন্থুনা মচাগী মনাক্তবু চংলকপা ঙমদ্রবদা, হাওবনা দোলাইদগী মচাবু মলেমদা থাংথবিরে. চংশিল্লু হায়থুনা তাকপিরে। অঙাংম্থু অপনবা লৈতনা মমাগী মনাক্তা মথুনিংথৌবু পোথুনা চেনশিল্লক্লে। মমাবু চেৎনা কোনজথুনা কপচৈ। মচাবু কোনজরগা মমিৎতগী পিরাংবু তাথুনা কপ্লি; অহুবু হাওবনা উরথুনা কোন্থুগী মনাক্তা চংশিল্লকুনা হায়রকই। "কোন্থু ইনেম মচা! করিগী চিংনবা লৈবগো, চিংনগনু ইবেম্মা। মমাংথক্তা হায়নখিবা বাকমবু

কাওরবরা নুংশিবী। ঐবু নংনা ইকাইবতু থাদোকউ. হায়তুনা কোনুগী খুজেংবু পাইতুনা লাকও চংসি ছুডিকমক, হাওবা এগী ইয়ুমদা। মবুংঙোগী ময়াথবু তারবদা, কোনুনা হাওবগী মথোং, থম্বাল অনিবু কোন্মুনা খুরুমজৈ। কোনুবু পোকপা পলেম পম্বৌ অনিবু হাওবনা খুরুমজতুনা কোনুমে, মচা অনিমে হাওবমা ময়ুমদা পুরক্নুনা নুংঙাই মরাং কাইনা, অপাম নুংশিথুংনতুনা লৈমিম্নখি হায়দা॥





মোইরবা